# অসিদস্নু মী হীংঈ

সম্পাদক

শগোলশেম ধবল সিংহ

রাসপূর্ণিমা থৌর্জ্ঞ মরূপ
শিলচর

কোংদোকচবা
সৌগাইজম ব্রজেশ্বর সিংহ
সেক্রেটারী, রাসপূর্ণিমা থোর্ক্সে মরূপ
শিলচর

চে-চাং চংননবা ঠিকানা
সৌগাইজম ব্রজেশ্বর সিংহ
চুরাসাজন, বড়যাত্রাপুর, বড়খলা, কাছাড় ( আসাম )

অহানবা কোংবা
লাংবন ১৩৮১

উনম
প্রমোদ সিংহ
কো:-অপারেটিভ প্রেস
শিলচর

মথুম
মুকুন্দ দেবনাথ

ব্লক
শান্তিনিকেতন
শিলচর-৫

বাইন্ডিং
নীরেশ রঞ্জন পাল

লাইব্রিক অসিগী কংগদবা শরুক পুন্নমক
রাসপূর্ণিমা থোর্ক্সে মরূপকীনি

মমল লুপা মঙা

## ঐখোয়গী ৱা

তাইবংমী হৌংই; হৌংনিংই। মদোমতন্তু হৌংনিংদে; লোয়মনা উপাল-ৱাপাল, শজিক তৌৱাং, শা-উচেক —পুম্নমকপুন্ন হৌংহন্নিংই। মখোয় পুম্নমক্না শাগোম্নহনা নোকচনিংই কৱাওজনিংই, মুঙাইজনিংই, ৱাজনিংই, ৰূপচনিংই। মওং অমত্তদা হৌংবন্তু পামদে। মুংশিবা মরীমতাংদন্তু পাম্লক্কে। ফুরূপ-সমাজদনন্তু অচুম্বনি হায়না থল্লক্কে। ক্বজবনি হায়না শিংথানৱিবহুতনন্তু অচুম্বনি হায়না গল্লরক্কে। সমাজগী পথাপকী ৱাংমদা অশেংবা অচুম্বা কয়াগী মহাওস্তু তংনিংলকই। অসিগুম্বা অচুম্বগী মহাও তংলুরবা তাইবংমীগী শক্তম মওল মওল ওল্লকই। মীগা মীগা মশক থওনরক্কে। মশাগী শক্তম মশানা কাউথোরকই। অনৌবা ৱাথল থল্লকই, অনৌবা মীৎয়েং য়েংলকই। ক্বজবগী, অশিবগী—পুম্নমক্কী ফীৱেপ হোংলকই। হোংলক্লিবা মীৎয়েংগী মতুং ইন্না থোৎনা নৌনা চোংখৎলক্লিবা সাহিত্যগী ময়োল অছুগী মমল ঐখোয়স্তু থৱাই-হকচাং য়াওনা পীজনিংই। হয়েংগী অনৌবা ৱাথল খনজদ্রি, অছুবু ওসিগী থাংলিবা থোওথাং অসিগীদমক্তদি ঐখোয়গী থোপ অসিদা ৱাথলগী জগোই শারি।

অসিমক্না কয়ামুক অচুম্বা ওইরিগবা—অত্তমক্তি খওজদ। খনজরুবা ৱাথলগী খুদম ওয়না ইহান হানবমক্তদা ৱারীগী লাইখিক মচা অসিমদি পুথোকচরে। উনমদা চওখিবা অৱানবগীস্তু মশীং নাইখিদ্রে। অইবশিংগী মমলতদি মৱম অসিদা তাহনজনিংদে। নৈনবগী শরুকসিমতং ময়ামগী খুংতা শিন্নজরে।

রাসপূর্ণিমা থোঔজেং মৱপ

শিলচর,—
লাংবন ১, ১৩৮১।

মযুংদা

# জুরারগী মৈচাক্

সোগাইজম্ ব্রজেশ্বর

নোংঙাল্লে। অহিং চুপ্পা কদাইদা লেনলিবা? গৌরগী মুপীনা মথা তানা খন্থরকই; অতুগা মচামুপী সনাতোম্বী কৌতুনা হায়রকই— "ইবেম্মা, মপাত্তবু হল্লকৃত্রে।" সনাতোম্বী করি অমত্তা খুমদনা মাঙ্গোলদা ফমতুনা লাইরিক্ পারম্মী।

শুমাং য়োরকপদা মচা মুপী উবদা গৌরনা হায়রকই,— "সনাতোম্বী ইপাদি ঙসি লুপা চামঙা লোক্‌লক্লে।"

গৌর মীয়াই চল্লবা চহি নিকু-তরুকৃরোম্ ভরবা চাবা থকৃপা রাংতবা মী অমনি।

মচা মুপী করি অমত্তা খুমলমদে। ইমুংদগী রাধেনা মপুরোইবনা লুপা লোক্‌লক্লে হায়বা পাও তাবদা চেনখোরকই অমসুং হংলকই— "লুপা কয়ানোনে?" মাঙ্গোলদা থারিবা তাংবন অতুগী মথক্তা ফমথরগা গৌরনা হায়রকই— "লুপা চামঙানি।"

"কদাই, কদাই ঐঙোন্দা পিশিল্লকও" হায়না লুপাদো গৌরগী মখুংতগী রাধেনা লৌশিনখ্রে।

ঙসিদি গৌরগী মুপী রাধেগী হরাওবা মপান্ নাইখিদ্রে। মহাক্কী হরাওবসে হায়তনা তমতুনা থোক্কবদা নত্তে। মরমতুনা মতাক্তা মপুরোইববু য়াম্না নিংখিনা সেবা তৌরম্মি। মশামক্তা কৈংখেল বাতুনা ঙা অচৌবা লৈতুনা পুরক্লগা থোংতুনা পিজরম্মি।

চাক্ হাপ্পা হাপ্পা রাধেনা হংলকই—"নখোয়গীতবু ঙসিসু শাম্নগদ্রা?"

মপুরোইবনা চাক্ চানা চানা খুমলকই— "ঙসি মুংদাংঙু

শায়গনি। ঐদি হকচাংসে য়াম্না বারে— ঙসিদি ঐহাক শাবা শায়বা চংলরোয়। ”

রাধেনা— “লুপা চামঙাসে লেম্না ফংঙকৃপা নত্তে, নশানা খুরা রাজরুবগী ফংঙকপনি। মীনদি জুবার শায়বা হায়বসে ফংতে হায় তৌইগুম্বসুং জুবায় শায়হুনা মী য়াম্না হৌদোরক্খ্রে। ঐদি রারবস্থু রানা শায়রুচো হায়রিবনি। মুংথিল্ অহক্ য়াম্না তুম্নবা কাউবা পেন্‌দ্রিবা ? “

গৌরনা— “ নংনা হায়বগুম্না ঙরাং মুংদাংদি শায়ুদো লুপা লিশিংমুক্ লোক্খ্রে। ”

রাধেনা – “ ইস্ ! য়াম্না লোক্খরেদা। ”

গৌর – “ চংশু চংকে। লুপা লিশিং তরুক্ তরেৎ তং লোরুবদি কার অমা লৈশিনগে। কারদগী থোরকপা শেনহুনা য়ুমসে দালান্ হৌবা, রেডিও অমা লৈশিনবা ; অতুদগী ইচানুপীসে মিংশিনা লাইরিক্ তমহল্লগা বি, এ,-এম, এ পাশ তৌবা বর অমদা কোক্ থাজরগা লোইরে। ” রাধেনা থুমলকই– “ অত্তুতনি ঐনা থল্লিবা, ।

ঙাংনরিবা রাশিংদো সনাতোম্বীগী নাকোংদা হাপ্লা য়ারমদে। মরমহুনা মহাক্ করি অমত্তা ঙাংলমদে।

সনাতোম্বী মথোয়গী অমত্তা ঙাইজরবী মচা মুপীনি। মহাক্ হৌজিক্ ক্লাশ নাইনদা তম্বী ছাত্রীনি।

“ ইবেম্মা, নখোয় লাইথুরুম্মু কো— । ” হায়রম্লগা গৌর কপ্পোল অমা ইন্দুনা লুপা চনিরোম্ পুহুনা শায়বা চংখ্রে ।

অসুম তৌহুনা গৌর মুমিং থুদিংগী জুবার শায়বা চংলম্মি। চাবা থক্পা তুম্বা হিপ্পা মকম্ খঙ্‌দনা শায়বা হৌরক্লে। নোংমন্থু অঙাওবগী মথংদা লাক্লুনা মহাক্না রাধেদা হায়রম্মি— রাধে ! লুপা চামঙা– চাতরুক্ অহুদি লোয়না থাখ্রে, সাইকেল্ অসি য়োন্দুনা ফংবা অহুনা খুংপাই ওইরগে। ”

রাধেন্ন চংখিবা শেন অছু কণ্ডকথিনি হায়বা আশাদা 'য়োনখো' হায়রম্মি।

মচানুপীনা—"ইমা! নংনা বাজিবু খোঁগৎতুনা শান্নহনবসে কৎতে!" হায়না হায়রম্মি।

অছুবু রাধেগী তাংথক্ নাইদনা চেনবা ঈচেলবু কনানা থিংবা ঙমগনি। লুপাগী আশাদা ঙাওরবী রাধেনি। নোংমতন্ন মচানুপীনা হায়রিবসে কৈ হায়না খল্লুদে। অমারোমদা থাং কেংলা ফেংলগা ময়াই কারকপা হেনবগুম্না গৌর লুপা থার থারগা শান্নবগী নেশা হেন্না পোক্লম্মি।

ঙসি মুমিং নিনি হুমনি শুরে গৌর শান্নবদগী হল্লক্কবা। সনাতোম্বীনা স্কুল কারুবদা মখোয়গা তম্মীন্নবা মকপশিংনা মহাক্পু উবদা সনাতোম্বী! নখোয়গী বাজিছুবু শান্নকমদা কুনৈ হায়না হায়—অচুম্বরা? হায়না হংজি।

সনাতোম্বী—"ঐখোয়গী বাজি নংলম্মোয়।" হায়না লৈখোক্কুনা খুম্মি।

অছুবু নহা শাজৎনি, কনানা ফিবুন পাইহনা মেনবা ঙমগনি, ছাত্রী অপুম্বা মরুম মরুম ঙাংনৈ। সনাতোম্বী ইকাইবনা মমায় পুহনা ক্লাশতা নিংথিনা কম্বা ঙমলমদে। মহাক্না থনলম্মি ওম্মোক্পনি। জুবারীগী মচানুপী। সংসার অসিদা অম্নুম্না পানগদগী শরুকপুদি শিথিবনা হেন্না ফরে। ইকাইবনা মীয়ামগা মায়না লৈবা ঙমদবা থোক্লবদি হিংবগী কানফম লৈতে, সীতাগুম্না মালেমগী চেংথাইবা কারক্তা চংথিবা ঙমলবদি অথোইবনি।

ইকাইবনা লৈবা ঙমদনা মহাক্ ছুট্টি লৌহনা মমুমদা ঙম্না লাক্লম্মি।

মুমিং নিনি হুমনি শুনা হল্লক্কবা মপুরোইবগী রাথলতনা উংহনা লৈরবী রাধেনা মাঙোলদা মুরা অমগী মথক্তা ফমহনা লৈরম্মি।

সনাতোম্বীনা মমা মাঙোলদা ফমহনা লৈবা উবদা ঙমাংদগী

হায়রকই—"ইমা, ইমায়সে খমকম্ লৈরে। স্কুলদা ছাত্রী পুম্নমক্না মখোয় বাজিদো জুবার শায়কমদা ফুনৈ হায়বদো অচুম্বরা হায়না হংঙি।"

মমানা—"মচিন থিহ্না পংঙাং ঙাংলিবনি—থোঁসাক্তু ইচাসিদি নকি নরোল হোংহ্না চাক্ চানবা তৌ। নঙনা অশুক ঙম্না লাক্পদি করিগীনো?"

সনাতোম্বী—"মখোয় ময়াম্না ঐবু ঙাহাক্ কৈতনা হংবা অহলা ইকাইমন্থিহ্না ছুটি লৌহ্না লাক্পনি।" মচাগী বা তারগা রাথে ঙাহাক্ তুমিন্না লৈহ্না বাথল তৌই—"হায়রিবা অসিবু অচুম্বরা?" মমানা তুমিন্না লৈবা উবদা সনাতোম্বী কি হোংনা হোংনা—"করিগী তৌদনবু মীনা পংঙাং ঙাংনবা হৌনরা? সুংশিৎ শিৎতন। উনা লেংবা য়াত্রা? অসি পুম্নমক্সে ইমানা থৌজল থৌজিন্দুনা তৌগা ঙাক্কনি।"

মমানা—"চেন্থরকপা ঈচেলবু কনানা পাক্ হেক্ থিংবা ঙমগনি। অসি খন্দুনা ঐহাক্ থিংজরবনি। অহুগী মথক্তা অবলা সুপী ঐথোয়না নিপাদা করি তৌবা ঙমগনি?"

খোন কল্লপ তৌমা সনাতোম্বীনা হাযরকই—"ফংতবা লম্বেলদা চংপা মীবু থিংবা মতমদা অবলা হেক্ ওইবা, অদুগা থৌজিনবা মতমদা নোংশাঙম্না পাঙল থোরকপা।"

মতম অসিদা মখোয় লৈকাইগী মৌ-নক অমনা লাক্তুনা লুপা তারাগী অচোইবা পিউ হায়রবদা মমানা—"সনাতোম্বী, উপু হাংদোক্তুনা ননম্মদা লুপা তারাগী অচোইবা পিথো।"

লুপাগী অচোইবা পীনবগী মমক সনাতোম্বীনা উপু হাংদোক্লবদা মহাক্কী মমাগী কেপ লৈত্তে উবদা—"ইমা ঐগী সনাগী কেপ লৈতে," হায়রক্লি।

মমানা—"হাঃ! নংগী সনাগী কেপ লৈতে হায়বা—নিংথিনা য়েংঙু।"

সনাতোম্বীনা—"য়েংঙে। অসিদগী করি হেন্না নিংথিজনা য়েংগনি।"

মচানুপীগী মনাগী কেপ্ লৈত্তে হায়্রবা তাবদা রাধেগী কোক্থক্তা মুক্ত তাবগা চপ্ মায়রম্মি। থুপী হায়রসে, মচাগী ওমক্ মথরাই থাবা ওমবনি। অমুক কুইরবা মরা মপুরোইবনা সাইকেল, ঘড়ি য়োন্দুনা জুবার শায়রবদা রাধেগী পুক্নিংদা করি অমত্তা মুঙাইত্তবা পোকলমদে। তৌইগুম্বনুং ওসিদি বানা তুরহনা শাজরবা মচানুপীগী পারিজাৎ পরেং অমমুং লৈ লৈদ্রে হায়বা তাবদা রাধেনা মপুরোইবগী মথক্তা ওমথৈ লৈতনা শাউনিংবা পোকলম্মি। মরমসিনা রাধেনা— "মাংঙে, মাংঙে, ইচাগী পারিজাৎ পরেং য়োন্দুনা শায়খ্রবা ? "

মচানুপীনা— " হৌজিক্তা মাংঙে হায়বা থখল লাক্রবা— নহাল্ মথৈদি থৌজিন থৌজিন্দুনা শায়হনবদায়। "

মমা— " ঐদি মহাক্না অসি য়ৌনা শায়গনি হায়বা মঙদা ফাউনা থনলমদে। "

— " ইমা, নংনা থাজবা থুগী পাম্বীনি। ওসিদি নিংথিনা মহৈ পাল্লবা মতমসিদা মংনা করিগী চানিংদে। "

" ইবেম্মা, সংসারগী মী পুম্নমক্ লুপাগী মীনাই ওাক্নি। লুপানা তৌবা ওমদবা পোৎশক লৈত্তে। লুপাবু লৈরবদি মী কাংলুরবসু করিসু তৌদে, হৌজিক্তি সংসার অসিদা লুপানা মরুওইবা পোৎশকনি। "

" ইমা লুপাতনা মীওইবগী মরুওইবা পোৎশক নত্তে, ইজ্জৎ হায়বা পোৎশক অসিনা পুম্নমক্তগী মরুওইবা পোৎশক্নি। ইজ্জৎ অসিনি মাংখ্রবদি অনিরক শুনা তান্বা য়াদে, লুপাদি তান্বা য়াই। অদুগা জুবারীগী মচানুপী ঐহাক্পু কনানা লৌবিগদৌরিবনো ?

মচানুপীগী বাশিংসে তারগা রাধে লাল্লে হায়বা মতাঙুম্ তুমিন্না লৈরম্মি। অদুদীগ ওাহক্ লৈরগা মহাক্না— " ওম্মিদা ওম্মিদা-ওয়্থোক্না ওম্মিদা-ইচাগী লিক্কোন্ য়োন্দুনা শায়বা, লাকখিসনু। "

মতমসিদা গৌর মমায় লুকথক্তনা কয়োল অমা ইনলগা. মশম্ মনা ইকা কানা চঙলকই; গৌর লাক্পা উবদা মমা-মচানা য়েংশি——

মিংলাউবী ওনখে। মপুরোইবা উত্তিৈঙদদি শাউনিংবা থর্বা বাংলম্মি। তৌইওবস্নুং মথক্ উবগা মহাকী "শাউনিংবী মৈচাক্ হায়দগী চাযহেন্না চাকথংলক্লে। গৌরস্নু মমা-মচানা অশাউবগী ফিবমদা লৈরবা উবদা মহাক্না তৌখিবা থবক্শিং অহুগীনি হায়বা খওহনা মাঙ্গোলদা কমলিবা মাধেবু মিংচীনা হায়কেং য়েংলম্মগী ইমুংদা চংথিরম্মি।"

নহালমথে গৌরনা শাযবা হন্নকপা মতমদা মহাকী মুপী রাধেনা য়াম্না হন্নাওনা মথল-মথা শাযবগী বা হংহনা সেবা নিংথিনা তৌরম্মি—নিংশিংলুবদা কয়া খোইথুমনৈ তৌইওবস্নুং "ওসিগী ফিবম উবদা হকচাংদা অকিবগী ঈপোম হোৌরকপগা লোয়নবা শুক্লিংদা অশাবা অয়াকপগী মহাও অমা ফংলম্মি। মরমসিনা গৌরনা কি য়ানফমদা কম্বোলদো য়ানশিল্লগা মকী-মরোন লোথোক্লনা মকোক্তা মথুং হাপ্পগা ফমুংদগী মখোং অনি য়াম্বহনা কমলগা থনলম্মি— "ঐনা তৌরিবা অসিবু করিনো?"

রাধে য়াম্না ইহল কনবা শাক্তিরক্লবদি মবা মপুরোইবকা খওদনা ওাংনিংবতা ওাংবা ওষা মুপীনি। রাধে অশাউবা ফুমহনা থম্বা ওমলকহনা "যুদ্ধং দেহী" হায়বা রাখলদা ইমুংদা চংশিল্লগ— "নংনা তৌরিবা অসিবু করিনো?"

গৌরনা ওন্না খুমলকই— "করি তৌরবগে?"

রাধেনা— "নংবু মীরাও? লিক্ কোন্ য়োন্দুনা জুবার শাম্নকনা —ঐনা কৌস্নু বেপার থোহনা শাজবা ইচাগী লিক্ নত্রা? নংগী নরল মচেৎ অমত্তা য়াউত্রা? নবেম্মা 'ঐহাক্ লৈবগী নহাক মগ্নীরগা মান্ননা চৎপা ওম্বা নত্রা? লৈরিবা য়ুমফম অসিস্নু ঐনা ওহনা চৎতুতা ভানবা শেন্না লৈবা নত্রা?'"

মতাং অসিদা গৌরনা— "মুপী অসিদি বা য়াম্না ওাংগিদা।"

রাধেনা য়াম্না লাউনা— "নশক অদো উবদা হ মুক থারে করিগী য়ুমদা হনজিনবিরক্লিবনো? চেংথ্রা— চো।"

গৌর—"ইহে—মুপীসিদি শোয়বা তারে।"

রাধেনা অমুক হেন্না লাউনা—"চংখ্রে—চংখ্রে হয়ানবা, জুবার শান্নবা মীগা তিন্নহনা নৈবা ঐখোয় ওমজয়োয়।"

হন্দকী রাহৈ অসিদি গৌরগী থগ্মোয়বা তানা থিনবগা চপ মান্নরম্মি। কন্নিস্থ নৈত্রবা মুপী অসিনা নৈকাই তানবা হয়ানবগা হায়না চৈরকপদা শাউনিংবনা পুক্লিং কাজিনবা ওমলক্কহনা গৌরনা "মসিগী মুপী অসিতা হাংলগা লোইরে" হায়রগা পরপ পরপ চংশিন্দুনা রাধেগী মথনাউ মেংথরে। রাধেন্থ ঈশিংদা তাবা মী অমগুন্না অকংবা পান্নৈ শিজিন্নরগা লোইরে হায়বা রাখলদা গৌরগী অথীভমদা পাইহনা নৈজবা পাঙ্গল শিজিন্নরক্রে। মখোয় অনিমক্ "য়ীক্, য়ীক্" হায়না শংলকপা মতমদা সনাতোম্বীনা মমা মপা শিবা তারে হাযবা রাখলদা তাংবলদগী ফুক হৌগৎহনা মুংশিংকী মমাং থানা লাক্কুনা "বাজি, ইমা শিবা তারে।" হায়হনা মপাবু কন্না চিংথোক্খ্রে। অতুদগী রাধেনা—"মী হাৎপা, জুবারী, নৈকাইশা জুরাবীনা ঐবু হাংকর্দোরে কনলো লাও।" হায়না লাউই।

গৌরনা—"থোরাইমচা অসিনা নৈকাই শান্না শনগদোরে মসিতা ফংহনা হাংলগা লোইরে।" হায়হনা চংশিন্দুনা রাধেগী মকোক্তা থাজাইদা লেন্দুম্ তাবগুম্না থুহন্না কন্না গুরকলি।

রাধেনা "ইস" হায়হনা ফমথরম্মি। সনাতোম্বীনা—"বাজি, নংনা তৌরিবসে কন্নিনো?" হায়না থামথিরম্মি।

সনাতোম্বী রাধেবু পুহনা ফমুং অমদা তপ্না তপ্না তৌহনা হিপতহল্লি। থাজাই নান্দুনা য়েংবদা য়াম্না চাউনা পোমহনা নৈবা উবদা রাধেনা—"ও-ইমা! নংনা ঐবু জুবারী অমদা থাজবিহনা থোক্লিবা থৌদোক অসি উবিত্রবরা?" হায়না হীক্লা হীক্লা কপলম্মি।

মীওইবা পুন্নমকী পুক্লিংদা অথোংপা পোৎশক অমা নৈ।

গৌর মহাক্তী হুপীনা ভেংথা নাওয়না কপ্পকপদা—"করিম্নু লাজত্রবী হুপীবু ওম্বি হায়না ক্দংলিবা হুপা ঐহাক্তি অঙাওবা নত্তনা করি ওইগনি।" হায়না থনলম্মি।

অদ্দগি মথরাই হুঙাইরক্লহুনা গৌরনা মচাহুপীদা—"সনাতোম্বী, নমাবু করিগুম্বা শোক্পা লাক্পরা ?"

সনাতোম্বী—"ইমাগী শাজাই য়াম্না বাংনা পোমথংলে।"

বা অসি তাবদা গৌরগী পুক্লিংদা হুঙাইতবগী ঈহৌ হৌরক্ল্না হৌথিবা পুল্লীগী লামায় মথং মথং হাংদোক্পা হৌরক্লে। লুহোংবগী অনৌবা পুসীদা গৌরনা মনাক্তা হিপলিবা রাধেগী মমায় তপ্না নানলগা "রাধে, নংবু ঐনা অহুক্তী মতিক হুংশি হায়বদি কনাগুম্বনা নংবু চুম্না য়েংজরবম্নু ঐহাক্তী পুক্লিংদা হুঙাইতবা পোকই। মরমসিনা নংবু ঐনা করিগুম্বা মতমদা থিনা তৌরোয়।" হায়থিবা রাহৈশিং নিংশিংলক্লে। মরমসিনা থাংবা ওমলক্লহুনা গৌরনা "ইবেম্মা, ঐহাক ডাক্তার কৌরুগে।" হায়না ডাক্তার কৌবা চৎখ্রে।

ওাহাক লৈরগা গৌর ডাক্তারনা পুদ্না লাক্লে। ডাক্তার রাধেবু য়ুম্না য়েংলগা "কয়ম্না শোক্লিবনো।" হংলকই।

গৌরনা—"পালোংদগী ওম্বদ্না তৌরিবনি।" ডাক্তারনা য়ুম্না য়েংলগা ইনজেক্সন অমা কাপলম্মগা "করিম্নু থোইদোক্পা তৌর রোয়।" হায়রম্মগা চৎখ্রে।

মমাওদা গৌরনা হায়থিবা "নহাক্পু ঐনা করিগুম্বা মতমদা থিনা তৌরোয়।" হায়বা রাশিংদো ওসি নিংশিংলক্ল্না থম্মোয় পুবা ওমদনা রাধেনা "নহাক্লা ঐবু ওসি অসি য়ৌনা তৌবা ওমলবনিকো।" হায়না হীক্লা হীক্লা কপলম্বদগী "ও ইমা! ঐবু জুরারীদা থাজবিদ্না থোক্লিবা থৌদোকসে উত্রবনে হায়না লৈকাই তানবা লাউনা কপা থংলকই।

# শৈশা

মৈম্নাম ভুবন

" ইবুঙো নত্তনা অভোপ্পা পাম্বে অমত্তা লৈত্রে, ইবুঙোনা ইন্দোনগী মায় অসি অমুক্তদি ঙাকউ। থানাদা অমুক্তং চংলুসি। ঙারাং হুমিদাং নচন অদো থানাগী মীনা ফাহুনা পুথ্রে, নচন অদো অমুক্তদি কল্লু। ইবুঙো নত্তনা হায়ফম কনা অমত্তা লৈজদে।" — অয়ুক অঙনবদা মক্রপ রমেন উনহোৌদবা য়াদবা থবক অমগী খোঙথাং কন্না লাকপা মতমদা সহরগী থানা ময়াগী লম্বেলদা চহি নীফুরোম শুরবী মৌ অমনা ঐহাকপু থংতুনা য়াম্না ফীংনা রাহৈ কয়ামরুম অসি হায়রমই।

মৌ অসি কনানো হায়বা ঐহাক নীংথিনা খঙলমদে। তৌইগুম্বস্থং কদাইদনো অমুক উখিবগুম তৌরমই। "থানাদা" হায়না ইথঙ খঙহৌদনা চিন্দগী অঙকপা অমগা লোযননা হায়দোকখীবা খঙহৌদে। "হোয় ইবুঙো, থানাদা" হায়হুনা নুপী অহুনা খুমল্লকখি। করিগুম্বা থোৌদোক অমদগী লৈশাবী অমা থানাদা পুথ্রে হায়বসি নীংথিনা খঙলমই। "য়াম্না ফনি. লেঙঙসি ইন্দোন" হায়হনা থানাগী মাইগৈদা নুপী অহুগা চংলমই। "করম্বা মঙংদগী পানাদা পুখিবনো" হায়না চংনা চংনা ঐনা হংলমই। "খঙদেনে ইবুঙো ! লহান অদো মাইল কুন থাপ্না ঈশৈ শকপা নচন অদো পুহুনা চংলুই। হল্লকপদা খুন অহুগীনি হায়হুনা পাখঙ অমনা ঐখোযবু জিলা তান্না থিনবিরকই। নুপা অহু মশক মতৌম্বু ফজৈ, মবুকস্থু য়াম্না ফনা উই। মহাক্না মযুমদা শকহনগনি হায়হনা বার্ত্তোনস্থু তৌরম্মিবনি। জিলাদা থুঙলগা মমথিহুনা যুমদা হম্নবা গাড়ী ফঙহোৌদ্রে। অহুনা নচন অদো পুহুনা

সিনেমা য়েঙউখিগে হায়দুনা ঐবু মৈতৈ হোটেলদা থরম্লগা চৎখিবনি। অহিং নোংশোয়বা হল্লকতে। খোজিক নোংঙল্লাগদি থানাগী পুলিশ অমনা হোটেলদা লাকতুনা ঐভোন্দা পাউ অসি পীরমই। থানা য়৽ৌক্লরে, মৈতৈ মচা অমত্তা লৈরমদবা অদুদা ইন্দোনদি মুপীনিনা মখোয়গী লোনসু খঙদবনিনা মৈতৈ মচা কনা উবগে হায়না থিনা থোরকপদা ইবুঙোগা উনরিব সনি। লহান ঈশৈ শরুবদা মহাক্না মচনগী মায় ঙাকলিবনি হায়দুনা সনাখুদোপ, ঘড়ি অদুগা লুপা য়াঙখৈ অমত্তা থাবশাইয়ে। ইচাবু ইজং লৌগে হায়না তৌরম্মিবোইরে! পৌরায মচা অদো ...” অমুম্না য়াম্না শাউনা রারী অসির ঐভোন্দা লীরমই। ঐহাক নীংথিনা খঙবা ঙমলমই— মৈতৈ সমাজনা ঈশ্বগী মিং শোনবা ফুরূপদগী তুরুচ্চবা মীৎয়েংদা য়েঙবা বাশোক শকপী নত্তনা অতৈ অমা ওয়ন্রে হায়বা। মরবাক্সী সহর অসিদা মৈতৈ লৈশাবী অমনা থোদোক অমদগী অচোপ্পা থবক তৌরম্লবসু মতু মৈতৈ ঐখোয সমাজগী ইকাযনকম ওয়বা পোৎশক অমনি খনদুনা য়াম্না খঙনিংবা অমগা লোয়ননা থানাদা চঙলমই।

থানাদা চঙলগা “মুপীমচাদো হায়া অমুক্তা উহনবীরু, মঙং অদো কোম্না তাগে” হায়না দারোগাগী য়াথং লৌথোক্লমই। দারোগাগী য়াথং ফঙদুনা পুলিশ অমনা মাঙ থাদুনা লোকপ য়ুম তান্না চঙলমই। য়ুমগী তালা হাংদোকতুনা থোঙ হাংদোক্লমই। থোঙ হেক হাংদোক-পদা উবা শরুম অদু নীংশিংলবাদ ঙসি ফাউবা তু চুঙই।

অহিং নোংশোয়বা তুমদ্রবা শম-না ইকা ফারবা অমসুং বিলাতী মহীনা তাইবং অসি মুঙাইবগী মীৎয়েংদা উখ্রুবা মমিৎ অদু ঙাংশং ঙাংনা ফিম মরোল ইকোম কোম্না য়াম্না মুঙাইবগী ইপাক অমদা তাউদুনা লৈরমই। থানাগী লোকপ মনুংদা লৈরি হায়বসি নীংথিনা খঙবা

ওয়মত্রি। হৌখিবা হুমিদাংগী য়ুগী নিশা কোক্লমত্রি। মমাবু উরগা "ইমা, তামোনা মোটয়না য়ুমদা থীনবিগনি হায়য়ে" হায়দুনা চোয়রোলগুম হায়রকখি। মচাগী মতৌ অদু উরগা মমানা ঐঙোন্দা অমুক য়েং মচাদা অমুক য়েং— য়াম্না অঙকপা ফঙলমই।

হুপী মচা অহুদি কনা ওয়রমত্রে। থা অমরোম মমাংদা ঐখোয়গী লৈকাযদা ঈশৈ শরুম্বী, ঐহাকপু ফজনা খঙলবী, চহি তাম্রানীপালদা খোঙদারবী অফাউবী বাশোক শকপী অমা ওয়রম্লে। ঐখোয়গী লৈকায়দা ঈশৈ শকগিবা হুমিং অদু মহাক্তী মশক উরগা ফজনা নীংশিংলমই। ঈশৈ শক্নি হায়দুনা থুঙলবা হুংথিল অদো ঈশৈ শকপী যেঙউসি হায়দনা মরূপ অনী অদুমগা কোইথোক্লমই। কদাইদগীনো কনাদগী তম্বিবা ঈশৈনো অ'সনা চিংবা হংদুনা মনাক্তা ফমদুনা রারী শান্নরমই। মপানগী তাইবংদা খোঙদারবী ঈশৈ শকপী অমনিনা থোযনা কোযদবমথৈ য়াম্না হুঙাইবা পীরমই। ঐখোয়গী ইতৌ অদু উবদা মমানা ফিযোমদগী কমলা অনী অদুম পুথোরকতুনা "নঙগী তামোংখোয পীজৌ" হ'য়না পীরমই। কমলা খোকতুনা মরূপ অতৈদা থরা থরা য়েল্লগ' ঐহাকপু মাগী লন্নাইগী মী অমা ওয়না কমলা মশূং অমমম ওইনা মল্ল মল্লদুনা পীজরমই। হুমিদাং অদো মাগুবতা ঈশৈ শকপা মতমদা মোমোন তৌবা মায়থোংনা মীংচিনা যেঙল য়েঙলদুনা থম্মোই ঈরাং হৌবা ঈশৈ কযা শকখি। মাগী নৌরবা খোঞ্জেলগী ঈশৈ, মোমোন তৌবা মায়থোং, হুরান্দুনা য়েঙবা মীংতা— পুন্নমক অদুনা ঐহাকপু ফাদুনা শুমহৎপদোনা শুন্দাৎলমই। ইকাই অকি পুন্নমক কাউথোকখিদুনা ঈশৈগী তাল য়েঙল য়েঙলদুনা লুপা কুনথ্রা-নী ফু থাদোকখিরমই। অহিং ঈশৈ লোম্বরগা য়ুমদা হল্লকপদা "লৌশিংতা থাজনা থীরুরে" হাযবা লৌশিং তারকতুনা অহিং অদু'মা তুম্বা য়াহনখিদবা হুপীমচাদো ওয়রম্মে।

দারোগা উনহুনা করম্বা মওংদা কদাইদগী পুরক্লিবনো হায়না হংলম্মী। দারোগা অহুনা " অদোমগা করি থোক্লবিবগে ?" হায়না হংখি। " করিস্ থোক্লদে, লম্বেলদা থবক অমগী লাকপদা মমা অসিন' মৈতৈমচা থিরকপদা ঐহাকপু উহুনা অমুক্তা চংলুসি হায়না পুরকপনি "— ঐনা খুম্লম্মী।

ঙারাং মুমিদাং পুঙ তারানীথোই মথায তাবা মতমদা সহরগী নিলথোংবা লেপখিহুনা অহিংগী তাইবংদা পোথানরবা মতমদা ক্রীং ··· ক্রীং ··· ক্রীং হায়না টেলিফোন লাক্লমই। রিসিভর থাঙ্গৎহুনা পায়বদা " হ্যালো, হ্যালো, পুলিশ ইনসপেক্টর, হোটেলগী কা অমদা চহি তারানীপালরোম ওরবী মৈতৈ লৈশাবী অমগা পাখঙ অনীগা যুনা ঙাউহনা তাহনা লৈরে। " হায়না হাযরকখি। পুলিশ চংখিবদা হোটেলগী কা অমদা লৈশাবী অসিগা পাখঙ অমগা যুগী নিশানা ঙাউহনা ফমুং অমদা লোংনা তাহুনা লৈরমই। অতোপ্পা মপা অমদি চেনখিরম্মে। মফম অহুদগী কাহুনা পুরক্লগা লোকপতা থমলিবসিনি। " হায়না দারোগানা চাউরবা মুংশাশোর মপী অমা হোন্দোক্লমই।

" ইন্দোন, মফম অসিদা ঙাইহাক্তং ফমহুনা লৈবিরমথো। হৌজিক থৌদোক অসিগী মরমদা মখোয়বু কাহুনা পুরকইবা মফম অহুদগী রা খঙদোকউখিগে " হাযহুনা মৌ অহুবু থানাদা থরম্লগা হোটেল তাপ্পা চংলমই। হোটেলগী মেনেজরগা উনহুনা ঙারাং মুমিদাং কাহুনা পুখি্রবা লৈশাবী পাখঙদো করম হায়না হোটেলদা লৈরম্লিবনো হংবদা " মুমিদাং পুঙ তারামাথোই তাবা মতমদা লৈশাবী পাখঙ অনী অসি অহিং অসি'মতং লেকচখিগে হায়না চঙলকই। মখোয় অনীগী করি মরী লৈনবগে হংবদা মপা অহুনা মহাক্তী মচননি, সিনেমা য়েংবা লোয়রগা মযুমদা হম্নবা গাড়ী কংদ্রে, ওসি অহিং অসি

লেকহল্লেবদি মুপী মচা অসি য়াউবা অসিদা। খুদোং য়াম্না চানবা অমা ওয়বতারে হায়বদগী মুঙাইতহুনা মখোয়বু লেকহনবনি। মখোয়দা অহাংবা কা অমা য়েংহনা পীবগী মতুংদা অতোপ্পা মুপা অমত্থু চঙখিবগুম তৌরমই। থবক লোয়শিল্লগা থোঙ থীংজিনগে তৌবদা চিংলবা অমা পোকতুনা মখোয়গী কাদা চেপতুনা য়েংবদা কয়ুঙদা পাথঙ অনীগা লৈশাবী অমগা লোংনা তাহুনা লৈবা উই। মহদা ঐহাক্না অকিবা অমা পোকতুনা থানাদা কোন তৌবদগী থানাগী মী লাকতুনা কাহুনা পুখিত্রবনি। অসিদগী অহেনবা করি অমত্তা থঙদে ” হায়না মেনেজরনা হায়রকখি।

মেনেজরদগী বিদায় লৌরগা হোটেলদগী মপান্দা থোরকপা লম্বেলগী মচিদা মরি মঙা লেপতুনা থোদোক অসিগী বারী শায়রমই। মৈতৈ মচা অনী অহুম অমস্তু বারী শায়বদা য়াউরমই। মনাক্তা চঙলুনা মুপীমচাদো পুরকইবা মুপাদো কনানো হায়না ঐনা হংলম্মী। মুপা অহুবু মশক থঙবা পাথঙ অমন! “ মুপা অদো মমিং অমস্তুং পোক্কম লমদমদি থঙদে, লম্বেল থোংগী থিকা লৌই হায়না তায়। অফিসর অমগস্থু য়াম্না তিন্নে হায়না তায়। অফিসর অহুবু পেলহনবা ভম্মগদি থিকা লৌবদা মাগী চাউরবা মতেং অমা ওয়রগনি থনবদগী বিলাতী মুগা মুপীগা খুদোল তৌবা ওয়রমগনি ” হাযনা হায়রকখি।

অতোপ্পা বা য়াম্না থিজিল্লবস্থু মওং অহু যাম্না ফজনা থঙবা ওয়মই। মুপা অমস্তুং মুপী অহু পৈশাগীদমক্তা সমাজগী মীনোক কিবা জাং নত্তে। মুপানা পৈশাতবু মশক থঙলবা থিকাদারনি। লম্বেল থোংতা নত্তনা পৈশাগীদমক্তা মুপী কাউবা য়োনবা ওম্বা! মুপীমচা অহুনা ঈশ্বরগী মিং শোল্লিবনিদি হাররগা পৈশাবু কওগনি হায়রবদি মশাবু য়োম্বোকপা ওম্বী! মখোয়গী মতীক চাবা দণ্ডিদি জেইল নত্তনা অতোপ্পা অমা লৈতে। পৈশাগীদমক্তা সমাজগী মমায়দা তিন শিংগদা হাংল্লোক্নবা ওাক্কনি।

অহুবু থানাদা অমুত্তং চংহুনা মতুং করি তাবা খঙলোকলুথিগে হায়না চংলম্মী। থানাগী দারোগা উনহুনা মতুং করি তারিবা হংবদা জামিন য়াবিনবা লৈরবদি জামিনদা পুবিথিবা য়াগনি, জামিনগী মী লৈত্রবদি থানাদা কুইনা থম্বা য়াদে, জেইলদা হৌজিকমক থম্মুরগনি হায়না হায়রকখি।

মমাগী মতৌ য়েংবদা মুঙাইতবা অমা পোক্লম্মী, অহুবু করিসু খোল্লদবা নীংথিনা থঙনদবা পাখঙ অমগা মুমিদাংদা সিনেমা য়েংবনি হায়হুনা থারিবী মুপী মহাকসু পৈশা পাম্বদগী ওয়রিবনি হায়না ঙনবদগী শাউনিংলম্মী। অসিগুম্বা মীওইশিং অসিগী মায় ঙাক্লুবগা খোয়না মায় পাকপা ওয়রোয়, তুংদা ঐহাকসু অমুক চেন্নবতারে হায়না খল্লমই।

“দারোগাবাবু, জামিন য়াবিনবা কনা অমত্তা লৈতে, জেইলদা পুবা তাররবদি লৈশাবী মচানি, মুঙাইতে, ঐগী মায় ঙাকপীয়ু, করিগুম্বা অমত্তং নিজগে” হায়না ঐনা হায়রমই।

“য়াম্না ফনি, হায়বিয়ু” হায়না থুন্নগা ঐঙোম্দা যাম্না ঙক্লা য়েংলমই। “থানাদগী জেইল কাউবা অসি মোটরনা পুবীয়ু, ঐহাক মোটর পুজরক্তে” ঐনা হায়রমই। “য়াগনি, অহুদি খরা থুনা পুথিরকউ” —দারোগানা ঐঙোম্দা হায়রম্মী।

থানাদগী খোরক্লগা গাড়ী অমা পুরক্লম্মী। মমাদা ঐহাক্না হায়রমই— “ইম্বোন, মুমদা হন্দুনা লৈকায়গী অহল অমা পুরকতুনা জামিন লৌথোকপীয়ু। ঐদি মকম অত্তগী নত্তবনিনা যাদ্রে।”

মুপীরচা অহুবু পুলিশ অমনা মখুৎ শমহুনা পুখোরক্লগা গাড়ী মনুংদা ফমহল্লম্মী। মমানা মচাবু য়েংহুনা কপ্লম্মী। গাড়ী ষ্টার্ট তৌহনা জেইল পাংনা চংখিরম্মী। গাড়ীনা চংখিবা মাইগৈ য়েংলগা ঐহাক্না মীংশিংলমই— মুগী নিশানা ঙাউরবী মৈতৈ বাশোক শকপী অঙ্গনা নোকমি নোকমি হায়খিবা— “ইমা, তামোনা মোটোরনা য়ুমদা থিনবিগনি হায়রে।”

## অনৌ থোক্না চিংথাহৌরকখি

শগোলশেম ধবল

হায়রগে হায়না থন্মুনন্থ হেক কাউথোক্তুনা তোক্পা— অহুপুবা বা কয়া মখোং লাকপমদনা মাঙখিবগুম লৌগে হায়না। থম্মুবা কজথুবা বারী লৌথোককম ফংদহুনা তোকপা য়ামখ্রে। সনাতোম্বীগী বারী-'সিমন্থ অহুম হায়না কাউরূথোরবনি। মাগী বারী অসি লৌরগে হায়না থম্মোইদবনি কবিগুম্বা ঙাসাই অয়ুক্কী থোকখিবা থৌদোক' হুমা থোক্লমগ্রবদি ···

ঐগী থবাই অসি, শেগায়খিহুনা ঙ-থোংনা কপ্লীংথ্রবনি। ইকাইবগা শাউনীংবগা তুকচ্চবগা — ময়াম অসিনা তিমখিহুনা মকম অহুদা ঐ মৌৎকুপ অমত্তং লেপ্পা ঙমখিদে। থুনা য়াঙনা সাইকেল অহুদা তোংখৎতুনা মকম অহুদগী থে.রকখি। সাইকেল থৌনা থৌনা পুক্নিংদা থনৃশি — 'ঐ হীংঙে। মকম অহুদা লৈরম্লবদি মীগী বাহং কয়া শোয়দনা চারমগনি — কনানো, কবিনো, কবিগীনো, কবি থোকৃপগে ··· অহু অদা কয়ানা চিংবা।' ময়াম অহুগী পাউথুম অহু অসেংবদা মতীক চাবা অমত্তং পীবদি ঙমদবগী ঙমদবা, অহুগীস্ত মথকতা খুদোং চাহৌবদি রা পুন্থখিহুনা করম্বা অনৌবা মাইথীবা ফংবা ময়াম অসি থম্মুনা ঐ মকম অহুদগী থোরকৃতুনা হীংঙে থম্লুবনি, অহুবু অসেংবদদি ঐ মকম অহুদগী থোরকতুনা হীংলি হায়বসি হায়ঙমগ্রি।

ঙসি ঐগা লৈমিন্নরিবী অঙাং অহুমগী মমা ওয়রবী— ঐগী মুপী শ্রীমতি ইবেমা বিমলা অসিবু মতম অমদা ঐনা য়ামনা মুংশিখিগ্রবী. মেঙনিংগ্রবী ওয়রম্লবস্থ ঙসিদি মুংশিদবা ঙমগ্রহুনা য়াম্মক মুংশিজরবনি। তৌবগীদি মাস্থ থঙত্তি— মতম অমদা ঐনা মাবু কয়াম্মক মুংশিবিরমদবগে হায়রবদো।

ফুংশিবদা তাং অনী খোক্সা থাইদোকপা য়ায়। অমদা মহোশাদা শক-চু শাজং-লীচং মণ্ডং-মতৌ অমম্বুং পুক্সিং-পুকচেল তিন্নরক্লহনা ফুংশিবা অচুপা অমনা পতি লৈত্রক্লহনা ফুংশিবা। বিমলাবু ঐনা ফুংশিজরিবসে তৌবগীদি পতি লৈত্রক্লহনা ফুংশিবা হায়বহুনি। করিদি তৌগনি? অঙাং অহম্রগী মপানি ঐ — কন্নবম্বু কংত্রবম্বু। হৌজিকপু ঐনা ইচাশিংসিবু ফুংশিদে অমম্বুং মমাসিবুম্বু ফুংশিদে হায়না হায়রগা করানা অমুক থাজবিথিগদগে?

অহবু ওসিগী বিমলা অসিনা মতম অমুদা ঐগী ফুংশিবগী থম্মোইদা শীংজওনা য়ানখি হায়বসিমতংদি মরূপ-মপাং অমম্বুং কৈরোট-লৈকায় পুন্নমকম্বু শওহৌরবনি। চাক্লবা থম্মোই অসি পুবা ওমত্রহনা লূহোংবগী ফুমিদাংদা য়াওশওগী চিয়ারদা কমহুনা পানামা পেকেট অনী লোয়নবা অমগী মথংদা অমা অমম্বুং মথং মথং সিগারেট অমমম চন্নহুনা — অহুক য়াম্না সিগারেট থকতুনা রাক্সবা অহিং অচু' তুমদনা লেন্নবা লাক্লবদা বিমলানা করেম্নথিবা রাতাশিংদো ওশিম্ব পুনকাউ কাউবসি ওমজি।

ঐগী থম্মোই অসিদা রাহৈ অচুতনা হন্না হন্না যৈন্নবদা লৈবা ওমত্রহনা ঐ হন্না কন্না ঈশিং থকথি। সিগারেট কী নিশানা মৈচাক অহবু মুংহনবা ওমথিদে। ইস্— মানা হায়থিবা রা— সালাম খুড়া থম্বাখোয়দা ফুমিদাংরাইরম উনথিবদা : 'ফুংশিবা, ঐবু লংশেকপীরমগ-মুকো!' সনাতোম্বী, আঃ সনাতোম্বী! সনাতে ম্বীতনা য়োমহুনা শাথুবা ঐগী থরাই অহ পুহুনা করম্বা গ্রহগী থৌশিনদগী ঐনা বিমলাবু লূহোংলুবা! খোয়দোক্সা হায়রগা— শাজং-লীচং মণ্ড-মতৌ পুন্নমকৃতা ঐনা থরাইদগী ফুংশিত্রবা তুকচ্চরবা বিমলাহবু!

অসিবু ঈশ্বরগী থৌরাং নত্তে হায়রসিরা?

সনাতোম্বীসে অঙাং ওটরিভৈদা য়াম্না ইকাইখ্বীগন্নমই। ঐঙোন্দদি মাগী মতৌ অদো উরগা পংম্বুংতা ফুংশিবা! অহবু ইকাইখ্বী-গনবীহুনা ভম্না তম্না মপাল শারকপা হৌরকপদগী ঐগী থম্মোট অসিদা

চিঙনবা অমস্তুং অরাবা রাখল অমা পোক্লকখি ঃ করিগুম্বা থুজিন থুংনান থোকখিহনা ঐগী খুৎপাইগী রাংমদা চৎশিবা ওইররবদি ··· ।

তৌবগীদি থম্মোইগী লানদা ঐখোয়নীমক অমনা অমবু য়ানথংনহনা হুখি হায়রবা য়ায়। ঐখোয়নীমক হুংশি-লাংদা থুহনা ইকাইমিন্নবা, নোকমিন্নবা, হাৱাওমিন্নবা, ওইনমিন্নবা অহুগা মতম মতমদা— চুম্মি মতম মতমদা ওইনহনা কৌন-ঙাংনবা থাদোকতুনা কাইনবগী তাংকক লাকপগী মতাংদা থম্মোইগী মৈচাক থাঙবা ঙমত্রহনা অচৌকপ মফমদা মৈংতগী পি শিন্থখিবা— ময়ামসিগী বারৌদি অসেংবদা কনাদস্ম লৌথোকখিদ্রবনি।

কাইনবগী মহাও য়েঙবগী তাংকক অসিমক অসেংবমক্তৌ হুংশিবগী লামাযদা থুম্নবা অমস্তুং পান্দমনিঙায় লৈত্রবা হুংশিবগী মথেলনিমক য়ায়। তাংকক অসি য়োৎরকপদা ঐগী থম্মোইদা রাহং কয়া পোকখি ঃ ঐখোয়-নীগী ইরকতা ঐতনমক মাবু হুংশিক্লরম্মারে! হুংশিক্লরবা ঐগী থম্মোইসি অমুক হুংশিররোই হায়রবা য়াদ্রবনিনা মাবু হুংশিদনা থম্মোই অসিগী চৌংফম লৈত্রে। লাল্লুরবনি ঐনা মাবু হুংশিক্লহনা। মানদি ঐবু হুংশিবিরমদে। তাংতমক তৌবা ওয়ররল্লে ··· ।

অহুবু ওইনবগী হুংশিং অহু হুমদোকখিহনা থম্মোই অনী শেংদোক্লরকপা মতমদদি থঙবা ঙমখি— ঐনা থল্লম্বা পুম্নান লাল্লমই হায়রবা। তুম্বা চাবা চঙদহনা মানমুক হেন্না ঐঙোন্দগী রারমই হায়বা থঙখি, থম্মোইগী মৈচাক থাঙবদা। ঐনা কপখিবনা থজিক্লা মানা কপখিবনা মপাল লৈরমদবা— ময়াম অহু থঙলকপা মতমদা ঐগী থম্মোইদা হুংশিবগী হুঙাইবা মৈচাক অদো থোয়না হেন্না কনথল্লকপগুম তৌখি। ঐখোয়নীগী হুংশিবা অমুক হেন্না ময়েক লাৱকখি। মীংকৌ পিতনা চামথোকতুনা ঐখোয়নীগী হুংশিবগী মঙাল ময়েক লাকঙমদনা

হূদোররকপদা ঐখোয়নীমক্তী থম্মোই অসি হুন্ডাইবতনা পীক থনখিহুনা মীকি লাই কিরকখিদে। অচুম-অরান পুন্নমক কাউথোক্‌তুনা ঐখোয়নীমক পঙনোকতমক নোকমিন্নখি। শরক য়েঙল য়েঙলহুনা ঐখোয়নী অমনা অমবু য়েঙমিন্নখি, হান্নাওমিন্নখি অমম্তুং মতম মতমদা মীংকী ঈন্নাংদতা লূপখিহুনা থবান থাগী হুইগুম ইকাই-অকি য়াওরকখিদে।

গঙ্গা, আকিঙ, য়ু থকপা কাঙবুনা ঙাওরগা হুন্ডাই হায়বা থঙহুনা ঙাওনবা নিশা থকপগুম হুংশিবগী মহাও ফংলবা মীশু মতম মতমদা য়াম্না ঙাওনীংলকই। তুম্বা-হিপপা চাবা-থকপগী রাথল পুমকাউ কাউরকই।

নোং-হুংশিংনা কল্লবা থুদোং চাত্রবা শূক্রা মন্নবা অহিংদা মখোয়গী মী শোকপদা থুন-লৈকায়গী মীনা হায়নরবা হূই লাবা অমোম অনীহূব থৌওই উশিংত্তনা মখোয়গী য়ুমগী শনদোংদা হুরানবা শাহুনা মাগা উননীংবনা রাথিবা থোদোক ময়াম, অমদি অয়ূক হুংখিনদা মাবু উনিংবনা অঙাংশিং হুংশিহুনা লক্লবা শাজিন্নহুনা মখোয়গী কোম্থোং মপাল অমম্তুং মরক মরকতা মখোয়গী শূমাঙ তান্না তানশিংহুনা তৌখিবা অঙাওবগী থৌদৌ কয়া অহু নীংশিংলুরবদিম মতম মতমদা ঈশা ইতোমতমক নোক্লিংলকক্কব ঙমখিদে। থুদোং চাদবা মতম কয়াদা মখোয়গী মপানা গু গু হায়হুনা অহিং অথেঙবদা হূই থৌজিনবিরকপা তহুগা ঐনা হুইনা চিক্লরনি হায়না কীখিবনা থবাই-মি পাইথংখিদনা অমম্বদা থবাই থানা চেল্লকপা— ময়াম অসি অসেংবমক্তী নীংশিংলুরগা মরক মরকতা নোক্লিংলকতবা ঙমদে। কবিগুম্বা থুদোং থীহুনা অহুম হায়না হূই থৌজিন্নবিরকপা মতমদা হূইনমক শোকপা থোক্লম্নবদি ঙাওশিন্নক্কবদগী ঐপী পূন্সী অসি থাঙঙ্‌থকতা মাঙলম্বা হায়বন্তমক য়ায়। মরম পুন্নমক-তহু ঙাওশিন্নবা হায়বসিগী কজনিঙয়া কবি’মতা লৈতে।

অছুবু অহূক মুংশিজরবী, মাগীদমকতা থবায় অসি থাদোকপদা পাম্মুরোই হায়না থল্লম্লবা ঐনা মাবু থাদোকতুনা ইমুং মুত্তাইনা পানবা ঙমলিবা অসিনি—থবাইদগী ঙকপদি। থোইদোক্লা হায়রগা থোকচোম লৈরকী নীঙোল ময়ামগী মরকতা ঐনা থবাইদগী মুংশিখিত্রবা, শক হেক উবদা তিন থু হেক শীৎনিংলবা—থংখ্রবী, লাইহোরি, লাংবাইবী বিমলাহুবু লৌহুনা। ঐ কাউবা ঙমত্রি: নোংমা শজীবুগী উরীকাঙ শাম্নবা মতমদা বিমলানা থৌ ইশা শাদনা তোমালগী (সনাতোম্বীগী মবুং) মমাঙদা করেম্নখিবা—'তা-লুখোয়, আঃ, মুঙাইতেদা সত্য! সনাতোম্বীদো অরুম কম্না হৌহৌরি—কম্মুংদা হিপতুনা লৈহোই। থাজত্রগা হংজো তাতোমালদা।' মাগী বাদো তাবদা ইকাইখিবনা তোমালগী মমাঙদা ঐ শীনিংখ্রবনি। পুক্নিংদা ইতোমত্তা বাশকখি—'ঙাইখোবা সত্য! লুখোয় ঐনা তোংত্রম-মচা অসেংবমকতবু ঙযররদি নঙবু ঐনা করি থোক্লা তৌবগে য়েঙঙু।'

অহুবু মতমহুগী লুখোয় অহনা মশাগী বাশক ঙাকপদি লায়রহনা মশাগী বাশকতুদা ঙসি 'হুমক পুখহুনা তারে। শকথংপা ঙম্বগী পাংগন লৈত্রে ঙসি মশাগী। সনাতোম্বীগী মশীং নাইদবা মীৎকী পি মরিক কয়ানা চোৎতুনা থোংলবা অমসুং নৌরবা ঐগী থম্মোইগী পান্দমনিঙায় লৈত্রবা মুংশিবগী মৈচাম অহু ঙসি কাদাইদা লোৎখ্রবা—খিবা বারনি। সনাতোম্বী কপখ্রে, তশেংবমক সনাতোম্বী মশীং লাকঙমদনা মমৈৎতগী মপি শিম্হুখ্রে, মুংশি মৈচাক থাঙবা ঙমত্রহুনা, কাইনা-মৈচাক থাঙবা ঙমত্রহুনা—থোয়দোক্লা, মাগী থবাইগী পোথাকম থাজবা হায়বা পোৎশক অহুনা অরেম্বদা তারম্বহুদা। সনাতোম্বীনা হীংহুনা লৈগদবসে কদায়দনো, করিদনা অমসুং করমননো?

মুংশিবনা পুন্সীবু মপুং ফাহল্লি, শিরবকওবদা মাগী কোলোয় তাইবং

শাগিন্না শক্লৈ। অহুম্ মানা'থকায় হাকচাং অমত্তা অমনা ফুংশিজবা মীওই অহলা-অগী ফুংশিকদা তাং ভোরম্বা ওয়রম্লবদি মাগী থম্মোইদা অরাবা মৈচাক নত্তনা অতৈ কম্বিশুম্বা অমত্তা তানিঙায় লৈতে। ঐনা মাখু কম্থোকপীরমম্না অহল-লমনগী য়াথং ইনবনি হায়দুনা লৈকায়গী অথংপী বিমলাবু লৃহোংলুবদা সনাতোম্বীগী থম্মোইদা চাকখিবা মৈচাক অহবু কম্বিনা অমুক মুথংপা ঙমখিগদগে? মীৎকুপ মীৎকুপ খুদিংদা থম্মোইগী মৈচাক থাঙবা ঙমত্রদুনা কাচিন কোয়া—মী-চোং উদবা মকমদা সনাতোম্বীনা মমীৎতগী মপি শিন্দুখিবা ময়াম অহুগী হিসাব কানানা অমুক পীগনি?

অহবু সনাতোম্বীবু থাদোকপদা ঐস্নু খজিক রাখিবা নত্তে। ঐস্নু ঐগী থম্মোইগী মৈচাক থাঙবা ঙমত্রদুনা সিগারেট্ মথং মথং থকতুনা অমম্নুং ঈশিং গলাস অমগী মথংদা অমা থকতুনা য়ামনা রানা লৃহোংবগী মুমিদাং অহু লেনখিবনি। কাইনথংদা অদুনম্নু থরায় অসি ইংহনবা ঙম্লকতদুনা লৃহোংবগী মতুংগী মুমিদাং অদুদগী হৌখিবনি ঈশিং অঙাওবা থকপা। অঙাম অহাম্বদা হাওথুনগী চাকপুমনা শেম্বা অহু মনম নমখিরবম্নু নমখিনা থবাক অসি শেং শেংচিংথামনা থকপা তম্বা, অদুগা মথংদা ষ্টেণ্ডার্ড অপ্টম হাইগংলকতুনা থ্রি-এক্স, হুইস্কি—মত্তং কম্বা থোক্না চাং য়েঙবা হৌরকখি।

য়াওং শঙদা মুমিদাং গলাসতা হৈত্রুনা মু থকপা তম্লকপা মতমদা নোংমতম্নু বিমলানা ঐবু থকম্নু, ভৌম্নু হায়না থীংবা লৈখিদে। ঐনা ভৌম্বিবা মতৌদো উরগা 'আল্লা য়াল্লা দিল লে গয়া' শকতুনা মঙক হাইর হাইরদনা নোক্না নোক্না ঐঙোন্দা করেম্নরকখি। মতম মত্তমদা ঐগী অরাবদো উরগা মানা'নোক্না নোক্না হায়রকখি—'আঃ ওস্তোক্না মুঙাইতেদা সত্য, নহোয়গী ফুংশিবা কায়নবসে!' মাগী রাশিংদো

তারগা মাবু য়েঙলগা ঐগী পুক্নিংদা অঙকপা পোক্লকতবা ঙমখিদে। ইশা ইতোমতদা ইশানা হংহনা শান্নখি— 'করম্বা থাতুনা শাবনো মসিগী মুপী অসিবু?'

অসেংবমক বিমলা অসি করম্বা থাতুনা শাবনো ঐ ঙসিফাউবা ভাব তাবা ঙমদ্রি। মাগী মমিৎতগী পি মরিক অমত্তং শীন্থবসে ঙসি-ফাউবা উদ্রি। ঙসি চহি তরেৎ-নীপাল মাগা শৈমিন্নরকপসিদা মাবু চৈহনা, শাউদনা নোং-ফাদোক মাবু শাউহনগদগী ঐনা লাক্লরকপসে ঙসিফ উবদা শাউহনবা ঙমখিদ্রে। ঐনা চৈরে নোকই, শাউরে নোকই, নোংফাদোক ফুরবন্তু নোবই — মাগী নোকপসিদা হৌগাইবসে তশেং-বমক ঙমখিদ্রে ঐ।

নোংমা, অঙ! নোংমা ঐনা অহাম্বা যুৎবতুনা ঙাওরকপা মতমদা বিমলা অসি ঐগী মাঙদা লেপতুনা নোকমি নোকমি ঐবু য়েঙলমই। ওইরমগনি অসেংবমক্কী ঐনা ঙাওশিন্নবা মতৌ অদু উবদা মাগী মহৌশাগী করেম্নবা মীনোক অদু নোকতুনা লেপ্লম্বা। মংকুপ অমগী মমুংদা সনাতোম্বীগী মপি তরং তরং চেল্লবা মুংশি-মৈচাক থাঙবা ঙমদহনা যাম্না রানা লেল্লিবা কল্পনাগী মাইথোং অদো ঐগী থম্মোইদগী শং পাইথে কাখহনা বিমলাগী শকতম লৌহনা ঐগী ইমাঙদা নোকমি নেকমি লেপ্লগুম উখি। ঐগী থম্মোইদা নোক্নি বা অমম্লং হায়াওবা রখল অমা কদোমদগীনো পাইশিল্লকখি। বিমলসি তশেংবমক মুমিদাং অদুদা ঐঙোন্দা যাম্না ফজরমই।

তপ্না তপ্না হৌগৎতুনা ঐ বিমলাগী মনাকতা চঙশিল্লই। মাগী নোকমি নোকমি তৌবা মাইথোং অদুদা ঐমু নোকমি নোকমি য়েঙলমই। বিমলানা মযা অদু হীগৎতুনা নোক্লকখি। মাবু উবদা ঐ তশেংবমক যাম্না মুংশিরকখি। মথেদাং অদু পাইহনা নোংমুবদা মানা ঐগী খুৎ অদুবু পাইশিনখি। ঐখোয়নীমক অমমা অমবু কোল্লহনা

কম্মুং তান্না চঙখি। মতুগী মুমিদাংগী বিমলাগী হাকচাং অতু য়ান্ন থোংলম্মী অমম্মুং নৌরম্মী। থবাই অসি পেন্না বিমলাগী মচিন্বাক অনীত্ববু ঐনা চুপ্পাখি। বিমলাস্ব ঐবু চেজেংনা কোনশিনখি। ঐখোয়নী অমনা অমবু থানখিদে।

মুমিদাং অতুদগী য়ু অসি ঐগী থবাইদা য়ান্না মুংশিজরবা পোংশক অমা ওয়না পোকখি। বিমলাবু নীংথিজনা ফগুগে অমম্মুং মুংশিজগে হায়রবদি য়ু থকত্রবদি য়ারকখিদে। বিমলাস্ব ঐনা য়ু অসি থক্লগা হারাওরকখি। য়ু অমম্মুং বিমলাহোয়গী জাং অসিগা তংন-থানবা য়াদবা মরী অমা লৈ হায়বসে মতম অতুদা থল্লকখি।

অতমকপু য়ু অসিস্ব নোংমা ঐ থাদোকখরে। হায়বা য়াগনি, থাদোকখিবগী মরমস্ব সনাতোম্বীনি।

নোংমা ইথগু খগুহৌদনা অমম্মুং ইগুক গুক্না অয়ুক অমদা তাবা ফগুখি — 'মমাগুগী মুমিদাং অতুদা সনাতোম্বী নীপা অমদা চেনখে।' ঐগী নাকোং অনীসিনা তারিবা পাউ অতুবু থাজগে হায়বসি স্নপয়ামক য়াখিদে। পাউ অসিমক ইহান হানবদা বিমলানা ঐগী নাকোংদা পুরকখিবনি। নোকখি নোকখি মানা হায়খি — 'যেগুভোয, নগুগী সনাতোম্বী অদো চেনখে, হায়যে কনাদনো।' রা অসি হায়তুনা করেম্নবগুম মানা নোক্লকপদা শাউনীংলকখি ঐ বিমলাগী মথকতা। 'কনাইকা মসি থুপাক অসিনা ··· লৌঃসিরা' হায়নস্ব খনথোক্লুরে।

রা অমত্তা ভাগুদনা ঐ বিমলাগী মনাকতগী থে'বরুম্বনি অতুবু থম্মোই অসিদা কনাগুম্ব'মনা শাজেনা কল্লকপগুম তৌখি। থরা অচীকপা মকমদা চংলগা মুভাইগদবগুম থল্লকখি। অতুবু অচীকপা মকমদু য়ৌরগদি নোক্লিংলকখি। পুকনিংদা থল্লকখি: 'সনাতোম্বীনা ঐগী ইথকতা লম্মন শিংলকলে। মাস্ব ঐভোন্দা প্রমাণ পীরকলে — নগুনা ঐভোন্দা তাং তৌরম্বম হায়না। ঐস্ব নাঙোন্দা তাং তৌরম্বনি। ঐ

অসেংবদা নঙবু মুংশিল্লমদে।'

বা অসি খল্লুবদা ঐগী খম্মোই অসি থল্লা য়াংলকপগুম তৌখি।

সনাতোম্বী চেনখ্রে।' সনাতোম্বী মযুম পানখ্রে। য়াম্না ফরে। ঐখু মুঙাইরে। নীথাকুম্ব ইনাক কৈরাক খুনবা মচানি। য়াম্না মুঙাইনা পাল্লুরগনি মা'। মুঙাইরুরসনু। অমুম হায়না খন্দোকলুহনা পুক্কি অসি যু অমসুং বিমলাগোমদা চিংশিল্লক্লুরবনি। অহুবু মুমিদাং অহুদা যু থক্লগে হায়হনা গলাস অহুদা চুপকে হেক তৌরকপদা মুংতিগী মতৌগুম বিমলা অদো নোকমি নোকমি ঐগী ইমাঙদা হোৎচিল্লকখি।

মহুগী মুমিদাং অহুদা বিমলাহু অসেংবমক ঐগী ইমাঙদা অঙকপা বিমলা অমা ওযনা উরকখি। হান্নগী মতৌগুম নোকমি নোকমি মাগী করেম্নবা মীনোক, ব হৈ, বাতা—পুম্নমক জিন্নহনা থর'ইদগী হেন্না ঙকলবা, খঙদবা অঙকপা কঙানা পীক থন্না য়াওরবা মুপী অমা ওয়না ঐগী ইমাঙদা লেপ্লখি। মাগী বাহৈ, বাতা, থোঞ্জেল, মীনোক, ফিজেৎ—পুম্নমক ঙকনিঙায় ঙাকতা ওযনা তৌখি। মাবু উরগা যু থকপগী বাখল কাউথোকহনা ঐ মাবু তিঙক তিঙক যেঙখি। বিমলানা নোক্লা নোক্লা ঐঙোন্দা হায়খি—'করি যেঙঙি? থকউ যুদো।'

যুগী গলাস অহু থল্লগা ঐ হৌগৎহনা বিমলাগী মনাকতা চঙখি। মাগী মশমগা ভাইনবা মথজায় অহুদা নানহনা শান্নখি।

ঐগী খুৎ অত পাইরহনা বিমলানা হায়খি—'কৈদোরে? থকও, থকজোকও যুসে।'

ঐনা খুমখি,—'থক্লরোই। থকনিংদ্রে।'

বিমলা অসি মহুগী মুমিৎ অহুদা ঐগী ইকমদা য'ম্না ফজখি। যুগী বাখল কাউথোকহনা ঐগী মুপী বিমলাবু হন্না হন্না চুম্নগী পেনবা নাইখিদে।

মহুদগী, চুমমি, মহুগী তুংদগী অঙকপা বিমলাগী নিশা অমদা

লুপতুনা চহী তরেৎ-নীপাল অসি লেল্লকলে। ঙুংশিরবা অঙাং অহমগী মপা হায়বহুস্সু ওয়য়কলে ঐ ঙসি। মরক অসিদা সমাতোম্বীগী রা অসি নীংশিংলক্লবহু হান্নগীহুম থম্মোইদা ঈথিন কারকখিত্রে। ভৌবগীদি চহীমুক্তী মতুংদা সনাতোম্বী থাইনহুনা হল্লকলে হায়বা পাউ তাবদা পুক্লিংদা থোয়দোকপা মুঙাইখিদে।

অহুস্সু খরনিগীতনি। মপামদা থাইনহনা লৈরিঙৈদা খরনিগী মতুংদা অঙকপা থৌদোক কযা উবা ফংলকাখ। সনাতোম্বীগী মাইথোংদা মুঙাইতবগী মমি থোযদোকপা উবা ফংলকখিদে। থোয়নহুম অঙকপা অমস্তুং অঙাওবা রাখলগী মমি অমা মাগী মাইথোংদা নপ্লকপগুম উরকখি। অসেংবমক্কী থাইনহুনা হল্লক্রবী সনাতোম্বী অহু মমাংঙৈগী লৈশরিঙৈগী সনাতোম্বীহুদগী কুচুদা কুমেনদা, শাওংদা, শাবানদা থোয়না পুক্লিং হুবগুম ওয়না উরকখি। অহুগা খরাইদগী অঙকপা অমনা সনাতোম্বীগী মীংযেং-নাযেং অহু ইথক থক্লহুনা মো চোংলম চাদবী ইকাই' হৈতবী অমগী মতোগুম লৌরকখি। মাবু উরগা ঐগী অঙাওবা পুক্লিং অহু হান্নগী রাখলদগী থাপনা চৎথোরকতুনা খরা মনাক নক্লিংবগুম তিন কুৎ কুৎ যোৎপা হৌরকখি। নারকতা লৈবা কাকৃফেনা ঈগী মনম ফঙলগা কৈদোঙৈদস্সু তুং়ন্না লৈবা ঙমদে।

সনাতোম্বীগী মাইথৈ মরিদা খৌরাংবা মীৎয়েং য়েঙলমলিবসে ঐতা নৎখিদে। ভাবোক-বৈষ্ণব মশীঙ খরা খরা যামথল্লকপগুম উরকখি। মরক অসিদা ঐনা মাগা অমুক্তং রারী-রাতাং শাননবা তৌগে, ইচম চমথোকতুনা— হাযনা থল্লকপসি ইঙম ঙমখিদে। ঐগী পুক্লিংগী অশোনবা তাংকক'হুমা মতম থুদিংদা কোকপা যাদবগুম অহুম লৈরকখি।

অহুবু ইঙক ঙক্লা নোংমদি অমুক্কা তাবা ফংখি,— ' সনাতোম্বী

চেনখে, ।' অঙকপনি ! সনাতোম্বী অসিনা হন্দকমক নৌনা মমুম পাল্লিবা নীপাসিনা কনাবু ওয়রিগবা ? থবাইদগী হেন্না ঙকখিবনি কাইনথংদা নীপাহুবু মশক খঙলকপদনি । নীপা অদো অতৈ কনা'মতা ওযরমন্রে — কোন্‌সমগী ইবাই তোম্বনি । মুপী অনীগী মপুরোইবা, মচা মঙাগী মপা, চহী য়াংথৈ শুরবা পি-ডাব্লিউ-ডিগী কোন্ট্রাক্টার । থোয়দোক্লা হাযরবদা সনাতোম্বীদগী চহী কুনথ্রামুক্তী অহন ওয়রবা ইবাই তোম্বা ! হন্দকসিনা মাগী অহুম শুবী অতেম্বীনি । মরী মতাং অসি ঐগোয়গনু ফনা নকনৈ । ঐথোয়' পাবগা হেক পোকমিন্নবমক নংত্রবসু লৈকায়হুগী শাগৈগী ইনে'মগী মচানি ইবাই তোম্বা অসি । মিংগৌদা সোনাতোম্বী অসি ঐগী ইচেমুক ওয়রম্বে ।

মুপীগা নীপাগগী অরেপ্পা মরী হায়ব'মা খক লৈতে । ভারাং ঐঙোন্দা ইতৈ কৌরম্বা মুপীহুদা হযেং ঐনা ইনেম কনা কৌরুই ।

বিমলাতদি মুংতিগী নোকখি নোকখি ঐবু করেম্নবহুম হাযনা করেম্নখি । হন্দকতি মাগী করেম্নবসি উরগা ঐ থোযনা শাওনিংলকখিদ্রে । মাবু থোয়নহুম মুংশিরক্লে । নোকমিন্নরক্লে ঐথোয অনী মতম মতমদা ।

অহুবু চহী ফাখিদে । নোংমমুক পাউ অদো তাখি—'সনাতোম্বী অমুক চেনখে, ইবাই তোম্বা থাদোকতুনা—তখেনগী মাইবা অমগা ।' অমুকসু ঙকি । তৌগগীদি ঙকপগী মথাক অসি হয়ৰগীদগী লৌকশিল্লকাখি । ঐ ইওক ওক বিমলারোমদা যেঙাখি । বিমলাসু ঐবু যেঙহুনা নোকখি । ঐসু নোকখি । ঐহোনীমক নোকমিংখি । চাদি অমত্তা ঙাংনখিদে ।

মহুদগীদি মতম কুইনা কাউরুরে সনাতোম্বীগী বাসি । বিমলাগা ঐগা নোকমিন্নহুনা, অঙাং অহুমবু হৈনা-চেচা হাযহুনা চংপা ভম্বিহুনা ঙসি যৌবফউবসি লেল্লকখি । অকাউবা হায়বা পোংশক অসিনা মীওইবগী পুন্সীদা হুঙাইবা পোকহল্লি । মীওইবগী পুন্সীদা অরা-অনা খংনবা-মুঙ'ইনদবা ময়াম থেংনরিবহুবু কাউথোকপা ঙমদহুনা অহুম

নীংশিংদুনা লৈরগদি তাইবং অশিদা করম হায়না মুগুইবা ক'য়ুনা পোৎশক অসুবু ফংগদগে ? মুপী অচাং থিদুনা মুস্লান কৈবানদুনা সংসার ধর্ম ঙাকপনী মনিং অমরোমদা তায়রগা পুন্সীগী অযাকপা অবা অনাবু কাউথোকদুনা অনৌ অনৌবা মুঙাইবগী মহাও তংবনি।

সনাতোম্বীনা কায়নথিবগী মুঙাইতবা মৈচাক পুন্নমকতু আঙাংশিংগী মতৌ য়েংদুনা লোযনা কউথোরক্লে ঐনু। ঐগী পুন্সীগা হৌজিক সনাতোম্বীদগী বিমনানা য়াম্না মমল হেল্লে। সনাতোম্বী লৈতবনা ঐগী মুঙাইবা ওইরক্লে অদুগা বিমনা লৈত্রবদি ঐ অসি হীংবা ঙম্লরোইদবগুম খল্লক্লে। সনাতোম্বীদগী ঐগী সংসার অসিনা য়াম্না মমল চঙলবা পোৎশক অমনি হৌজিক ঐগা।

অদুবু ঙসিদি—ঙসাই অয়ুক অদু কৈথেলদা চৎথোকলুই। য়েংখুং নাপী খরা য়েঙবা। ঙা-চাক, য়েংখুং-নাপী খরা লৈরগা য়েংখুং-নাপী হাম্না থাউ অদু সাইকেলগী হেণ্ডলদা যানশিল্লগা সাইকেল অদু ইল্ল ইল্লদুনা কৈথেলদগী থোরক্লমই। কৈথেলগী চিদাইদা, লম্বী মগাদা ক্বা য়োনবা দুকান অমগী মনাকতা শাড়ী শেংপী মুপী অনীখক লেপ্লমই—ক্বা শাযর শায়রদুনা। অমদি খরা অতন্নি। ঐ খঙই মাবু। নোংমা মরূপ অমনা তাকখি—'অসিনি লৈরক কপিদা (অথনবীগী লৈরক) লৈবা মুপী মযামসিগী মকোক অদু।' মখোয়গী মখজায়দা থাজাইঙাংবী, মচিন্থাপদা চিয়ালঙাংবী অমসুং পিশুম পিনা। কাজল তৈ। শম্বুলদু য়াম্না চাউনা অমসুং রাংনা পুনবগুম তৌই।

অমা খরা নহা অদু হাওগুম, মৈতৈগুম, নেপালীগুম উখি। খঙহৌদনা ঐগী পুক্নিংগী ঐ অদুনা ঐঙোন্দা তম্না হন্না হাযরনগুম তৌখি,—'ঐ মাবু খঙই', য়াম্না শিংনদুনা ঐ মাবু মীৎকুপ অমত্তং লেপদুনা যেংলমই। মুপীদু ক্বা শাযর শাযরদুনা মমাই অদো ঙম্থোরকখি। ঐ ইঙক ঙকখি। সনাতোম্বীনি। সমাতোম্বী নংতন

মনমনা মাগী মচিন্দগী রা-রা কুদে'রকখি ।

ঐস্থ সাইকেলগী পেডেল অদুদা নেৎতুনা স'ইকেলদা তোংখৎলগা মীৎকুপ অমগী মস্লুংদা মকম অদুদগী থোরকখি। মীপ'দুগী মকমদা পাউখুম অমত্তা পীরমখিদে। মনাতে স্বীগী রাহংগীস্থ পাউখুম পীখিদে ।

লম্বীদা মশাং নাইদবা মী মা-ম গী মথোঁদা লেপত্তনা চৎলমই। কনাস্থ কনাবু তু'হন্ননা যেঙনরমদে। রিক্সা, সাইকেল, হরাগাড়ী, লোরী···পুন্নমক্কী মখোলনা লম্বী অদু পুমনিল নিল্লমই। থেংন-খে ৎনত্তনা একসিডেন্ট হায়রবা পোৎশক অত্ত থোকতনবা পুলিশ পোযেন্টতা গাড়ী কয়া চৎপা থীংলমই অমস্লুং থীংলম্বা গাড়ী কয়া থারমই। ঐস্থ সাইকেলদা তোংদনা রাখলনা চপ্পন্নদনা মীং-না উবনবৈ যুমগা হল্লক্রমই, কৈথেলদগী লৈরকপা যেঙ্গাং-নাপীশিংদ, পুন্দনা ।

লম্বীদা চৎনা চৎনা ঐ খল্লমই—'ঐ হীংলে।' অত্তবু য়ুম য়ৌরগা সিগারেট অমা চিংনা চিংনা খনখি—'ঐ অসি অসেংবমক্কী হীংলিব্রা ?'

স্থমিদাং চাক-ঈশিং চারগা পোথবা মতমদা বিমলাদা রারী পুন্নমকতো লীরুবদদি বিমলানা ইশি শিনা নোকথোরবখি। ইঙক ভরা ঐ বিমলাদা হ্রংখি,—মসিবু কররম্বা থাতুনা শাবনো ? অসিদস্থ 'তুম নোক্লক্লিবসিবু ?

ঐনা হংখি,—'ক'রিগী নোকই'নো ?' বিমলানা হায়খি,— 'মনাতোম্বীগা অদক কুইনা স্থংশিনরক্লবফাউবদা স্থ শবা হায়বদো করিনো হায়বা ঙসিক্কাউবা নঙনা খঙঙমদবসিদা নোক্লিংলিবা।,

'করয়া ? স্থংশিবগা মরমদা নঙ করি খঙভি ? স্থংশিবসিবু করিনি হায়না নঙ খঙবগে ?'—শাওনিংলপ তৌনা ঐনা হংখি।

ইশি শিনা মখোল হৌনা নোকথোরকতুনা মানা হায়খি, —'করিগী ? স্থংশিবা হায়বদো অতৈ করিস্থ নৎতে, ঐনা হেক হেক

নোকলিবসিনি। চিংলো চংলো, "তুম্বুরো—রাটোর শূদ্না কানদে।"

অসি হা[illegible] হোগংতুনা চংখে ঐগী ইনাকতগী, অঙাংশিং তৃম্লিবদুগী মমাকতা।

লোংখাক লোংনা হিপতুনা ঐনা খলহৌখি,—'বিমলাসিবু করিনো ? করম্বা জাংকী মুগীনো মসিবু ?'

অওইবমক ঙসিফাউবদা ঐ মসিবু ভাব তাবা ঙমদ্রি। করম্বা ধাতুনা শারকপা—কনানা খঙগনি ?

# পেনখিত্রবা আম্বা

কে'লম জয়গোপাল

ইং শোক ১৯৭২। জান্যুৱারী তাং ১০। সুংথিল পুঙ অনী তানীং তামাঙনি। অশংবা অতিয়াম্বু মুমিংকী মশেক্লা তশেং তশেংলম্মী। ভারতকী বোয়িং প্লেন্না বঙ্গবন্ধু মুজিবুরবু পুহনা কুর্মীটোলা এরোড্রোমদা তপ্না তপ্না পাইথরকখি। মীযামগী জযধ্বনিদা থক-খা পুমনীল নীলখি। ঢাকাগী রেসকোর্স লম্পাক্তা মশীং লাকঙমত্রবা মীনা মুজিববু ওক্লখি। মকয়সিদা নোংমা বিদ্রহী নেতাসিনা মরৈবাক মচাশিংদা হায়খি— "শহীদশিংগী ঈদা নেত্তুনা ঐ বায়েলশঙদা কানিংদে। ঈ কৎপদা ঐথোয় তুংহন্নবা তৌরোই। করিনা, হন্দক্তী লৈন অসি মুক্তিগী লাম্নি, নীংতম্বগী লাম্নি। অদুগা য়েক্লবনা নোংমৈ মরানা বাঙ্গালীবু হাৎলবদ মীয়াম পুন্নমক য়ুমথোঙ খুদিংগী লাম্বন শেম্বিযু। অরৈবা পুন্নমক শীজিন্নবিদুনা য়েক্লবগা মায়োক্লবিদুনা, য়েক্লবগ ঐথোয়না পীজদনা, পীথক্লনা হাৎকনি। অদুবু ঙসিদি বিদ্রহীগী থ ম্মাই ংপথে। মীযায়া মহাক্তী ওকশমদা লৈ পরেং পরেং হুক্তুনা থাম্মোইগী অপেংবা অমগং সুস্তাইবা ফোঙদোক্লখি।

বত্তাসু মথুৎতা লৈ পরেং পায়দুনা বিদ্রহী নেতাবু ঙায়রম্মী। খঙহোঁদনা লৈ পরেং থদত্তুনা ইচায় চাযনা লৈমায়থক্তা লংশেকখি। মথুৎনা লেংজখিবা লৈ পরেং মীনা থোঙনেৎনখি। মপুক্লিংদা থনখি,— "পুন্নমক অরৈম্মনি!"

মীয়ামসু কায়নখে। বত্তাসু ময়ুমদা হল্লকতুনা মাগী পীক্লবা কাগী থোঙনা চেৎনা লোনশিন্নগা চেপ্না শাঙনা হীপ্তুনা থনখি,—"মাবু

হন্নমুক লাকখিগগ্রা ?" নীংশিংবনা মাগী নীংখায়রবা পুন্সীদা তত্তনা হংখি—"নত্ত ঐবু কাউরব্রা ?"

রত্না ইরাই লায়না কাউথোকপা ঙমখিদে। অত্তনা নীংশিংখি হৌখিব পুন্সীগী বারী : মুংশি হৈত্তবা, হীংচাবাইতত্বা খান লাম্মীশিংনা ইথঙ খঙহৌদনা ঢাকা বিশ্ববিদ্যালয়গী কেম্পাসদা লান্দারকখি। ওজা, ছাত্র, অহল-নহা কয়া হাংখি। কুমারী ছাত্রীশিংগী হকচাংবু মনীং মথা তন্না নৈহত্তুনা শান্নখি। এম, এ, গী ছাত্রী রত্নাসু খান লাম্মীগী লাংদগী নাম্বোকপা ঙমখিদে। মাগী নৌরবা হকচাংনা খাঙঙমদবা, পুঙমদবা মৈচাক কয়া থাঙখি। অহৃদগী চানবীহৈবা কনা অমগী মুংশি মীংয়েংদগী মথবাইতদি হীংজরকখি। রত্না থবাইতা পুত্নুনা চেল্লকতুনা মুক্তি ফৌজদা মিং চনখি।

ইং শোক ১৯৭১, মে থাগী থাক্তিন্দা মুক্তি ফৌজগা খান লাম্মীগা অকনবা লান থেংনখি। ইয়াহীয়া খান্না ইস্লামাবাদ্দা মঙ মঙখি, "নোংপোক পাকিস্তানদা হান্নগী মথক্তা লাম্মী লিশিং মরফু পাজিনখে। অকনবা খুজু খুলাইসু পীশিনখে। মথৌ ভারগা মরূপ রাষ্ট্রশিংদগী অতৈসু খুলাই লৈখিনি। হন্দক্তি হাত্তুনা ফুতনা বাঙ্গালীগী পাঙ্গল পুদেকপা ঙম্মনি।"

খান লাম্মীশিংনসু নরমেধ যজ্ঞ তৌবা হৌখে। মীগী যুম মৈ থাত্তনা পোৎ-চৈ মুনবা হৌখে। য়ুগী মথাইগা লোয়ননা বাক্তরেদা মুপীগা প্রেমলীলা শাএখে। মুপীগী ইজ্জৎ থোঙনেৎনখে। মমাগী মতম্বাক্তগী অঙাং মুন্দুনা হাইহত্তুনা হাংপা যাওখে। মপুরোয়বগী মমাঙদা মুপীগী নৈহী চুপখে। মুপী কয়া ইজ্জৎ ঙাক্লবা আত্মঘাত তৌবসু য়াওখে। নৈপাকী লৌশিংচাওবা মীশিংবু থিরা থিরহুনা হৎপা হৌখে। অহুগী লন্মন খুন্নবগীদমক ছাত্র নহা

মচাপুম্বা ফৌজীদা মিং চনখে। লৈপাক্কী ডাক তার থিংখে। রেলগাড়ীগী থোং, হবাগাড়ীগী থোং কাপথায়খে। মফম মফমদা থান লাম্মী হাংখে। শম্না হায়রবদা বাংলা লৈপাক্কা ঈগী ভুয়েন চেনখে। মীগী হকচাং শা-লমহুই. উচেক্কী চিঞ্জাক ওয়খে.

রত্না মুক্তি ফৌজদা নার্সগী থবক তৌথি। নোংমতা পোথাক ফংখিদে। ফৌজী কয়া মমাঙদা শিরম্থু য়াওথি। রত্নাগী পুক্নিংদা নিঙঙমদবা পোকখিদে। অত্তবু নোংমদি রত্না কপখি।

ফৌজী থৱনা ষ্ট্রেচারদা হাপতুনা ফৌজী অমা হাসপাতালদা পুরকখি। ফৌজী অত্ত ৱা ঙাংবস্থু ঙমখিদ্রে। ঈনা মফি অহ্ পুমঙাং ঙাংখে। ডাঃ রহমানস্থু থুনা য়াঙনা লায়েঙখি। অত্তবু ফৌজীগী থরাই ঙনবা ঙমখিদ্রে। রত্না ফৌজীগী অশিবা হকচাং কোন্দুনা কপখি। রত্ন'না নীঙঙমহৌদবা—"ইনাক্কা ফংনা ফংনা ৱারী শান্নবা ফংহৌ'দ্র"। রত্নাগী মতৌ উবদা ডাক্তার চিংনখি। রত্নাদা ফৌজীগী পরিচয় হংখি। রত্নানা তমখি.—'মমিং কামাল হোসেন কৌই। মেডিকেল কোলেজগী চহী মরি শুবদা তম্বা ছাত্রনি। মযুম ঢাকাদনি।" অত্তবু রত্না ডাক্তার সাহেবকী মফমদা মাগী মরন্নাই ওয়বা ৱারীদি লোংখে। কামাল হোসেনগা রত্নাগা খঙনবা চহী অহুমরোম শুরবনি। মখোয়নীগী মরীদি থম্মোয়না থম্মোইগী মফমদা লৈফম থোকপা মরীহুতনি। নোংমস্থু মখোয়না অপেনবা ফংনহুনা ৱাশকমিন্নখি--"ঐখোয়না পুন্সীসিমগী শেংনা কায়নরোয়সি। ঈশ্বরনা উবা ওইশস্থু নঙগী প্রেম, ঐগী পুন্সা।" অহুতস্থু নঙনা মখোয়না ওইদবা ৱারীনা অওইবা শাহুনা নোকশিন্নখি; থংনখি।

*     •     •     •     •

অহীং থেঙশিল্লক্রে। পৃথিবীস্থু অচৌকপদা পোথাখে। রত্না

াঙনা হা দোক্তুনা মপালোমদা যেঙথোক্লম্মী। লিরি লিরি শিংপা শিংনা উনা শীংনা পোথাহল্লমদে। অথাম্বাদা চাকা সহরস্থ নগী আকিবা থোদোক কাউথোক্তুনা বিজুলী মঙালনা মঙাল ভাম্মুনা নীংতম্বা কংবগী অপেনবা শক্তম উংলম্মী। রত্না থলদা লুপ্তুনা কনাবুম্থ হম্না যেঙদনা মূর্চ্ছিতম লেপ্তুনা লৈরম্মী। খাম্নদগী অরাংবা থোক্লেগ অমা তাখি—"রত্না! রত্না ...... !"
রত্নাস্থ থঙকোদনা থুমদোকখ্রে,—"ঐ অসিদা লৈ। ঐ নঙবু ভাইরি।"

## লাইরবগী লাই

**নাওরোইবম ধনঞ্জয়**

তোম্বা লাইরবা নীপানি। লাইরবা তোম্বগী খুঙ্গং অসি পনজররোই। লাইরবা তোম্বগী পুন্সীদা নোংমদি লাই চণ্ডখরে। ঐলত লাইরবগী ঈরৈদা ল্পথরে।

নোংমা ইঙ্গা থাগী অহুৱাইদনি। নোংমু অরৎপা ঐলতনা চুরম্মী। সেক্রেটারী বাবুহু লক্লম্মী। মাঙ্গোল হেক কারকপগা, তা' তোম্বা, তা' তোম্বা—কৌরকখি। তোম্বা তহো তহো থোক্লকখি,—এঃ বাবু লেঙঙকই? ফিদা থাখি। মাইগা মাইগা ওনশিন্নখি।। ফম্মিন্নখি।

তোম্বনা ৱাহু হান্না হোদোকখি.—বাবু করিগীনিনা? সেক্রেটারী বাবুনা খুম্নকখি,—এঃ তাদ, তাদখোযনা লন্তান অ'উসলোন থাবিখিবদো —হায়বদি তাদনা দলিল থরদা সই তৌবিখিবদাইনে? মহু হন্দকতি থোরকএ। পাউহু তাকচগে লাকপনি।

ৱাসি তারগা তোম্বনা মখা শমথরকখি,—বাবু ঐদি লোনসি লৌজরোইদা। খল্লু খল্লুরগা ওন্থোক্লা কিবা অগা পোকএ। বাবুনা খঙবিরিবহুমঙায়দো—ঐগীদি করিশু ঐলজদে। লৌ-শীংগী ৱাদি লাম্বা থমথুসি— যুম্ফম অসি ফাওবা মীগী মরমদা তাংলিবনি। হয়েং মতম চানা শিংবা ঙমত্রগা সরকারগী পৈশানিনা কুরুক-হুংলুক থোরকহুনা মীগী মমাঙদা ইকায়-.শঙ্গোয় হাংবমখৈ যন-ইরোই, কোন -লিক ফাওবা মুম্নবদো ঐ ওন্থোক্লা কিজখ্রেদা! ঐনদি ঐলজদবসিদা…

সেক্রেটারী বাবুনা রাকম অসিদা খুম্নকখি—এঃ তাদা, অহুগীদি পংখন থনবিরক্নুদা। মসিগী কারবারসিমক্তু মহা থমা-চপাগী কারবারনি। কনা'নো লৈরিবা? ঐখোয়না শেম'জন শাজিনবা ঙাক্কনি। পৈশা মরি পায়দবা মী ফাওবা ঐখোযনা মিং চনশিল্লবনি। মসিগী লোন অসিমক্তু শিংবদা লাইখ্রবা পোংনি, তাদখোয়না থঙ্জিক্কং চেকশিন-বিরবদি অউস লোন অসিগী হেক মতুংদা শইল লোন থোরক্কনি। শাই লোন হেক থোকপগা মমঙগী আউস লোনদু শিংজনবিউ। অহুগা শাইল অসিনা আলুগী লোন থোরকপা মতমদা শিংজনবিউ।

রাসি মপং মথং সেক্রেটারীবাবুনা শমদরকখি,—রা অমননে তাদা, তাদখোয় মেম্বর মশীং যাম্লগা ননাও ঐগীস্তু থরা কানবা অমস্তু ওয়ব্রিয়ে। মসিগী থবকসিনদি তলব'কা ফংবা থবক্তি নত্তবনিনা হয়েং লোন থোরকপা মতমদা মেম্বর খুদিঙগী লুপা অনী অহুম তৌহনা ককহৌরগা, হাববদি মেম্বর মরকু শুরবদি ননাওগী তলবসি মরফু অনীনা চামগা হুম্ফু থোক্লরবা হায়বত্তনি। মসিনি তাদা হন্দক্কী লোনসি লৌবিহৌ—তাদগী লৈত-লাইরবস্তু থরা মেন্নবা—মীঙোন্দগী শেন্দোযকাবী পুরুগদৌ শককপুনি সরকারগী লুপা অসিনা ওন্থো'ক্ল কখ্রবা পেংনি। শকস্তু উনদবা অতুগা শেন্দোয়স্তু লীকপা।

তে মনা থনথি,—হায়'রবা পুম্বসি অরানবদি অমত্তা নত্তে। মতোমতা শোনজখি,—শক্কা শক্কা উনহুনা শেন থৌররোযদবা, অহুগা শেন্দোয়স্তু লীকপা! অস্নুম ঙাইহক খল্লগা হাযরকখি—ফরে অহুমঙাইরে ইবুঙো, দোলিল অহু পীবিরকও। সেক্রেটারীনা দলিল অহু লানশিনখি। তোম্বনু সঙ্ তৌখি। মথংগী নুমিত্তা প্রেক প্রেক লাউবা অহনবা নোট লুপা চাহম তোম্বগী মখুত্তা খুংলখি।

তোম্বা লুপাসি ফংবগা চাম অমনা চাননবা কৌ বা'নশিনজখি,

রানশিনজখি, অদুগা য়াওথৈমুক অমনা মমাঙথৈদা কোন-লিক থরা বন্না ন ভোথোকখিবা অদু শেন্দোয়গা শেল্লেপকা কোয়না হুন্দ্রুতরা মঙামুক অদুগা হন্দোক্লুরে। লুপা অসি চাহমদগী চাম'কুস্মঙা দমক ঙায়রোরে। লেমহৌরিবা লুপা অদুম্ব—লাইরবগীদি অরাংপগী অরাংপা ঙাক্তা—মথং মথং মেয়রবদা অদুম্নক লোয়শিনথরে। মকম মরাং অমত্তা থঙহোদরে।

মতমদি (লুপা) হায়রবা য়াখিদে। নোংমা নীনি ভোইনা অদুম্নক চঙশিনখি। অদুম চঙশিনখিবনা চহী তানশিনথরে। ভোম্বা লুপা অসি শিংহোদরে। অসিগীদু মথক্তা শাইল লোন লুপা চামঙা অমম্ব ভোনশিল্লুরে। সংসার অসিদা য়ুম্ফম কাউবা লৈজদবা লাইরবা ভোম্বগী মরাইবকতা লুপা চনীপাল তরং তরংনা ভোনথরে। অদুগা মসিগী মহৈ ওয়না লাইরবা ভোম্বগী লাই অদু নোংমদিদা মমাঙদা লেপ্লখি। ইঙা থানি। কুমিং অদুম্ব অরংপা লৈতনা নোং চুরম্মী। সেক্রেটারী বাবু অদু লেঙঙক্লম্মী। মাইথোংদি মহৈশাগা মাম্নরমদে। মাঙোল হেক কারকপগা, তা'ভোম্বা, তা'ভোম্বা,—কৌরকখি।

করিনিনা ইবুঙো ? —ভোম্বনা মপাল থোরক্লমই।

সেক্রেটারী বাবুনা শমথরকখি,—তাদা! তাদথোয়দি লোন তমক লৌশিনবিবা, অদুগা শিং'দি শিংদোকপিদবনিনা হৌজিক তাদগী মিংদা আউস লোনগী কুরক থোক্লকয়েদো; লুপা অসি ঙসি হয়েংসিগী মমুংদা শিংদোকত্রবদি তাদগী ইজ্জৎ লৈররোঁয়। য়ুমদা লাকতুনা অরৈবা থরা মুনখিবা তায়। অদুনা তাদা শেন অসি লোয়দনবা হোৎনবিউ। ঐ চৎচরগে, অভোম্বা য়ুম থরদম্ব চৎকদবা লৈ। বা অসি হায়রগা সেক্রেটারী বাবুহ হোৌগৎখি।

ভোম্বা সেক্রেটারী বাবুনা চৎখিবা মাইথৈদোমদা য়েঙহনা লৈহৌখি।

পাউ অসি মহাক্কীদি নুংকোকখৎলেন তাবগদবনি। অসি ওসিগী অদুবু চাবিনা তোমনা য়োজিক তৌগদবরি করিনো? মাকি মিরি খরা তৌজকবা অহুম লোকপা মতম য়োঝ্রি। কদায়দগীনো মেরগলুবো নুপা অলি? — অহনবা খরা খরা তোম্বা ময়ম-মরাওবা ইবুঙোতোম্বি, ইবেতোম্বি কৌরকখি।

ইবেতোম্বী খোঙজিল্লা নুংসিনা তেক্তুনী মজোংসি অহক কুইনবা মেরলপনি। মপুরোইবগী মজোংসি উবদা খুমকোন — করিনো? করি হায়রবগে?

তোম্বনা শমথরকখি,— বা অসি নরবু আয়েদেনা?

ইবেতোম্বীনা খুমকখি, — তারে।

অহনবু হোংজক করি তৌবা তারিবগে? করিনো ঐখোয়না শিংগদবসিবু?

ইবেতোম্বীনা খুমকখি, — পঙবা মাকনগা করিনো খোঙদবা? খন্নরগা যাহা অমা তৌবা হায়বহনি।

অশুম তৌনা খন্নরিঙৈদা সুমিং অহুম অহুমক হৌখিরম্মী। সুমিদাং য়ৌশিল্লকখি। সুমিদা অহুনা ইবেতোম্বীনা হায়রকখি, — অতৈ অমুক খল্লুহনা কন্নদে। ঐখোযগী হায়রবু ঐগী অউন কাংখোন অসি মদমক ঙায়রে। তা চাউবনা মসি লৌজগে হাযবনি। ঐখোয়গী অচিনবসে মেন্নবা লুপা চানীতং পীউ হায়রবা হায়বহুনি।

মাকম অসি তাবদা তোম্বনা খুমকখি, — অহবু নঙবু পোকপা অহল্লমন্না পীরকপা পোংতা অসি দমক ঙায়রবা! অসিবু অমুক য়োম্থোকখগা ঐখোযগী ইরম্নি হাযহুনা সংসারদা লৈহৌগদবসিবু করিনো? অতুগা ঐখোযনা কদায়দা হিপকগৌবা?

ইবেতোম্বীনা খুমকখি,— সুংশি, অসিমদমক ঙায়রে হাযহুনা ঙাকপা মারকত্রবদি করিনো তৌগদবা? কাংখোন অসিগী মপক অসে মুঙা

কাওবা রেঙজনিংদে— ইমা, বাজী নীংশিংলকই। অদুবু কররমদি তৌনি ?

রাসিনদি অচুম্বনিনা তোম্বা অহুম্মক তুমিন্না লৈখি। নোংঙাম্লগা চাউবদা পাউ অসি তাক্লখি। চউবা নীপা অমনীগা লোয়নবা কাংথোন অদু লৌবা লাকখি। ইবেতোম্বীমু কাংথোনগী মথক্তগী মোম্বাক, মোন্দুম, কাংথোন উপুদা যাওরিবা পোৎ-চৈশিং অদু মথং মথং লৌথোকখি। লৌথোকপা লোয়রগা চউবা নীপা অনীপা লোয়ননা চঙলকখি। কাংথোন অদু মহৌশাগী মকমদগী থাংদোকপা হৌখি। তোম্বা, ইবেতোম্বী বা ঙাংদনা, তুমিন্না যেঙহনা লৈহৌখি।

মথং মথং কাংথোন অদু থোঙ'জন লাম্বোকখি। থোঙজিন্নগী দায়িবান কুমথরকপা মতমদদি ইবেতোম্বী থাঙবা ঙম্লকখিদে,— ইঙাগী ফুইনা হোবক্রবী নোংজোন লৈমগুন্না মীৎলু নাপোম থুমনা হাইথরকখি।

## থোৱানমিচাক অমা

সোৱাম বাবুসানা

ঐনা পৃথিবী কোৌবা গ্রহ অসিদা থুংলবদগী ঐবু পুহনা পৃথিবীনা হুম্বিংকী মাইপৈ মরিদা য়ামত্রবদা য়াঙৈখরক হয়া লৈরম্বগনি। পৃথিবীনা মাগী খোঙচংতা পথাপ ইকায় কায়দনা নিয়মগী তুং ইন্দুনা অহুমক চংলি। অহুবু অঙকপনি : পৃথিবীনা থুম্নাম্বিবা কনা'মত্তনা মহাক্কী খোঙচংকী তুং ইন্দবা ওমদে। ঐবু স্কুলদা পোহনা পুবিরম্বা তা' বিক্রমগী মকোক্তা ওসিদি অমুবা শম অমকাওবা হৌদাক্কীনি হায়হনম্ব খিধা ফঙলরোই। মাগী খোঙচংকা লোয়ননা জীব জগৎকী পোংলম খুদিংমক হোংলি। হোঙদবা কানাম্ব করিম্ব লৈতে। কাঙক্কে শাম্বদা তুং ইনবিনবা লৈতনা চেনবা ওম্রম্বা তা' চাওবা (ওসিদি স্নাহল, সনাহনবী, সনা য়াইমা, সনাতোম্বী, সনাতোম্বা, থম্বা, থম্বীগী মপাবুং ওসিদি চৈথ য়াওদনা খুবৈ অমা কাওবা চংপা ওমত্রে। অবধৃতনা হায়খিবা "চংপগী মমিং পুম্নৌনি" হায়বদো নীংশিংলকই। ওপেং-নমকম্ব চত্তনা (হোংদনা) তাইবংপা'নদা কনাম্ব লৈবা ওমদে। শক থঙ্গা ক্ষয়া উনা উনা, থঙনা থঙনা থোৱানমখিগুম্না কেনখিহনা তাইবং-লম্বীদগী মাঙথরে। মশক থঙদবা অনৌবা কয়াম্ব থুংলবে। অহুবু ময়ামহুগী হিসাবম্ব ঐঙোন্দা লৈতে, অহুগা থমলুবগী কানবা লৈত্রা হায়বহুম্ব থঙদে। পুম্নৌগী লম্বীদা চংপদা থঙদবা কয়াবু থঙলকই, থম্মোইদা তাক্লম্বা তৌদনা চাউরবা মফম কনশিন্দুনা লৈখি। পুক্রিংদগী তাম্হোকখিগে থম্না থম্না তাম্হোকপদি ইঙম ওমদে। পুক্রিংগী শোক্লবা শেম্রহৌত্রবা মীংকুপ্তা নীংশিং-লম্বীদা লাক্তুনা লেপ্লে। অহুনবু ঐনা কহিনীবু কাউবা ওমত্রিবনি। হোয়, কহিনী থোৱানমিচাক অমগী মমিংনি। তৌবগীদি ঐদি জ্যোতির্বিদ নত্তে। থোৱানমিচাক গ্রহশিংগী

অহুগা ঐগ: ধীরেনগা অহাম্বা থঙনাথবমু ইন্টারমিডিয়েট ক্লাসকী অহাম্বা চহীদনি। ঐগা ধীরেনগা কোম্বিনেশনসু মান্নরম্মী, কোর্থ সাবজেক্ট কাওলা। ঐদি মতম অহুল হোটেলদা লৈরম্মী। ঐনা হোটেলদা শুলোং চাদনা। লৈবা উবহুদা ধীরেননা মখোয়দা লৈমিন্নসি হায়না হজিন হজিন্না হায়বদগী মখোয়গীদা পেয়িং গেষ্ট ওয়না লৈমিন্নখি। তৌবগীদি ধীরেননা মখোয়গী অরা অনংগী রা ইত্তং তত্তনা হায়খিদবদি নত্তে। অহুগা ধীরেননা লাইব্রিক তম্বলা থোয়না খোইজংদনা চাকরী মচা অমা কন্না থিবা হৌখি। ঐখোয় অহুমতনি ইমুংহুদা লৈরম্লিবা। কা তোঙানবা লৈতবনা তমুগীগা ঐগসু ইত্তং তত্তনা উনখি। ঐন্না মহাক্কা করিগুম্বা রা ঙাংনরুবসু তৌখিদে। চাক চ'ব' মতমদসু চাক হাপ্প্রা'কা ইহং হংদনা হেকতমক হাপসিল্লকখি। ঐন্ন 'ওক্রে' লমী হেন্দোক্ত্রনা য়েঙ্গাং অসি ওম্বোক্লা হাওখ্রে হায়হুনা য়েঙ্গাংনা ফনা হাওবা খুমিংতসু নোংমতা হায়রুদে। চাক তোক্লগা কোলেজ কারমদইদা ফজনা চ্যেক'শন্না তপ্না ক্বা মতপ অ৹ী টেবিলদা খুমিং খুদিংগী ফঙখি। অহুমু মতম অহুদা ঐনা কোলেজ অমম্বুং ধীরেন মত্তনা অতোপ্পা কনাগুম্বা নত্রগা কনাগুম্বা অমগী রাথল থম্মোইদা থম্লমদে। নিয়মগী অহোংবা লৈতনা ঐখোয়গী খুমিংশিং মথে ইলাং লাংদনা অহুম্মক হৌখংম্মী।

মসিগী মতুংগী রাদি রারীতা রা'রী মাল্লগনি। ঐখোয় অনীমক ইন্টারমিডিয়েটকী ফাইনেল পরীক্ষা থাখ্রে। অহুগা ধীরেনসু তহশীল অফিসতা কেরানীগী থবক অমা ফঙখি। ধীরেননা থবক ফঙবদা ঐনা হেম্না নুঙাইরম্মী। ঐখোয়গী পরীক্ষা লোয়রবগী মথংগী খুমিত্তা জোইন তৌবগী রানি। ঐনা পরীক্ষা হেক লোয়রবা খুমিং অহু ফাওবত্তদি লৈমিন্নখিসি হায়বদগী ধীরেনগী মপুক্কিং নাহল্লিংদহুনা য়াখি। ধীরেননা জোইন তৌগদবা খুমিং অহুম্ম তৌশিল্লকখি। অমুবীনা য়েঙ্গাং

মথেল অত্তাবমখৈ তৌহনা পিরমখি। মকুনা অকিস কাগজবা তুমিং অহনা তমুবীগী মাইখোংদা মতম পুবদা হবাওবগী মখি ভাখি। পুং মাপনগী অহুবাইদা ধীরেন মফি মরোন শেংচিল্লুনা অকিস কাখিরম্মী। তমুবীনা উখোকতেল্লা লেপ্তুনা মমিংতগী মপি তঙ তরং শীজহনা মমুনা চংখিবহ্ যেংহনা লৈহৌখি। তমুবীগী মতৌ উবদা তশেংনমকনু ঐগী পুক্নিং থুক লাউখি। লৈখিরবা অমদি ঐনা শক খঙহৌরবা ধীরেনগী পলেম-পম্বোর নীংশিংলকখি। অহৈঙে থুমম থম্বনা যন শেনশা চংশক্লাইদা মচেম ইবেম্মা লাইরম্বী থমুনা কোক্থেংডা লেপ্তুনা মহু নীংথৌনা চংখিবা মাইগৈদা য়েঙহনা লৈহৌবদো নীংশিংখি।

ভাইহাক মতুংদা ঐস্ন ঐগী লাইরিক, চে-চাংনা চিংবা থুপচিল্লুনা মীক উপু অহুদা হাপচিনখি। হাপচিনবা লোয়রবা মতুংদা ভাইহাক পোথাগে থম্মুনা কমুংদা হিপথরম্মী। কয়া কুইনা তুমথরুরবা খঙহৌজে, তমুবীনা "তাচৌ!" হায়রহনা খোঙ্গাযনা লাউবা তাবদগী কিবোই থংবোম জৌহনা মীকপ থোকখি। কুক হৌগত্তুনা মপাল্লোমদা থোকপদা ধীরেনবু মী অনী অহুমনা শমজনা পুরক্লমদো উরম্মী। ঐস্ন তৌরিবা মতৌ অহ জ্ঞান ইতা তাশা। ধীরেনবু কোনশিল্লুনা শমহুনা ইমুংদো পুশিল্লকখি। ধীরেনগী মশাপুম্বা মৈনা চাকপগুম্মা শাকম্মী। তমুবীদি অসোমনা থুকথংখিহুনা জ্ঞান মাঙদে হায়শদমক ভাযখি। অহুমকপু তমুবীবু থেমজিল্লুনা ঐখোয অনী চঙহনা ধীরেনগী সেশা তৌখি। অহব মহাক্কী মশা শাবদি থোয়নহুম হেনগল্লকখি। পুংজা থরগী মতুংদা মশা পুম্বা অঙাংবা মরিক মরিক্তা পুমকুপ কুপখি। খঙখি ধীরেনগী লাই থোক্লে হায়রা।

লাঙৈনা অহুদগী ধীরেনবু ঐখোয়না কনবা ঙমাহৌজে। অহব মহাক্কী অরোইবা মীংকুপ্তা ঐঙোন্দা হায়রম্মী,—"মরূপ! তমুবীগীদি কনায় লৈহৌজেদো; মহাকপু ঐনা মরূপকী মকমদা শীরক্লবনি।"

মরুমা শীমরবা নুমবা খোঁদাং করম্না শাক্তখোকদগে ? মরী-মতাং কনাগুম নৈজত্রবী তমবীবু কনাদা শীমরমহনা যুমদা করম্বা মতমদা অমুক্তং হনগদগে খল্লিরকদা খুদোং চাদবা অমনা নুমহনা নৈরজদো শরক্তুদা খুদোং চারহনা চঞলকখি। মবুংনা নাকম্বা লাঙ্গনা অহুমকনা তমুবীম নাবা হৌখি। তৌবগীদি মতম অহুদা লাঙ্গনা অহু সহর মখাগী খুদং অহুদা মপাজল কমা শন্দোক্লম্মী। তমুবীবু কমনবগীদমক্তা মবুংনা শীমরম্বা খোঁদাং নীংশীংহনা নত্রবসু মী অমনা তৌকম খোকপা খোঁদাং নীংশীংহনা যাম্না কমা হোৎনখি। হমনি তবা অযুক্তা তমুবীগী হকচাং শাবদি খরা কররকখি। হুংখিল অহুম তুমহনা নৈরম্মী। অতবু অহীং মযাম চপ্লকপা মতম অহুদদি চোইরোল যাম্না লোপ্লকখি। ঐনা মনাক্তা চঞশিন্দুনা হংবদদি করিসু তৌদে হায়না খুম্নকখি, অহুগা ঈশিং খজিক্তং থকে হায়না হায়রম্মী। ঐনা কুজাদা যাইহনা নৈবা ঈশিং অদো পিবদা তমুবীনা থকউ হায়বা যাখিদে। মহাক্না হায়মনবদগী ঈশিং অঙ্গংবা থরা পীথক্লমই। ঈশিং থকপা লোয়রগা তমুবীনা হায়রকখি,—
“ তামো ! থবাক অসি ওস্থোক্না চাকথে, । ”

ঐনা মহাক্কী মনাক্তা কমতনা হায়খি,— খ'ঙভো, করনিদা। ”

তমুবীনা শমথরকখি,— “ তামো ! ঐসু তাচৌগুম্না শিরনিকো ? ”

ঐনা খুমখি, — “ এঃ ওন্থে'কপা রা'বু পল্লিদা ! নত্তে নহাক তুমিম্না ঙাইহাক্তং তুমবা হোৎনৌ। ”

— “ তামো ! ঐ অসিনা হীংলুচনা অমুক কদ্রি কামগনি ? অহগা তামো, ঐবু তাচৌনা তামোদা শীমরমবা নত্রা ? ”

ঐনা খুমখি,— “ হোয়, শীমরম্লবনি । ”

— “ অহুদি তামোনা ঐবু হুংশিত্রা ? ”

— “ হোয়, করিগী হুংশিদনি, হুংনি। ”

— “ অহুদি তংমোনা ঐবু লুহোংহনা লৌখিগত্রা ? ”

তাইবং ঈপাক্তা ঈরাকশিল্লবা মহাক্কী নচিনগী অমুক্তমা রাহং ঐনা করিত্তমদগী আশা তৌরদে। অতুগীম্ম মথক্তা শকথীববী মাগী মকম ঐগী থম্মোইদা লৈরমদে। অতুগীম্ম মথক্তা মরূপকী মচন। তাক্কা অহদা মথোয়গী বক্লোলদা প্রুলিবা মথী অদো অহৌংগী অচৌকপা থুগাইহনা থোংলকখি। করম্বা অমঙ্গলগী থুদমনো থন্দুনা থরাই তুক্কুংখি। অরাম্নদা য়ুমশঙবা হুইনা ভেংথাবা নত্তনা খোঙ্গেল অমত্তা তাখিত্রবা মত্তমনি।

তমুবীনা ঐবু মঙলৈবাক্কী হৌদোক্কুনা হংলকখি, — “ করিগী থুমত্রে তামো ? পাউথুম লৈত্রে অসিরা ? হোয়, শকথিবী ঐবু করিগী দমক মুংশিবিগনি ? কনান লুহোংবিগনি ? অতুবু ঐগী থম্মোইদা চাক্লিবা মুংশ-মৈচাক অসিগীদ মমল অমত্তা লৈত্রবরা ? অপাম-মুংশিগী রাখল শকথিরবী ঐগী থম্মোইদদি করিগী ঈশ্বরনা পীবিরি ? হায়যু তামো : শকথিবী ঐগী থম্মোইদা ফাওরিবা মুংশি-রাখল অসিবু পাপরা ? খুম্মু তামো : ঐনা মুংশিজবসিবু পাপরা ? ”

পাউথুমকম থুগুব্রবা রাহং অহনা মাইগৈ মরিদগী অথাব অরাউনা লাউবগুমা কমা হংশিল্লকখি লাঙ্গনানা থুক্তম চনশিল্লক্নী মহাক্কী পেম্নবগীদমক্তা ওযরবম্ম “ তমুবী নগুবু ঐনা মুংশ নহাক ঐগী থম্মোইগী লূহূপা লৈতেংলবী লৈমনি ” হায়গে হাযহনা ওভথরকপদা তমুবীগী হকচাংদা জ্ঞান য়াওরমখিদে। নীঙতমদবা মৈচাক অমনা থম্মোই পুবা ঙমখিদে। তমুবীগী আত্মানা ঐগী পাউথুম ঙ হত্তুনা লৈরিবোয় থনখি। লাই থোকপনা থুরক হাঙখিত্রবা মাইথংদা তক্না হম্না চুপত্তুনা থুমখি, — “ তমুবী নঙবু ঐনা মুংশি — নঙবু ঐনা লুহোংহনা লৌগনি। ” অতুবু ঐনা অতুক কমা লাউনা হায়খিন্দে খোঙ্গেল থোকখিত্রা হায়বদি ঐনা থঙখিদে। পিরংনা থল্লবা মীং অনী থা ঙত্তুনা য়েঙবদা শেগায়রবা ফক্লাংদা অতিয়া মচেৎ অমা পন্দুনা

লৈবমখি। ভাল্লবা খোৰানমিচাক অমম্ভু অতিয়া মচা অহুদা থোক্লম্মী।
তম্বৌগী আখানি — রুহিনী।

শিবনাইহুৰা খোৰানমিচাক অমগী মপোক্তা পোক্ননা তসিত্নু রুহিনীনা ঐঙোন্দা অতংপা লৈতবা বাহং অমা হংলি,— "মকথিবী ঐনা ফুংশিবত্নু পাপরা ?"

ঙলি খা অহুম কারে কজবীনা ময়ুমদা হল্লকতুনা লৈবা।

নোংমা হুংখিলগী পুঙ অমা তাবা মতমনি। মাইহৈগে পুম্বদা লিরি লিরি হুম্বা মালংবনা হুমাইগী খোঙল তোক্তনা কোরোংগী মৈশা মযেং তানবা হোৎনরমই। রানা উনা অপুম্বনা মুঙাইনা পোথাখিবশিংগী অকাম্বা ওয়ননি হায়বগী মতাংদম মরক মরক্তা চপ লেপ্তুনা মাংগী ঈখিল ঙাক্লবা হোৎনরমই।

মতমসিদা কজবী তুরেলদা ইরুজবা চৎলুবদগী হল্লরুগা ইফিং ফিংনা শাউরম্বা মমা কৌহুনা হায়রকখি, — " ইমা, ইনন্মা তোম্বীনা য়াম্না করেম করেম্না বা ঙাঙই ! "

মমানা হংখি, — " করি ঙাঙই'নোনে ? "

— " মহাক্না হাযরিবা — চাঃ ! ইকাইজগে ! হৌজিকালগী লৈশাবীশিংগী লমচৎ ! — নুপা অমা লংশেক্লুনা হেক লাকপা, অমদমুক হেক নাইনা — অসিতনা মথোয়গী লেমজবা ওঅরে ! "

— " লমশা ! মা-নন্তু অহুম্না হায়রিবা — মী উাশিংতবা হায়বনু — ঙসি খঙগনি ! নহাক্লমথৈ তাগে হায়না তারিবনি — ঐ ঙা'হাক লৈরগা চৎকনি। " হায়রম্লগা মমানা য়াম্না শাউনা ইমুংদা খবক অমা তৌবা চঙখি।

* * *

চহী অনী মমাঙগী বানি।

হুমিদাংগী পুঙ নীপাল মথায় তাবা মতমনি। নিংথম থাগী

মতম ওয়রবনা চাকচুম চাবা কনাগুম্বগী ইমুংদি তুম্মগে ? চাক থেঙন চাবা ইমুংদি চান্দ থোংবা লোয়নজবা মতম নি। থঙজোদনা দিনচন্দ্র-খোয়গী হুম্মলোমদা "থংলো, থংলো, — কাগো, কাগো" হায়দুনা যায়না কয়না লাউনরকখি। হুম লোয়রবদা নৈবা সোনামনিনা "করি তোরবগে নখোয়না লাউনরিবা ?" হায়না হংবদা মখোয়গী লাউনবগী খোঞ্জেলনা নমহুত্না কনাগুম্বা অমত্তনা মহাক্কা হংলিবা অহুগী পাউথুম পীরকখিদে। দিনচন্দ্রখোয়গী ইমুংদা করিগুম্বা থুদোং চাদবা থোক্লোক্কা অমা থোক্লবরা হায়বা বাখলদা সোনামনি থীনবা মখোয়দা ল্যাক্লম্মী।

দিনচন্দ্রখোয়দা লাক্লগা থঙবা ওমখি — দিনচন্দ্রগী মচানুপী অমদা কজবী চেনখরে। ওইহাক নৈয়গা দিনচন্দ্র অমসুং মহাক্কী মনাও দিনমনি মথুংতা উতুপ অমমম পায়রগুনা চঙলকখি। মখোয়বু উবদা সেনমনিনা হংখি — "করম্না চেনখিবনো ? ওঙ্খোক্কা থাজদনা থোকখ্রে দা।"

দিনচন্দ্রনা মচানুপী চেনখিবগী শাউনিংবনা মফম থঙদনা হাঙনিংবত্তা ওাঙবা হৌরকখি, — "করম্না চেনবা ওযগনি, নৈকায় অসিদা লমশা থরা নৈরক্তুনা — লোইরে। মীগী থুজিল থোরাঙ যাংদনা মানা মথন্তা চেনবা ওমবরা ? ইচানুপী অহলনি — দান কংগে হায়তুনা মাবু ঐনা ওাক শেন্দুনা থম্মনি। অতুবু মখোয় মযাম চঙদুনা শেম শাদুনা থাথ্রবা। — থঙগনি।"

মাজোলদা কমদুনা নৈবা দিনচন্দ্রগী মপীনা হায়রকখি, — "কনা ওযগনি ? — নৈকায়সিদা চিন্থেলকপী মো লমশা শ্যাগৈল। মহাক্ক নত্তুনা কনা ওযগনি ?"

হন্দক্কী বাক্তাঙ অসিগী মর্ম সোনামনি তম্বোংনা থঙগা ওমখি — তোঙ্বীদা থিন্দুনা ওাঙবা, রানি। "মহাক্কা খোকউ হায়না

খোকথ্রবনি, — মীওোঙ্গা তাইনরুহনা করি তৌগনি ? ” — হায়রক্লগা লোনাম্নি চংথি।

“ চেঙ চারা লৈতে। ” —ফজবীনা মপুরোইবনা জুবার শাম্নবদগী হলকহুনা কমথবতা ওায়রিবদা হায়রকথি।

— “ লৈত্রগা — কনাদগীনো — পুহনা থোংজিল্লো। ”

— “ স্থমিং থুদিংগী কনাদগী পুগদৌরিবনো ? — নঙ পুরুচো। থবাইগী হুপাদৌনা পুহনা শেন তাম্নবা হোংনত্রহনা—স্থমিং থুদিংগী জুবার শাম্নরিবসিবো — করি হায়রিবনো ? ”

মপুরোইবনা থোন কল্লপ তৌহনা হাযরকথি, — “ মসিগী মপাসি বা য়াম্না ওাঙতিদা ! — নখৌ করি লৈ'গে ? জুবার শাম্ননিঙঙে — শাম্নগনি, মু থকনিঙঙে — থকনি। ঐনা হায়রিবা অহৎতা তৌ। ”

— “ ওম্মোই, ওম্মোই, চেঙ পুরুবা — চারা হেন্দুনা লৈবু। ”

“ সে, সে— পাবরিবা উত্তুপসে উত্রা ? ” — হায়না মপুরোইবনা ফজবীদা উত্তুপ উংলকথি।

ফজবীনা পাম্বে লৈতবা মঙংদা করপ তৌহনা চঙঙ্রগা তুংবিযা অমা পায়হনা থঙনবা য়ুমদা চেঙ পুবা তপ্প তপ্পা চংলম্মী।

* * *

“ থুরা, ঐবু য়ুমদা অমুক্কং থিনদোকপিয়ু। ” — হায়না ফজবীনা লৈকায়গী অহল অমদা তক্কুনা হায়জখি।

“ করি তৌরবগে। নখোয় অনী থংনবক্রা ? ” — অহনহুনা তপ্পা হংলকথি।

— “ থংনদে, থুরা ; জুবার শাম্নবা মপাসিগা লৈম্নবা ওম্মোই, — হোয়েনদি জুবার শাম্নবদগী হলক্লগা ঐবু চেঙ পুরুচো — হায়রহুনা কুপ্পনি। কয়ানি মীনা পুবা পীরকনি ? ”

— “ করিগীনো ? নঙনা অনিগুম্বা মপাসিদা নম্নম পানগনি

হায়রিবা চেক্লরিবা — নত্তনু মাওজোননা করি'মত্তা পাউ লৌহৌরবা ? "

— " ঐখোয়' খুনগী ইনম্বা তোম্বীনা ময়ু'মকা চিননা শাই — য়ারা থুডাইবা ইমুংনি হায়বতুদা চেক্লকপনি। — মান্না হায়বগা তৌরম্বিবগা অয়ুক মুংখিদ খেররম্মে ।"

" নশানা মুল্লা থওনবা — মীনা হায় হায়রতুনা হেক্তা চেক্লকপা গুম্বা, নখোয়গুম্বা নৈশাবীগী মরাইবক্তি — করি ওয়গনি ? তা'হাক্তং কম্মু — ঐ কি হোংলোকখিগে — । " — য়া অসি তাবদা ফজবীগী মমিংতগী মপি তাখিবা থওহৌখিদে ।

* * *

মুমিং তাগদবা থরা রাংলি । নৈচিন্না অভিন্না কুপশিন্নখিননা মুমিং তাবগী মতৌম্ন মাল্লম্মী । কনাগুম্বশিংদি কাউরেদ্দ মণ চনবা লৌবুক্তা চংনখিরম্মী । পোত্তী চেক্লা থরম্ন নোংমদোলগী ঈরৈদা জগোই শাবগুম কোযশায় পাইত্তুনা চংলম্মী । মতমসিদা ফজবীগী মমানা তোম্বীখোয়দা লাক্লম্মী ।

তোম্বীখোয়গী শুমাঙ য়ৌরকপদা ফজবীগী মমানা তোম্বীগী মনেম্বোক মাক্লোলদা কমতুনা নৈবা উবদা হায়রকখি, — " ইনে, ওসিদি য়া অমত্তং হায়বা তারি । "

তোম্বীগী মনেম্বোক্তা খুল্লকখি — " করি রানোনে — ইকেম্মা, হায়া কমথো । "

ফজবীগী মমানা মুরা অমগী মথক্তা কমথরগা হায়রকখি, — " য়ারা থরাই শেক্তা লাক্লবনি । "

তোম্বীগী মনেম্বোক্তা হায়রিবা রাহৈশিং অসিগী অর্থ করি'মত্তা তাব তারমদে । হংলকখি, — " নত্তনা হায়গদোরিবা য়াওবু — কনাম্নো ? "

অত্তম অহল্লা তোম্বী হিদাক হান্নুরা মনেম্বোক্তা পীরখি । ফজবীগী

মমানা তোম্বীবোমদা মথুং থিরগা হায়রকখি, — " সে-সে — নুমৈহুবী অনিগী বানি। "

— " মানা করি হায়রবগে ? "

— " ঐখোয়গী কজবী উরগা মানা করেম করেমনা বা ঙাঙজি হায়। করি থোকই হায়রগনা ঙাঙজশাখিবনো ? মানা কৈ কৈ হায়দুনা চিংবোল কৌদুনা ইচাম্বুপীসে চেনহনখিবা নত্রা ? মশক মত্তৌ কয়ৈ-থিয়ু হুম অচৌপা শাবনি, মহৌ -মশীং বাংতনা লৈবনি হায়দুনা শেমদুনা থাখি বা নত্রা ? ময়ুমহু লৈতবা, মীগী শক্তোয়দা তাদুনা লৈরম্বা, হৌজিক চান্নগা হোয়েন চানিঙঙাই লৈতবা; অমুগুম্বা মীদবু পঙলবী ইচাম্বুপীসে মানা শেমদুনা চেনহনবা — মমাদগী নাক্তন কাক্তবা কড়ুমা চাহৌরবনি। লৈবা ঙমদহনা হন্দরবা ইচাম্বুপী অসিবু — । "

তোম্বীগী মনেখোক্তা হায়রকখি — " খঙদেনে, মানা তৌরিবসে — ঐগু ইচানীপাগু অসিগী মরমদা করি'মতা খঙদে। পঙলবী ইচাম্বুপী অসিবু — মানা অসুম তৌরিবসে — মরাম মমাঙদা চোপকে হায়রনা তৌবা নত্তনা করি ওরগ'ন ? "

রাঙাঙসিদা নাখ্রমারে তোম্বীদো। উম্বুংদা রাই শিংনা শিংনা খুমকখি, — " ইচে, নচা মুপীনা য়াহনা চেন্নগা ঐঙোন্দা করিগী তাইনখিরিবনো ? "

কজবীগী মমানা য়ায়া শাউনা, — " করি ! ইচাম্বুপীনা য়াহনা চেনবা — ঙকচরেদা ! নঙনা লাই শাদনবু মানা হেক্তা চেনবা য়াত্রা ? "

— " ঐনা নীপাদো মহৌ-মশীং কৈতে হায়রদা নচাম্বুপীনা মশক কজরগা লোইরে — শুদুনা তানদুনা চাগনি হায়রনি। "

— " চিনখিবী, হৌজিক্তা অকবা শাজিয়রবা শারদুনা — করি নতীক ঙৈদুনা তৌরিবনো ? নঙঙ্গমমন্থ ঐগী ইচাম্বু করেমনা

শাঙগদৌরিবা ! কজবীগী কবি বাংগগেনে, — মশক মতৌ হায়রে — য়োঙমানবী নঙঙ্ঘরাও ? পুকান্নী কাপ্তুনা থাজগদবনে — । ”

মা লোয়রিক্তৈদা তোম্বীনা থুম্নকখি, — “ চিনখিবী’কা হায়বিগন্নু ইচে — শুকচরে ! ইমুং মন্নুঙগী হুইদি বারকপা ভংক্রগা — মীগী মাজোলদা লাক্তুনা নছা’কা কনবিরমু । নচা থাজনিঙঙে থাজজো, থাজমিংঙ্গে তোকসে — । ”

হন্‌জকী নেং’ঙাদা কজবীগী মমা ‘কনা’ খাত্রমারে । ‘ শুক বৌগাথুনা যাম্না লাউমা, — “ কিঙ্কেদা — ! চিনখিবী মঙবুদি চিরখীবী হায়দমদি — চি-রো-ন-হৈ-বী !! লৈকাই অসি মঙমা লাকপদগী মাঙখা ভাবে — ! মতুং মনাও অঙ্গুম্না তৌরবদি থঙগনি — ” হায়না চৈরন্নগা চংখে ।

মতুংলোমদগী তোম্বীগী মনেম্বোক্না হায়রকখি, — “ অসিঙুবা চিরোনলৈরবী মৌশিংগা নচা লৈশাবীশিংদো থক তিঅহনগন্নুকো— তিঅহনগন্নুকো — । ”

[illegible]

মৈরায় ভুবন

সহরগী নিলখোংবা লেপথরে। জুমিদাং পুং তাম্রানীথোয় মথায় তারে। অজিং পোথানবা অতমনি। অথেত্তবগী সিনেমা শো য়েংলুবদগী হল্লকপদা নোং-মুংশিং কয়া আক্লম্মী। লম্বেল অচৌবদা কোয়না চংলবদি শোয়দনা নোং মুংশিং নংলগনি থনবদগী মৈরক্কী লম্বেল অশম্বদা হোট্টেম্ন তায়া য়ায়া কয়া লাক্লম্মী। তৌইগুবগ্গুং লাইবক থীবদি মৈরকী লম্বেল অচুদা চঙলক্‌পগা মোং মুংশিং কয়া শিংপা হোৌরকথি। লম্বেলগী মাইকৈগ অনীমক্কা য়ুম মচা মচা মৈয়বস্থ দারি য়াওবদা চঙহুনা ভাইহাক পোথাবা য়াবা য়ুম অমত্তম্ম উরমদে। থবা চেয়ে হায়রগা য়ুম মচা অমদা থোঙ মচি অমা হাংদোক্লুনা থাওকৈ মঙ্গাল অমা উরম্মী। নোংনা কয়া তাবা হোজিল্লকপদগী থঙহোৌদনা হাংলিবা থোঙ অদুগী মনাক্তা চঙহুনা লেপ্লুখি। থোঙজিন মপান্দা চহী কুন হুরবী মৈশাবী অমা ভুমিয়া লেপ্লমই।

ঐহাক্না দারি-মপান্দা চঙহুনা লেপ্লা অত্ত উরগা নৌরবা খোজেলনা নোকমি নোকমি তৌহুনা "লেংশিনবিরকউ" হায়রগা থোঙ হাংদোক্লুনা ইমুংদা চঙবগী ঈজিং তৌরম্মী। ঐহাকস্থ করি থোয়দোকপা অমা থনদবমথৈং ইমুং ভায়া চঙলম্মী। কনীগী নাল্লবা চেয়ার অমদা "কর্মবিম্ন" হাযরল্লগা অতোপ্পা কা অমদা চঙখিরম্মী। ঐহাকস্থ 'অঙকপা অমগা লোয়ননা কা অদুগী মাইকৈ মরিমক য়েংকম্মী। য়াম্না নাল্লবা পীক্কক তৌবা কর্মুং মচা অমা থারম্মী। মনম গুংশিরবা মৈ

করানা কম্মুত্না চাকহনা লৈরম্মী। টেবিল মচা অমদা মনাক্তা চুংশিনা থাউ অমত্তু পাইখারবনা লৈতেংঙি। করাংগী মাইথৈ মরি য়েংজবদ মীৎ কেংদোকপা অমদবা চম্মুবা পোকপা মীরৈবাকী লাইয়েক করানা লৈতেংলি। লাইরিক অসি হেক উবদা হককাংদা থং বড়ুমা "চুপী অসি কনানো" হায়না হন্না য়েংথোকখিবদা ইম্মুংদা ভাঙবা অতোবা থাউটৈ অদো। নেংথাং কুমজম তৌরবগা অশংবগী মত্তম পীরম্মি। চুপী অদো হান্না শেংলবা কিরকাক অহুক্তোংহোক্লগা কল্লাংদা থেংলিবা লাইরুমা হেক উবদা — পাম্বং ওইবা ঐখোয়দফি চু চুংলবা — চম্মুবা কিজেংনা লৈতেংহনা চত্তরগা ঐহাকী নাক্তা মোমোন তৌবা মীনোকা লোয়ননা ফম্লম্মী।

ইম্মুং অহুগী চনম চুংশিনবা লৈনম কয়া অহুগা, 'ফজেং অহুগা — অনী অহুনা ঐহাকপু ওমহংখিহনা চম্মুবা লাই অহুনা কংহনা চুপী অহুবু মুম্না য়েংহনা ফম্লম্মী। ভাইহাক জ্ঞান মাংওখিবগুম তৌরমই। ঐহাকী অঙকপা অহু উবহনা চুপী অহনা সিগারেট কেস হাংদোক্লগা "সিগারেট লৌবিয়ু" হায়না লানশিল্লকখি। ঐহাক জ্ঞান থংতা তারকখি। "সিগারেট থকচদে" হায়না থুম্লম্মী। চুপী অহনা "ও..." হায়না সিগারেট কেস থিংজিনখি, অহুগা তপ্না তপ্না হায়রকখি — "লুপাদি কয়া যাওবিরকই? অহিং অসিমদা লুপা কুন ওয়রবদি লেকপিবা য়াগনি।" মহাকী মরাইহে থরা অসি তাবদা ঐহাকী চম্মুবা পুন্নমক কোকখিরম্মী। থুদক অহুদা ঐহাক ফজনা থগুবা ভমখি, ঐহাক্না চঙকইবা অসিদি নোংমোকী থোঙনি হায়বনা।

চুংশাশোর মপী অমা হোন্দোক্লগা য়াম্না ইংনা, তপ্না তপ্না ঐহাক্না হায়খি — "ইচন ঐদি কলেজগী ছাত্রনি। অথেঙবগী সিনেমা য়েংজবদগী হল্লকপদা নোংচুরকপগী মুমথোঙ হাংবা উবদা নোংনা চোৎপা কিবদগী চঙজরকপনি। ঐবু ইচম্না থনবিরিবা ওহু অয়ানবনি। থাগৎচরি।"

"ভুসি অহিংগী শিকার কংলে" হায়না করাওজহুনা মোমোন নোকচরন্বা মাইথোং থাজ অদো ঐহাকী রা কয়ামক্রম অসি তারগা খুঙহোদনা নৈচিন্না কুন্না থাজগুম মাইথোং থাজা মকশিল্লকখি। "ওঃ—" হায়না চাউরবা নুংশাশোর মপী অমা হোন্দুনা মরায় লুকখরকখি। মকম অহুদগী হৌগত্তুনা চথোকখিবস্তু গুম্মদে। মপান্দা যেংথোকখিবদা মৌং কন্না চুরমই। মরক মরক্তা নোংখাংস্তু কুম্নমই। ঐহাক্কীস্তু হৌগৎপগী পাজল মাঙখিরমই।

চহী কুনদা খোঙদায়বী, মঙমগী মপুং কানা ফজরবী পুর্ণিমাগী থাজগুম ঙাল্লবা মুজা অতুগী মাইথোং অহু ইথঙ খঙহৌদনা নৈচিন্না কুন্না থাজগুম নীংবা কায়বা অমমুং ইকাযবনা কুপখিবা অদো উবদা পুক্লিংদা মুঙাইতবা অমা পোক্লম্মী। নৈশাবী অহুবু খঙহোদনা য়ান্না চন্না খুংশিবা কৌরকখি। ঙাইহাক তুমিন্না নৈবগী মতুংদা অচিকপা থুগায়তুনা ঐহাক্না হংলম্মী — "ইচন, রাবৌবিরোয় হায়রবদি রা অমতুং হংজগে।" "হংবিয়ু, নৈকদৌগে" হায়না য়াম্না ইকায়বগা লোয়ননা মান্নায় লুকখতুনা থুন্নকখি।

মহাকপু মুদা যেংলগা ঐহাক্না "লম্বেল অসি নত্তুনা ইচনগী হীংবগী পাম্বে অত্তে নৈত্রা?" হায়না হংলম্মী। ঐহাক্কী রাহংগী পাউথুম পীরকখিদে। তুমিন্না অহুম মরায় লুকখতুনা নৈখি। রাহংগী পাউথুম পীরক্তবা অহুদা ঐহাক্কীস্তু ইকাযবা পোক্লকখি। অহুদগী ঐহাক্না অমুক হংখি — "ঐগী রাহং অসিদা য়াম্না রাবৌবিরক্রা।" "রাবৌজদে" হায়না য়াম্না নৌরবা খোঞ্জেলনা থুন্নগা মমীত্তুগী মপি তৈথোকখি। মঁংকী পি তৈথোকপা উবদা ঐহাক অঙকপা কংখি! মথোয়গুম্বী মুপী অসিনা কন্না হৈ হায়বসি ঐহাক থাজরমদে। পি তৈথোক্লগা "ঐগী পুন্সীগী রারী লীরকুনা অমুক নৈকদৌনি?" হায়না হায়রকখি। মঁংকী পিগা লোয়ননা "পুন্সী রারী" হায়রকপা অহুদা

মহাক্কী হৌখিবা পুন্সীরাগী অহু অমুক হেন্না তানিংলম্মী। ঐহাক্না অমুক হন্না হায়খি — "ইচল, নবুং অমা ওইনা টৈকদোগে, ঐ তাদ্দা মহাক্কী পুন্সীরাগী অহু তাহল্লু। ইচনবু মতেং পাংবা ওজন্ন' কাওবদা তুক্কচবা মীংয়েং অসি কোকহল্লু। "

ঐহাক্কী বা তারবগী মতুংদা লৈশাবী অহুনা তপ্না তপ্না মহাক্কী পুন্সী রাগী পীবা হোরকখি : " তাদা, সহরদগী থাম্না লৌবার লম অমদা ঐহাক পোকপনি। লাইবকখিবী ওইরবনা ঐগী চহী তারা শুরকপা মতমদা ঐবু পোকপা পম্হৌনা নোক্লাখিহুনা লাইরবী ইমা লুখ্রাবীনা ঐবু য়োকপিবনি। তৌইওইরদুং পম্হৌনা নোক্লাখিবা চহী মরি মতুংদা ঐবু পোকপী পলেমহু তাইবং মৈশা থাওবা ওমত্রমাংরে — ঐবু হয়েক্রমহুনা ত ইবংদগী বিদায় লৌবিখ্রে। মতম অহুদা শাগৈগী পুকচেল চাউবা থুডা অমনা ঐবু কোনবিখিবনি।

ঐগী মথোল কাওক্রবা পুন্সীগী ঈপোম্না হেনগদক্রবা মতমদা লৈকায় অহুগী পাথং নবকিশোরগী মুংশিনবদা খোঙদাম্মিখি। ইমা ইপা লৈত্রবী লাইবক খিরবীনি হায়না থনহনম্ন মতমগী ঈথিনবু ঐনা খিংবা ওংদহুনা নবকিশোরদা ঐগী থবায় হকচাং অনীমক কথোক্লম্মী। মহাক্না ঐবু লৌনম তৌহনা থাজহল্লগা — মুংশিবগী ঈথিলনা চম্ময়রিঙৈ' মতমদা ইশাগী সতীত্ব মাংহল্লমই। তৌইওইরমুং মহুগী দণ্ড ওয়না ইশা অসি থা অমগী মতুংদা মমা ওইবগী কীভমদা লাক্লম্মী। নবকিশোরদা কীভম অসি থুনমক তাক্লম্মী। নবকিশোরনা " অহুগী দময় কমিহু বাগুহু, ঐ লৈঙি, হ য়ন হায়রিবরমখি।

নোংমা নোংমগী কীভম অসি কায়বা হোগংলমই। নবকিশোরগী পাউ লৌবদা নবকিশোর সিকাং থনবা চংখ্রে হায়বা পাউ তারম্মী। থওহৌদনা কোকথক্না বম্ন তাবগা মায়খি। ঐ কজনা থওখি নবকিশোর-না ঐবু লৌনম তৌরম্মে হায়বা। অপোকপী পলেম পম্হৌ লৈরবদি

মচাগী মরাল অসি তাকপীবা ঙাই, তৌইগুম্বসু ঐগী ইন্দোনদা ঐগী চাউরবা ইরাল অসি মচা নত্তবনা তাকপীবা তঙ্খোয় থনবদগী বাকম অসি ইঙ্গানদা কোংদোকপা ঙিজনি। ইন্দোমদা কোংদোকপগী মহুত্তা হূ চাহুনা শিবনা কৈ হায়না থনখি। অহুব মায়ানা পুনবা ডাউবংনি, শিবা হমখিরে।

নোংমা নোংমা হোৎখ্রবদি থুড়া, ইন্দোন কৈয়োই লৈকায় থঙলকপা তাবেঙ মখোয়গী মমাংদা করম হায়না হীংহুনা লৈগনি থনবদগী থেঙলবা অহীং অমদা "নবকিশোর সহরদা সিকাই থনবা থংখ্রবনি, সহরদা চংহুনা মহাক থিরখিগে" থক্কুনা অকিবা ইকাইবা পুম্মক থাদোক্লনা খোবক্লম্মী। নোংলৈ চুংশিং কয়া থাংহনা সহর যৌরকখি। সহর যৌরগা নবকিশোর খোয়দনা ফংগনি হায়না থাজরম্মী। তৌইগুম্বসু পোকচৈদগী লাকখিবা সহরদা নবকিশোরবু করম হ য়না থিরগনি? সহরদা লাক্লগা সিকাইশিংগী লৈক্কাতবু ংংলম্মী। অকোয়বদা সিকাইশিংগী লৈকম ফংখি। নবকিশোর হংজুবনা সিকাই অমনা "লৈ, মকাকত্তি চুম্মিদাং হত্তিম্মক্কিন — ঙমগদ্রা" হায়না হংখি। "নবকিশোর লৈ" তাবদা হরাওমনখি-বনা থনথবগী পাক্কন মাওখিরমই। ঐনা হরাও হরাও খুমখি— "তাক্কিজগে। ঐ মহাক্না উনদবা য়াত্রবনি।" সিকাই মরাপ ওইরমগনি থনবদগী ঐনা যাম্না থাজরম্মী। ঐগী শাউথুম তাবদা সিকাই অচনা হরাও হরাও' খুম অমদা পুহুনা ঐগী অচা অথক পীহুনা ঐবু পোখাহল্লমই। নবকিশোর উনগনি থমবদা হীংজে থনহনা কুপ্তাইনা পোখারমই।

চুম্মিদাং ওইশিল্লকখি। নকিশোর লংকখিদে। অচা অথক পীজরবা সিকাই অহূ লাকখি। সিকাই অহুম মখি অমত্ত তুং ইমরকখি। বুগী নিশানা তাওরবা সিকাইত্তাক্তনি। ইমুংদা চত্তওকপগা থেংত থীংশিনখরে। ঐ অজান তারকখি— ঐ নোয়োক্নী শহোদা তাবে হায়বা। কাম্বংশগী পাটৈ অমা লৈখিদে। তুকচবা অকিবা পুম্মক্না ঐগী অমম

মাঙখ্রে। লাউবগী পাজলস্থ মাঙখ্রে।

ঐনা জ্ঞান তারকপদা য়ুগী নিশানা সিকাই অহম মরি অদো তাহনা লৈরম্মী। ঐগীস্থ হোৌগঙ্গুনা চৎপগী পাজল মাঙখিরম্মী। ঐ কক্সনা খঙবা ওয়ম্মী — " ঐগী নবকিশোর অমুক হন্না উররোই। নবকিশোর ঐঙোন্দদি শিখ্রে। নোরোক্তী গুহাদগী হৌগৎলকপগী পাজলস্থ মাঙখ্রে। "

সিকাইশিংগী শিকার ওইহুনা নবকিশোরগী ঙরস মক্ত কুকখ্রে। আত্মাঘাত ওমখিদ্রে। নোংমৈগুলি কাপকনিস্তা খঙখ্রবা সিকাইশিংগী ট্রেনিংদগী শিকার কাপনিস্তা হ'য়না খনবা নত্তনা অৰোক্সা রাক্ষল পুৱমক মাঙখ্রে। "

মীৎতা পিগী ঈরা শিস্থহনা ঐঙোন্দা মুন্না য়েংলগা হায়রকখি — "তাদা, হৌজিক হাযবিয়ু, খেঙলবা অহিং অসিদা মীকপ মীরাঙখোল তাত্রবা, তাইবংমীনা পোথানরবা মতম অসিদা থাউমৈ থানহনা খোঙজিন মপান্দা লেপতুনা অহিং অখেঙবদা চাক্তাবা মীওইভবু শিকার তৌগনি হায়না লেপ্লিবা! ঐগী ইরালরা ? নত্তনা কনগী মরালনো ? "

ৱারী লোয়খ্রে। অরোইবগী রাহংগী পাউখুম পীবা ওয়মদে। চাউরবা গুংশাশোর মপা অমা হোনদোক্লমই। মপান্দা য়েংথোকখিবদা নোং চুবা লেপ্পমখি। কম্ফমদগী হৌগৎলগা লৈশাবী অহুবু মুন্না য়েংলগা তপ্না তপ্না মপান থোরক্লম্মী। অমুক হন্না ইমুং অহুদা য়েংবগী পাজল মাঙখিরম্মী। হোষ্টেলদা হল্লক্লম্মী। চাক চাগে হায়না তেবলদা কমথরুই। অহুবু চাক চাবা য়ারমদে। ঐহাক্তী মীৎতা উহনা লৈরম্মী— চহী কুনদা খোঙদারবী কক্সরবা লৈশাবী অমনা নোরোক্তী গুহাদা তারগা মীৎকী পিগা লোয়ননা হংবা রাহং — " তাদা, ঐগী ইরাল লৈত্রা ? নত্তনা— কনাগী মরালনো ? "

ঐখোয় মরামসিগী মরক্তা কনাগুম্বা য়াম্না অকবা, মপুক-মপাউ তঙ্গা মী'মগী ফিং হায়বু হায়না ঐঙোন্দা হায়রবদি ঐ মীৎকুপ অমত্তা থম্বদনা ইহান হানবদা হায়গনি — কোয়জম তোম্বা। য়াম্না 'ফবা মীনি মহাক অসি। নোংমগী ফুমিং অমত্তং তোম্বনা শাউবসি ঐ থক উত্তয়কত্রি। মাঙাং তাতাদা ফুমিং চুম্না ইনেমতা নেম্বা! ঐগা য়াম্না লুনা তিম্নজরবা মরূপ তোম্বুদি নোংমা কাগী তৌহ্নবা তোম্বগা ঐগা মারী শায়্নখিত্তৈদা হায়খ্রবনি, — "সত্য, খবলো, তোম্বসিনা করিগুম্বা নীপা ওইনা পোকতুহ্না ফুপ" ওইনা পোক্লম্নবদি ঐনা মাবু লৌদনা থাবদি থরায অসিনা নৈঙ্খিবতৈ থাখ্রৌইদবনি।"

নোক্না নোক্না ফুমিং অহ্নদা তোম্বনা হায়খিবদো গু'সফাউবন্ত কাউত্রি, — "হরে, হরে! ওন্থোক্না ফুঙাইনম্ন হায়খিরেদকো, ইবুঙো নপখি থাংবা! ঐনা ফুপী ওইনা পোক্লম্নবদি মীৎচি অমমমদা নখোয়গুম্বা নীপাশিংসিদি উক-উক লৈহনহনা অমুক কপহন অমুক নোকহন — ননপ-নতিন ওযো-যো তাবতৈ লাক্লহ্না অতোপ্পা নীপাশিংগা কেসে-মাসে তৌমিন্নগদবনি। ..."

ঐখোয় অহুম থরায় তানা নোকমিন্নখি ফুমিং অহদা। মনপ-মতিন তাবা হায়বদো কনা'মগুগীমক খোকখিত্রবত্ন নোকমনখিহ্না পুকনি শাইক্লনা থাংবা তায়বা মতাংহুদি য়োথ্রবনি। তোম্বসি মাহৈ-মাতা কাগী-কায়াংদা অমত্তী মতীক মহাও থাংডি হায়বসিগী প্রমাণ অসি ফুমিং অহদা য়াম্না নৌংখিনা ফংখি।

অহুৰু অমুগুবা তোম্বা অহুম্ গুসি ঐবু উরগা কৌনিংদবোয় ভাঙনিংদবোয় — কৱিগুম্বা অমা ইত্তৌ তৌরে। ঐবু উরগা উশিন্নদনা নাকন অমদা লৈথোকদগী হেক হেক তৌরক্লে। ঙশেংবমক খঙ্গ্নবা পুক্নিং অসি য়াম্না মুঙাইরকতে।

পাথং লৈশাবী ওইনা হৌমিন্নরকপা ইবেং ইমান্নবা মন্নামলিগী মরক্তা ঙলিকাওবা মুপী নহা খিদত্না লৈহোবা মী থরম্ন য়াওরি। মথোক্ততুগী মরক্তা শালাম য়াইমাতদি ঙসি কাওবদা ঐথোয়গা থন্না থন্না মন্নী থম্মরি। লৈশানীশিংগী মরক্তগীদি ময়ুম পালহৌদবা অমত্তম্ন য়াওত্রে। অদুদা অসি'মত্ত চুমই — চোংথাম' ইত্তেমা তরুবী অসিমক থাইনহনা হলক্রমত্র-বদি মরূপ-মপাং ঐথোয় লাহানমথৈ লোয়না কায়নরদবনি। মুপী-নহা থহনা অঙাং-মুবী চেন্নবা মীশিংবু কয়া কুইনা তিন্নবা য়াগদগে? অঙাং-শিংগী নীংথা মেনবা লাক্কবদা অত্ত বাংলিনে, অহু চুমত্রিনে, অঙাং মশা ঙমত্রেনে, নারেনে, য়েক্লেনে, হা ডাক্তোরনে — ময়াম অসিগী চেন্নবা লাক্কবদা মত্তে-মনাও থংনহনা কপ্পবা, লাউনবা, কৌনদবা, ওইনবা — মযাম অসিদা য়েংশিল্লবদবু মরূপ-মপাংগী বা কয়া কুইনা নীংশিংবা য়াগদগে?

ঐগী মুপীসিম্ন লুহোংবা নৌরিত্তেদদি য়াম্না মচিন-মথা তম্নী টক্যাই থীগনবী ওযরমাবে থন্দুনা মরূপ মপাগী মুপীশিংদগী ঐগীসিনমক হেন্নমারে হায়না থল্লমই। অত্তবু হৌজিক্তি ঐনা হুমদা হেক তজিনবা মুদিংগী মরৈ-মতোন অহুদা থোরবা থাঙশাং অমা নপত্তুনা লান তৌরমি-দমক হায়হনা ঙরং ঙরং হেকতা ঙঙলকই। মাবুতা হেক কিবনা মুম থাদোকত্তুনা মরূপ-মপাংগা উনবা হেক হেক থোক্লকই ঐ। 'মুম তাববু তোঙ্গী মুপীহুত্ত ঐগীসিগা কোম্পানী অমত্তগীনি হায়। অত্তনম্না কবিনো তোম্নসিম্ন মুম থাদোকত্তুনা মত্তম মতমদা ঐগা উনকনি হায়না হেকতমক লাকই। অহুদা থম্নাইদগী মুঙাইত্তবা অমদি কন্নিনো হাম্নবদা — কনাগুম্বা

মরূপ অমবু পুন্নরা ঐনা য়ুমদা চঙলকপসি ঐগী চুপীসিপী মখরায় শোক্না পাম্মজদবা পোংশক হায়রবদো হেক থোকই। চা-ককা চথোম অমত্তং লোন্নুবু হায়রকপ্রবদি মনাত্তোন চকুমুক চাউনা পোমখোক্লগা মুক্লং মুক্লং হেকত্তা শোল্লকই। মাবুত্তা কেক কিবনা তোন্নুব লাক্লবমু, মরূনা অতোপ্পা মরূপ অমবু লাক্লবমু তুমিন্না মপানদা কোয়থোক্লসি হায়না পুথোরক্লগা মপানগী চা-ষ্টোলদা পুশিন্দুনা মরূপ-মপাংশিংব পৈশানা চা অপুম্বা লৈত্থনা পীথকই।

চহীমুক্তী মমাঙদা য়াইমলিকম মিলিটারীগী থবক থাদোকত্থুনা হল্লক্লমত্রবদি তোন্নুগা ঐখোয় অনীনা পোথাকম থীবা ফংদত্থুনা য়ারমগদ-বুলি কন্নামুক্তী মতীক য়োরমগদবনো -- থল্লুবদা হুমাং অনপ্পী কাংডি। ঐখোয়গী ইমান্নবত্তা নত্তনা পীক্লিভৈদগী অস্নম তিন্নহনা হৌমিন্নবক্লবা য়াইমা অসি সিকাই থাদোকত্থুনা অমুক ঐখোয়গী ইরকত্তা তিল্লবসিনা ঐখোয় মুংশাংশোয় হোনবা ওমজক্লিবনি, তশেংবমক। অত্তবু মাগা অমুক নৌনা তিন্নরকপসিদা অচৌবা মহাও অমসু তোন্নুগা ঐখোয়নীদা মানা তাকপীরে। মতদি - য়ু। য়ু হায়বদো করিনো হায়বা করি'মত্তা মশক থঙজরমদবা ঐখোয় অনী অসি য়াইমগা তিন্নবদগী নাসিক কাবী লৈতা চাবা মাম্না নীংথিনা হৈজরে চহীমুক্তী মন্নুঙসিদা। লৈতাগী মথুন অসি অন্নম অন্নম থিত্থনা চঙথিবদগী মন্নুঙ হংনা থিজল্লকপা মতমদা ইনৌ নৌনা অমুক থঙনরুবনি ইত্তৈমা তরুবীগা।

ঐখোয় অয়াম্বা মতমদা বিড়ি সিগারেট লইরমই লম্বী ময়াগী দুকান অত্থদগী। অহল অদো কাবক অমা চহি চংলে। মাগী হায়বদো কনা লৈজব্রে। মউন অত্থ ইথুই থুইজিক্লে। তুং য়েংথি কনা লৈতা মাঙ য়েংথি কনা লৈতা — কনা'মত্তা লৈজত্রবত্থদদি মরো-মশাং লৈজ্জবা পুন্নমক থন্না থন্না তৌত্থনা লোয়না য়োম্বোকত্থুনা চাত্থনা লোয়শিনক্লে। হৌজিক লৈজরিবা হায়বমু লম্বী ময়াদা মাগী দুকান মচাত্থগা লোয়নরা — লৈনবা

থাঙপোকপঙ মচা অমা য়ুংলিবা— খুপাকয়ুক পাকপা লম মচেৎ অতুঙমক ঙাইরে। অতৈ অতৈ ইংখোল-য়ুমলদগী হোত্নুনা মাগী লৈজবা লম পুম্নমক য়োন্দুনা লোয়শিনখ্রবনি।

ঐখোয়না হেক থঙজরকপদা ঙক্নুবী অসিগী মচাম্নপী মশক মতৌ য়াম্না ফজরবী লৈশাবী অমা লৈরমই। মমিং তরুবী কোই। ঐঙোন্দগী চহি মরি মঙাগী ইথকনি। লৈশাবী অহনা লূহোংখিবা অমসুং লূহোংখিবা মতুংদা লুখ্রাবী ওইদুনা চহিমুক্তৌ মকুঙদা অমুক হল্লকতুনা মপামদা মতম কুইনা লৈরমই — মসি পুম্নমক অসি ঐখোয় কাউবা ঙমদ্রি ঙসিফাওবদা। যাইমা, তোম্বা, হোম্বু — ঐখোয় পুম্নমক তরুবীদা ইতৈমা হায়না কৌহুনা মান্না মপামদা লৈরিঙৈগী শরকসিদা থরা তিম্নতৌই। অসিমক ঙায়। নৌনা হোগংলকপা পুন্সীগী অযুকতা কৈশাম নীঙোল বাসন্তীনা ঐবু উবদা মমাই ফাইগংপা ঙমদতুনা ইকাইখিবনা মমাই মমিং ঙ ঙশং ঙাঙনা অমুবা শম্নাংগী মরক্তা মমাই অদো লোংশিনগদগী কয়া লাক্নুনা লৈকম থঙশল্লকতবা মতৌ উরকপদ, ঐগী থম্মোই অসি পোকথাফমুনা মরু থীংলগদনগুম কয়া থোকখ্রে। ঐগী ইতৌ অচ উবদা ইতৈমা তরুবীনা নোক্না নোক্না ঐঙোন্দা হায়খিবা বাশি দো ঙসিসু কাউদ্রি — "করি-নোহা নীপামচা, ওম্নতৈননা কবোরাই শোম্বিরাই হোরবা জাৎলা ?"

অসুম তৌরবই তরুবীগী লমচৎ — ঐনা অহাম্বা থঙবা হোরকপ-দগী। তোম্বসি যাম্না লূনা তিম্নবা হৌমিন্নরক্নবসু বাসন্তীগা। ঐগগী মরী অচু লামাই অমা হেম্না চৎথরকপা মতমদগী করম হায়রনো থঙখিদুনা ঐগা তিম্ননিংদবা মওং অমা হেক হেক উংলকখি। ঐবু উরগা ফুকচবা ফুংশিদবা মীৎয়েং অমনা মরক মরক্তা য়েংলকখ। ঐনু ঙাব জাখি — বাসন্তীগা ঐগা ফুংশিনবা অসি তোম্বীসিনা অকবা মীৎয়েংদা য়েংবা ঙমদে হায়রবা।

অহুমীদমকতা তোম্বগী মথকতা ঐ বায়োবা তৌখিদে। কদ্দিনা

হাৎবদা, শক চু কৎবদা, শাগুং শাবান কবদা, লমচৎ ব্যবহার, বাতাং বাতা কজবা অতন্না, অঙৈবো মী হায়বদো ঐখোয় মরামগী মরক্তা তোঙ্বতনি। চুমিং খুদিংগী চুমিদাংবাইরমদা হকচাং কনবা হকচাংগী শাক্তেন শানবা, বুক খোন, আসন-কয়া শান্নহুনা চানা অতৗংবা চাবসি ঐখোয় মরামগী মরক্তা তোঙ্বতনি। য়াইমাখোয় — ঐখোয় মরাম তিন্নহুনা চুপীগী বারী শন্নহুনা নোকমিন্নবদা তোঙ্বা অসি নোংমগী চুমিং অমত্তং য়াওখিদে। মরম অসিনা ঐখোয় মরামগী মরকতা ইতৈমা তরুবীনা থবাইদগী লুনা তৌথিবস্তু মহাক মতোমতবুনি।

ইতৈমা তরুবীনা তোঙ্ববু লুনা অমাং চান্না তৌবিবা অসিদা ঐখোয়গী পুক্নিংদা কন্নকপা মিহৌবা পোক্লকখিদবা নংতে। য়াইমাদি নোংমা শাউহুনা ঐতোঙ্গা হায়খি, — " সক্য, মসিগী অত্তাং অসি লাইমা হুংশিখিদ্রে। কনাইকা···। "

" কদিরি তৌরগেনে মা'না? নত্তনা অহক শাউহন্নবদু ·· ? " — ঐনা হংখি।

" করিস্ত তৌদে। 'হুম য়েংনিংলকত্রিবা মাগী শাক্তং অসি। " — যাইমনা খুমখি।

[illegible]না থরনি ঐনা তিন্নংনি স্মরবস্থ যাইঅগা তোঙ্গা — ঐখোয় অহুম অসি চামিত্রবা, থকমিন্নবা, হারাওমন্নবা — মতম খুদিংদা থানখিদরনা করিশুবা অরাংবা চুত্তাইতবা অমত্তা ঐগী পুক্নিংদা মচি কান্নহনখিদে। থোয়দোক্না হায়রবদা, মতম অহুদা ঐ ইশামকন্ত মকাপ-[illegible] [illegible] তিন্নহনলকখিদে। থবা অচৌকপা মঙ্মদা কমহুনা [illegible] [illegible] চুত্তাইদ্রি।

বাগী তপা তপাবা চিঙ্বাল, ইকাইবনা লেকথরক্লবা — চুংশিনবা [illegible] [illegible] তত্তাবা থ [illegible] [illegible] [illegible] তপ্লোকবা চুংশিন্থ্রবা

মখুৎ-মচাশিং — থম্মোইসি পেনবত্তে মাগী থাখলতা থবুনা মতম মাঙহন-বনিনা ঐগী খরাইনগী মুত্তাইবা থবক ওইনা তৌখি মতম অহল। অয়ুক, থুমিদাং, নুংথিল — অনাংবা মতমদা অমত্তুং তুমিদাং তুমগদগী কমুংদা হিপ্পকপা-মতমদা কয়াম্বকনো, থাখলকনা তপা তপাবা মাগী ভাঙ্গাং ভাঙবা চিম্বাল অত্তুম হম্না হম্না চুপত্তুনা থবাই অসি পেনভখিবা!
" নুংশিবী ঐগী বাসন্তী ···। " — মাহৈ অসিতা থনতা থল্লুবদা ঐগী থবায় অসি পেনমনখিহনা হকচাংগী তু খ্যাও হেক চুংখিবা থওহৌখিদে।
অতগুম্বী বাসন্তীনো, ঐনা খরাইনগী হেম্না নুংশিজরবী, ঐগী পুন্সীদা থেংনজকবা অহাম্বা মুপী, অহাম্বা নুংশিজরবী, অথোয়বা নুংশিবনু মনক তাকপিরম্লবী — অতগুম্বী বাসন্তী অতগী নুংশি মপাওঙ্গ অকুপ্পক থমনিগী মনুঙদা তাবা ফংলকখি। " নুংশিবা, মঙনী নকমদ ঐগী থবায় হকচাং অসি কংথোকচরবনি। " — পীকথু বা চে-মচেং অং , ইমুনা অভাং পিশক অমদা পীতুনা ঐগী ইথং য়োকহনকখি।
চে-মচেং অদো হেক ফংবদা, মাহৈ অহু হেক পাকবদা ঐগী থবায় থুম্মক ঐগী হকচাং অসিবু থাদোকতুনা মৈকুপ অমত্তুং কদায়দা পাইক-রবা — ঐ থওবা ওমখিদে। থবায় অসি মুত্তাইশিবনা তুমিন্না ইকুংদা চত্তুনা কমুংদা হিপখি। মৈংতগী পি মরিক মরিক চেংহনকখি। তশেংবমক মুত্তাইখিবনা থাওবা ওমম্লতুনা কপথোকপা-হায়রদো থোকখি। পাবনা ঐভোন্দা হংখি, — "কৈদৌরেহা কমুংদা কাথৎতুনা হিপ্পি-বদি?" "কৈম্ন তৌদে।" ঐনা থুমখি।
অত্তুবু ভাইহাক মত্তুংদা কমুংদগী কুমথানা ইকুংদগী মপান-থোকক-পদা মাঙপা ঐগী ইচন-মুপীচনা তিত্তক-তিত্তক ঐভোন্দা য়েংলনা মখিংনা " কবি তোরবে " হায়না হংলকপগী মতাঙম-তৌখি। থওশিন্দুনা ঐম্ব নাকল-মমম্মোমদা-মাই অসি ওম্মোকতুনা মহুম্মক-থোরকখি।
তশেংবমক মরনিগী-মরুপদা বাসন্তীপা ঐপা-টিনবা ফংখি। মঙগী

তুমিংশিংহু ওসিকাউবদা কাউনবা ফনা লাক্লরবস্তা কাউবসি ইত্তম্মক ওমখ্রি। য়াম্না কিনা ঐগী খুং অসি নিক্না নিক্না বাসন্তীগী মখুং অহুন্ পায়খদগী তিংখোক্লখি। বাসন্তীনা মখুং অত্তু তিংথোরকত্তুনা ঐগী খুং অসি থংপায় পায়রক্লরদা করম্বা শরকত্তা বাসন্তীবু চিংশিল্লুনা এনা ঐগী থম্মোই অসিদা কোনখিবা — খত্তবা ওমহৌদে। অঙাওবদোনা ঐখোয়-নীমক অমনা অমবু চেক্কেং কোনশিন্নখি। মাগী মরাইবক, মশম, মমীং, মনা, মথক্কাই, মচিন্নাল — অঙাওবদোনা মাগী হকচাংগী মফম পুম্নমকত্তা পাংচুপত্তা চুপত্তুনা মতম কুইনা থম্মোইসুংদা কুমহুনা লৈরক্লবা অহাম্বা সুংশিবগী মৈচাক মুংতম্নবগীদমক লাক্লখি।

ওসিদি হায়থোক্লবনি ত্তশেংবমক, ইকাই-অকি লংশেকত্তুনা। তুমিং অহুদা বাসন্তীগা ঐগা — ঐখোয় অনী মীংকুপ থরা কদাইদা মাওলুরবা খত্তবা ওমখিদে। অকবনা কদাইনো, কংত্তবনা কদাইনো, তাইবংমীরা, শা-রা, কৈ-রা — অওইবমা ওয়জর্নগম্মু ঐখোয়নী অহু। সুংশিবগী — থরইদগী অচুম্বা মশক য়েংবদা অচুম-অরান, অফ-ফংত্ত' — তাইবংমীগী জগৎত্তা চিংশিনবা যাবা থম্নবগী মতম অত্তু মফম অহুদা নংতে। ত্তশেংবমক মীংকুপ অহুদা বাসন্তীম্ন ঐগ - ঐখোয় অনীমক তাইবংমীগী জগংদা চিংশিনবা য়াবা মীরমক্লেনগী মী হায়বতু নংখদে। মী হায়বত্তু ওয়বম্নবদি করম হায়না তাযবংগী অথোযবা — থরাইদগী অচুম্বা — সুংশিবা তাদবা পোংশক অত্তবু মশক খত্তবা ওমমগাহ গ।

মহুগী মত্তুংদমু বাসন্তীগা ঐগা উনখবসে মশীং যামখ্রে। ইতৈমা তরুবীনা মতম থুদিংদা উননবা মফম মতম শেম্বিতনা পাউ পুখোক-পুশিন তৌবিহুনা ঐখোয়নীগী মত্তেং য়াম্না পাংখি। নহাপুরুং ওযবনা বাশক্লা-খিবা: "ঐনা নত্তবু থাদোক্লোই। নত্ত ঐ ইবানি লৈমিম্নগনি, পাম্মগনি।" — ময়াম অহু ওসি কদায়দা চৎখ্রবা খত্তখিজ্রে। ঐগী থবায়নি হানমুন, থম্নকরবা বাসন্তী অহুবু তপা তপা তুকচবা য়োরকখি। ঐখোয়নীগী

লৈরম্বা মুংশিবা অহু তপ্না তপ্না কাখোয়রকখি।

যাইমগা তোম্বগন্থ মতম অবাম্বদা ঐখোয়নীগী পাউ তানিংহুনা ঐগী ইতুংদা চুই অঙাওবদোনা ইল্লম্বনি। ঐগী ইকমদগী মখোয়সিনা তানিং-দবা, খঙনিংদবা কারগুম্বা অমত্তা লৈখিদে। বাসন্তীগা উনবগী তমহৈদবা অথুপ্পা ব্রাম্রীতুফাউবা তানিংহুনা মখোয়নীনা অয়াম্বা মতমদা ঐঙোন্দা কক কক থিন্দুনা হংজিল্লকখি। মতুমকত্তি মখোয়দা খঙহন্নিংদবনা "অহুক যাম্না চংথবা ঙমত্রিদা, ইবুঙো চাউবা" — হায়না ঐনা মখোয়দা হায়রবদা যাইমনা ঐঙোন্দা থুনীঙনা গিং হেক থীন্দুনা হায়খিবন্থ নীংশিংলি, — " থ-ৎ নঙসিদি অা ওয়বা মী নৎতে। করি'মতা কানত্রবা মীনি নঙ অসি।"

ঐ অসি অা ওযবা মীরা, নত্তনা অা ওযদবা মীরা — করি হায়-গনি? অদুবু বাসন্তীগা ঐগগী মবীদা লৈরম্বা মুংশিবগী মরী অসি চিংথায়রকপা কালদা ঐগী থম্মোইদা ফংখিবা অরাবা ময়াম অহু ফোঙদোক্লবগী লম্বী ইকং ফংখদ্রবনি। ঐগীদমকতা থরায় থাগনি হায-হুনা লৈরম্বা বাসন্তী অহু ইরেম্না ইরাই হেক লাইনা মমাঙ লৈকায়গী কোনসম সনাতোম্বদা ময়ুম পাংগাকখে। "করি থোকলে হৌজিকতি?" — য়াইমনা হাযখি, "ঐনা লাঙান্না হায়ত্রা? — ঙা ফায়বসিমক্তবু লোংগুপনা উপলিঙদা নমহুনা ফাতৌগদবনি হায়হুনা? হৌজিকতি নঙনা পাঙদবা হাযবদো শাহৌরেদো।"

মতম অহুদান ঐনা যাইমাদা অশেংবা বা তাকখিবন্থ — "করি বানোনে নঙনা হাযরিবসিব? খোইদা থবলা ঙাবু চাক্লোংনা থাই হায়ত্রাও?"

"সাবাস, সাবাস!" — হারাওনা হাযরকখি যাইমানা। ঐখোয়দি নঙসে মুপী ওয়রমারে হাযনা থল্লুরে! অশেংবা নীপা মচাদি নঙনা ওযরম্মে হায়না তাবদা য়াম্না নুঙাইরে। অহুনিদনা নীপা মচা হায়বদো।"

“ অহংগা য়া’মম্ব ’মুম তারি ” — য়াইমানা চোম্থরকখি , “ঐখোই তোম্বসিম্ব লোয়শল্লকপদা নুখ্রাবী হনুবীগী লাঙদা থুব্রা করিনো খঙজ্রি । মখোযগী শাজং লৌচং অসি মঙং অমা ইতৌ তৌবগুম তৌরি । মীনম্ব চিবেং চিবেং ঙাঙনবগুম অমা তৌরে । ”

মাগী মা তাবদা ঐ নোকতহনা লৈবা ঙমখিদে । “চংখোদা ! করি করি কদাইদগী মা হেক পুশল্লক্লহনা । ওয়খোকতবা মা ঙাকতা কদাযদগী হেক ঙাঙলহনা । তোম্বনবু ··· । ” — ঐনা হাযখি ।

“ এ করে করে , যেংঙু যেংঙু ঐনা হাযরিবসে । ” — মসি হাযরম্লগা যাইমাদো মতগী মুমিং অহুদা ঐগা কাযনখি । অহুবু মানা হাযরম্বা মা অহু থাজবা যাবা য়ামক নংত্রবম্ব ঈগী মহাও ফংলুরবা মীনিনা ইতৈমা তরুবীগী মাইখোঙ, পাম্নাম, থবাক — মযাম অহু নীংশিংহনা তিন কুং কুং গোংপা চৌবক্খি ।

মতগী মুমিং অহুদা ঐগা উনরম্লগা চংখিবতদগী যাইমগা উনরুদবসে চহি মঙা-তরুকাগামনি । মুমিদাং মমাগা মপাগনা ঙাঙহনা খরা চৈরাক তৌবদগী য়ারৌখিহনা মুমিদাং অহদা অতম “ চংলে ” হাযনা থোকখিন-দগী অহুম হম্বিল্লকখিদ্রবনি । থা অনী অহুমরোম মতুংদা তাবা ফংখি য়াইমা সিফাই থনখ্রে হায়বা ।

মথকতা হাযখিব্রবা থা অনী অহুম অসিগী মমুংদা চাউর চাউরবা থৌদোক কয়া থোকখি । পুক্লিংদা হু চেনবা য়াখল অমা পুহনা তোম্নগা হেক হেক লোযনহনা ইতৈমা তরুবীখোযদা কোযখোক্লমই মরক মরকতা । নোং ফাদোকম্ব তোম্বগা লোয়নহনা ঐখোয অহুম চংমিম্লক-বম্ব য়াওখি । ঐখোয অহুম্মকম্ব অফবা ছাত্রমকতি নংতবনিনা লাইরিক লাইগু পাবদা থোয়না পুক্লিং চঙনরমদে ।

তোম্বদো বাসন্তীনা মযুম পানখ্রবহুদদি ঐগা অমুক মুংশিনবা হৌরকখি । খরাইদগী হেন্না ঙকপদি — মুপীগী মা তাবা ইয়া য়ারমদবা

তোম্বদো মুপীগী মরমদা রা যাম্না ঙাঙবা হৌরকখি। মহুতা নংতনা মুপী নহা কনাগুম্বীশিংবু উরগা খৌরাংবা মীৎযেং য়েংবম্ম হৌরকখি। য়াইমনা হায়রম্বা রাগী মতুং ইন্দুনা মাগী শাজংকা ইতৈমা তরুবীগী শাজংকদা তোম্বগা ঐখোয় থরা চিংনখি ; অতুবু তশেং তশেংবা করিগুম্ব'মতং খঙবা ঙমখিদবনা ঐখোয়নীমক ইশানা থল্লুবা রাখলনা অরানবা ওয়র-মারে খন্দুনা তুমিন তুমিন লৈথোকখি। অয়াম্বা মতমদা তোম্বগা ঐগনা ইতৈমা তরুবীদা ইতৈমা ইতৈমা হায়না কৌরবম্ম তোম্বনা ইতৈমা হায়না কৌবসি খরা লনবগুম তাখি। মতুদা লুনা তৌবসিতদি ইতৈমা তরুবীনা তোম্বদা লনা তৌবসিগা থবা হেনরা হায়না থনদবসি ইয়ামক যাখিদে। অযাম্বা মতমদা তাস লৌ-লৈবী শান্নহুনা ঐখোয মতম মাঙহনখি।

মতুবু নোংমদি ইতৈমা তরুবীহুম্ম অমুক চেনখ্রে। থরনি মতুংদা ঐখোয় পুম্নমক পাউ ফংখি তোঞ্জাকগী গঙ্গা য়োনবা নীপা'মা মরক মরকতা মখোযগী হুকানদা হমুব হুগা রারী শান্নহুনা ফম্নহুনা পুখিব্রনি হায়না। তোম্বদি তশেংবমক মমীৎতনী মপি শিহ্থবনি পাউ অদো তাবদা।

ইতৈমা তরুবী চৎখ্রবম্ম তোম্বগা তোম্বগা — ঐখোয় অক্কমদি মুতিগী সন্ধারাইরমদা হন্থনীতগী হুকানদা অমুম্মক উম্নখি। মা-মাগী ফুরিং-খোঙগ্রাউগী থাওদা যাওবা বিড়ি পুথোকতুনা লান্নহুনা থকমিন্নখি।

মথং মথং ঐখোয অহুম্মকম্ম 'হুম মুপী নহা থীহুনা ম-ম গী সংসার অমমম পুবা হৌনরকখি। অঙাংম্ম অমনী অমনী লৈনবা যাওনরক্লে। বাসন্তীদো মবক মরকতা মপামদা লাকই মচা পুহুনা। উনবা খুদিংগী ঐম্ম মাঙোন্দা য়েংই — রা অমত্তা ঙাঙদে, মাম্ম ঐঙোন্দা য়েংই — রা অমত্তা ঙাঙদে। ঐখোয়নী ওসি য়েংতমক য়েংনৈ— রা অমত্তা ঙাঙনদে। কৌম্ম কৌনত্রে অম্মক নীংথিনা থঙনরিবমক্কদা।

মহুদগী নোংমা — চুমই, নোংমা ইথা হেক থাজদনা পাউ অমা

কংখি, — "ইতৈমা তরুবীদো খাইনহ্না হল্লক্লে। মচা মুপী'মস্ত লোয়নরকই।"

পাউ তাবদা যেংনিংবনা তোম্বুগা ঐখোয়নীদি হল্লুবীদুগী চুকান তাম্না চৎতুনা হল্লুবীদুদা হংলুই, পাউ অদুবু অশেংবরা হায়দুনা। হল্লুবী-দুনা অচুম্বনি হায়দুনা হায়রক্লবদা যেংনিংমনখিদুনা তোম্বুগা ঐখোয়নী চুমজ্রিং মখোয়গী ময়ুম তাম্না চঙলমই।

ইস্! ইতৈমা তরুবী খরা অহল ওয়রম্লে চহি খরসিগী মমু'দা। মমাইদা মাইহিংস্তু কারম্লে। "ইতৈমা" হায়না তোম্বুগা ঐখোয়নীনা কৌরুব্দা "ও, নখোযদি করম তৌরি?" — হায়না হংলকখি। অদুবু হাম্নগী মতৌঙ্গম খোয়না তিংখোক্লা ঐখোয়বু লৌশিনবা ঙমদবগী মওং অমা উবা ফংলকপদা তোম্বুগা ঐখোয়নীগী পুক্লিং খোয়দোক্লা মুঙাই-খিদে।

"ইতৈমা, চৎলগে ঐখোয়। কোম্না অমুক লাক্কে।" — হায়না হায়রম্লগা তোম্বুগা ঐখোয়নী থারকখি।

নোংমা'নীনি মতুংদা ইতৈমা তরুবী মাগী চহি তরুক-তরেৎ শুরবী মচ'মুপীদু পুদুনা কোয়খোরকখি। ঐখোয়গী সংসার মপাল অসি যেংল যেংলদুনা চৎখি। তোম্বুখোযদসু কোযখোক্লস্ব। লোযরগা তোম্বখোয়দসু চঙলমই হায়না তাখি।

কনানা খঙগনি? মাগী মচাম্নপীদুগী ফজখ্রবা মাইখোঙ অদুদা য়াম্না অথঙবা, বাথলনা হেক লাম্না ফংদবা — মুংশিখ্রবা রাশি অমা পকপক্লম তৌই। মাইখোঙ মচাদু হেক উবদা ওস্তোক্লা মুংশিখ্রে! হেক পমনিংবঙ্গম তৌই। অদুবু ইতৈমা তরুবীগী রাবী অসি তাদ্রিবা কনাসু নৈতবনিনা নৈকায অদুদা মাবু য়াম্না লুনা তৌবিখি হায়বা ইমুং অমস্তুস্ত য়াওখিদে। ঐখোয়গী মুপীদি মহৌশানগা খরা শাউগনবী ওয়বনা ইতৈমা তরুবীবু উবগা ব। ডাঙনিংবোই ডাঙনিংদবোই তৌদুনা — খরা থুনা

চংখ্রবদি কগনি হায়বগী মতাংশুম তৌখি। মীনা তৌরিবদো য়েংবদা ঐগী মীৎ অসি য়াম্না নাৱবস্থ অত্তম হায়না তৌস্থ হায়বগী মতাং অহু খোকখিদ-বনা ঐস্থ তুমিন্না লৈখি।

ইতৈমা তরুবী অমুক হল্লকতুনা লাক্লবস্থ তোম্বা, তৌসু — ঐখোয় অত্তমসি হায়গী মতৌশুম মখোয়দা চৎতুনা তাস শান্নবনা চিংবা শান্নতুনা তিন্নবা শুল্লকখিদে। মসি মাবু কংতবা লুপীনি হায়না খল্লুবনস্থ নংতে। ইশা ইশাগী মতম চিনবত্তা নংতনা লৈকায়গী মতুঙদা ইশা ইশাগী থাক অমমম মশেক লানা লৈরব্রা হায়না খল্লুবনস্থ ওয়বা য়াং। তোম্বতদি নোংমগী লুমিৎ অমত্তং চৎলুসি হায়বসে ইযাবু যাখিদে। খোয়দোক্লা হায়রবদা, ইতৈমা তরুবীসে হল্লকপদগী মখোযগী হুকান্দগী তোম্বনা বিড়ি সিগারেট লৈবসি খরা খরা লল্লকখি।

অত্তবু কদোমদগীনো নোংমস্থ ফুং হেক ফাওরকখি ঐখোযগী অঙাওবা মরূপ অদো। হায়বদি, যাইমা। সিফাই থাদোকতুনা নিংথৌ লোয়রে হায়দুনা মমিং ককতুনা চেল্লকখি। মশা-মউনা ফরিবা— সিফাইগী অহাও অহাওবা চাতনা মশা-মউ বিৎ বিৎ কাবমথৈ নোয-পেন্না থুংলর। তশেংবমক মিলিটারীগী হল্লকপা যাইমাগী তৌরোক তৌবা পাম্বোম, নৈকদ— ময়াম অচ্চ টরগা কল্লকতবা ভমখিদে। ঐনমক হান্না হংলুবনি মাঙোন্দা, — "হায ইবুঙোতোম্বা! নংগী নশা অসিবু করি চাবগেনে অমুক করক্লিবসিবু?"

"করি চাবগে হায়যে! যু থকউ — যু। আলু-ইরোম্বগা বেদ বেদ লাউবা নখোয়গী চাক-য়েঙ্গাং অহু চাহনা কৈদগী নশা কগদগে? অসোম-দদি খবক্কমা ফরিবা! — ইমাইপেমা! ইকুইবু কুইত্রি ঐনা মপান চৎলুবা। শরুক অসিদা নখোয় পুম্নমক অঙাং অনী অনীগী মপা ওইহনা লৈরম্লে। মীনা হানখ্রনি হায়বগী মতাংশুম ...।" — মানা হায়রকখি।

"হোয় হোয়, করেদা ইবুঙো, থঙজেদা। য়েংগনিদনা নঙস্থ করম

তৌবা। নমাই ইকাইগে হায়রবদি লৈতে — নমাম্নবা পুন্নমক্না মতুংনে মচানে – ঝন ঝন লাউনা চংলিবা ! অহুগা নওনা পাওদবা শাবহুনা হৌজিককাউবা পাখও শাহুনা লৈরিবা ! থীরুচো ইবুঙো, থীরুচো — নওনা লৌবা য়াবা নমাম্নবী থুপী অমত্তম্ভু কংলরোই। য়েংঙ্চো। ওারাং লাহানতা তম্পাকতা পমহুনা শাম্নবম্বা কোকপী কোকনাউশিংহুনা ওসি লৈশাবীনি হায়হুনা হাযর হায়রহুনা চংলিবদো য়েংঙ্চো। নওগী নবাইবকতা লৈশাবীদি তমত্রবনি ইবুঙো। মসিমদি খওজহৌ। অহুগা করিগুম্বা তম্নম্নবম্ভু মীনা খঙোকপদা হঙোকপীবম্নবী লৈশাবী শরীকক্না কংলকনি। নংত্রবদি নওগী নবাইবকতা মৌ — হাযবদি সেকেও হেও ককা তম্নবনি হায়বসিমদি খওজহৌ। ” — তোম্বুনা ওকখি।

ঐ মখোয়মগী-বা অহু তাবদা নোকখি। অহুবু তোম্বুগী বা অহু তাবদা য়াইমগী মাইথোঙদা তশেংবমক্কী নীঙমহৌদবগী থুঙাইতবা অমা নপ্নকপা উখি। মহু লোংশিন্দুনা মাংকুপ অমগী মমুংদা চমথোক্লা মানা হায়রকখি — “ কমদৌনি ইবুঙো ? মহু ওইরবম্ভু চাকপু চাত্রিবঙৈদি অযুকনিদনা। অহুদা নখোয়নদি লূহোংবগী রাসিনা অচৌবা ওয়না থনখে। ঐঙোন্দদি মসি করিম্ভু লৈতবা পোংশক অমা ওয়না উই। থনবু থম্নবদি হৌজিকমক চংতুনা অমা হেকতা পাইহুনা চিংলক্লগা লোয়রে। অহুদা, ঐ হৌজিক মহু তৌমিংলকত্রে। করিনা হায়বদা লূহোংবগী ইনিল অহু ঐগী ইপুক্লিংদা শূকপোকপু পোকখিত্রে। থাজত্রগা য়েংঙু সে — খুবাক ময়ি সে। ময়িকক্না ইয়াওবু য়াওশিল্লকত্রবনি। খুবাক ময়ি ককা— কনাইকা — কর কর তংতুনা মুংথত্রবনি। অসিদমক লূহোংলুরগা করি তৌগ-দগে। ” অসি হায়রুনা য়াইমনা মাগী মথুং য়েংকী খুবাক অহু ঐখোয় অনীদা উংলকখি। ঐখোয় অহুম্মক ফাক ফাক নোকতুনা থাওখি।

মহুগী মতুংদা লোংমা থুম্নিদাং রাইরম অমদা তোম্বুগা ঐখোয়না লাইমিং লৌখিবনি য়াইমগী মকমদা — যু থকপগী। ঐগী থুপীনা

"খেঙনা হঞ্জিল্লকই, য়ু থকপা হোৌরে"— হায়না চৈবিখিবগী মশাং নাইখিল্রে। মুপী খীজ্রিবৈঙদা ঐবু বারকপিনবদি ইমা-ইপানা ওইরমই, অদুবু হোৌজিকতি ঐবু বারকপিনবা হায়বদো ঐগী মুপীসিনা ওইররে। তাখি — তোম্বুম্ব চপ চানা ঐনা তাব্রিবা ,দোপা অসিদা তারে হায়বা। ময়ুমদা চঙখিবা খুদিংগী মাপু মতুগী মীচৈতা চাবা কংঙে।

ঐখোয়গী য়ু থককমসিং তপ্না তপ্না 'ছুম ইতৈমা তরুবীখোয়দা তুঙলরে কাইনথংদা। য়াম্না কীনা অমম্বুং খোয়দোল্লা — হায়বদি, শিরগা শি চঙলগা চঙ, হায়না বাশকতুনা পোংমা সদ্ধ'প্লাইরমদা ইতৈমাখোয়দা ঐখোয় অছম — হায়বদি, তোম্বুগা য়াইমাগা ঐগা — ঐখোয় অছম অসি ফমলিবৈঙদা য়াইমনা বাদো হৌদোকখি — "ইতৈমা ওসিদি নখোয়দা থবক অমা তৌবতারে। নখোয় মপান খোরকম্বু। নখোয়গী মাঙ্গোলসিদা — অমম্বদা 'ছুম তৌজগে ঐখোয় অছুম।"

"করি থবকনোনো নখোয়না অমুক কীনা ঐঙোন্দা হায়রিবাসবু ?" — ইতৈমা তরুবীনা হংখি।

"করিস্নু নংতেদা। নখোয়তা মপান খোরকগু — অসিতনি হায়জবা।" — য়াইমনা খুমখি।

ইতৈমা তরুবীদো য়াম্না চিংননা য়াইমদা অমম্বুং ঐখোয় অনীদা ঙাইকাক যেংলগা ভাব তাক্রহৃদা মমাই লুকথরকপদা যাইমগী খোঙগ্রাউগী থাউদা লীক্লি হাপ্পগী অতোঙবদো উরুবদা ভাব থংতা তারকতুনা হায়খি — "ইহে, অসিগীদমক ওইরে ? নখোয়ম্ব ফম য়াম্না হাইগংশয়েদনা 'সিদি। লাও লাও, অত্থুগীদমকপু অমুক কব্রিগী মপানদা, অমম্বদা তৌগদগে। ইমুংদা, কুপ্পামময়াসিদা থাউমৈ-মঙালদা হেক্কতা তৌ। অদুগ ঐগী শরুকতদি থরা থাক্লমউ।" — ইতৈমনা হায়খি।

মতুগী মথংদগী ইতৈমম্বু তপ্না তপ্না ঐখোয়গা থকপসি য়াওহিল্ল-বুকখি। মতম মতমদা ঐখোয় অছুমতা লৈব্রিবৈঙদা য়াইমনা ঐঙোন্দা

হায়খি, — "সত্য ববন্সো, ইতৈমসি মহাও তংনিংখ্রে।"

"চখোদা, মসি'মা! হায়হৈদবা বা ঙাকতা...।" — ঐনা হায়খি। অদুবু তশেংবদি — য়াইমদা ঐনা হায়থোকখিদবগী বাত্তনি। অসিঙম্বা রাথল অসি ঐগী পুক্কিংদা মচি ক্যাংলকখিদবা নংতে। ঐগী পুক্কিংদা মতম কুইনা কুমহুনা খল্লুবা হু অমা ঙসিফাওবদা পেনিসিলিন ইঞ্জেকশন চা'যরক কাপতুনমু ফবা ঙমদহুনা লৈরি। অদুগা তোমুদি ইতৈমগী মনাক য়ৌরগা বা থোয়না ঙাঙদে। ভুমিন্না অয়াম্বা মতমদা ইতৈময়োমদা য়েংহুনা লৈ। মাসু ইতৈমগী শতুম মহাও তংনিংলিব্রা— করি হায়গনি?

থবাইদগী অঙকপা অমদি তপ্পা তপ্পা তোন্নুগা যাইমপা — ঐথোয় অহুম অসি পুল্লপ পুন্না ইতৈমা তরুবীথোযদা অমুক্কুদা কোযথে'কমিন্নবা অমম্নুং য়ু থকমিন্নবসি মুত্তিগী সন্ধ্যারাইরমদা অমুমুক তিন্নরম্বদগী চয়োল অমদা অমুক অনীয়ক — অশুম হায়না 'মুম 'মুম তংশিল্লকখি। তোম্মুহ মরক মরকতা লাকতুনা মুংখিন পোপোপতা ঐবু খিরখি "করিনো, উবা লাকপকা ফংখিদ্রে! ইতৈমাখোয়দা চংতুনা থিকই — লাকতেমকায়। ওম্বোক্লা চেকশিন্না পানখ্রে। তোম্বহুম ঙাইরে।"

তশেংবমক তোম্বা অসি ইউবু উবা ফংশিল্লকখিদ্রে। মা'দমক ঙাইহৌরবনি গঙ্গাজল মহাও তংত্রিবসিমু।

য়াইমহুন্নমক থবাইদগী উৎপাৎ তৌরবসি হেনখি — "হায, শক নঙবুনে! নতুগী শেঙথাও মন্নুংদগী ইহেনমক' হেন্দোককে হাযবসি খনখিব্রবা? ইতৈমনা শোলহৌরিবা লোয়রবনি।"

ঐ তশেংবমক ঙকখি, — ইতৈমা তরুবীথোয়গী ইমুংদা ঐথোয় অহম্মক ইতোম ইতোমত্তা · তোঙান তোঙান্না চঙনিংলিবসি করিগীনো? মথোয় অনীতমু নংতে, ঐমু নোংমা মী লৈনদবা মুংখিন অমদা ইতোমত্তা চংলুই। ইতৈমা মতোমদা লৈরমখি। ইতৈমনা থোয়না কমকল্লিংবগী

মতৌ উবদা ঐনা হংখি— " তোম্বু য়াইমাখোয়দু লাক-লাকখিব্রা ইতৈমা ? "

" খঙদেনে , মখোয়দুসু মোং-নীনি অসি উখিব্রে । " — ইতৈমনা খুমকখি।

অসিগুম্বা অচৌকপা মতম অমদা ইতৈমগা রারী-রাতাং য়াম্না শান্নিংলম্বনি। অদুবু ইতৈমনা কমক্লিংদবগী মতৌ অদু উবদা থোক্লিংদা থোক্লিংদনা " চৎলগে 'হুদি ইতৈমা " — হায়রম্লগা তুমিন্না থোরকখি। "কমখোদনা " — হায়বা রা'মতং ইতৈমগী মচিন্দগী য়াম্না তানিংলবসু তাবা ফংখিদে।

মথংদা ঐখোয় অদুম অদু তিন্না ইতৈমাখোয়দা চঙলুবদু অমুক্তসু থোকখিব্রে। ঐখোয় অদুম্মক মখোয়দা চঙবসি য়াম্না ইকাইনখি। মরক মরকতা য়াইমনা পুরকতুনা যু থকমিন্নরবসু অমম্বদা, লম্বী-ময়াদা মহী খরা খরা য়োংলগা লোয়শিনখি। য়াইমনা পুরবপা সিক্কাইগী অকদা যু অদু লোয়শিনখিবনা যু থকপসু য়াম্না লংলকখি।

নোংমা খুংথিল অমা ইতৈমা তরুবীগী মচানুপী — চহি মঙা তরুক শুরবী খুপী মচা অদু লাকতুনা পাউ অমা হায়রখি — " ইমানা হোরেন সন্ধ্যারাইরম অমুক্তা লাও হায়রে। "

" হোয হোয়, লাক্কনি লাক্কনি " — হায়দুনা খুংশিথুবা অঙাং অদুবু কোন্দুনা মথজাইদা চুপ্নগা " চৎলে। " হায়দুনা থাদোকখি।

সন্ধ্যারাইম অদো নোং যাম্না চুখিবনা লম্বী 'পুম্বা লৈখোম্না য়াম্না হোয়মই। চাত্তিন মচা'গুমা পায়দুনা অমম্বদা য়াম্না রানা চৎলমই ঐ। মখোয়গী হুকাক্লগী বিড়ি মপুন অমত্তংগা লইনিংলম্বনি, অদুবু হুকান অদু হাংলমদবনা লইবা ফংখিদে। ফুম্বিং-থাউদা বিড়ি মচৈ অশীদং নংতনা অতোপ্পা ম'ওংদা হাযববু পৈশা মথায় অমত্তমক ওায়খি। বিড়ি লইগে হায়দুনা পুরকখিবনি।

ইতৈমা তরুবী মচাম্বুপীহুবু চাক পীজরমই। ঐনা ইতৈমা হায়না কৌরুবদা মানা “ নঙ লাক্লুবা ? লাও লাও — ফম্মু ফুন্দাময়াগী ফকতুদা। ঐ অঙাংসে হুক চাক পীজখিগে। ” — হায়না হায়রকখি।

চাক চাবা লোয়রগা অঙাং অহু কুন্দাময়াদা মমাগা ঐগা বারী শায়রিবহুগী মনাকতা ঙাইহাক ফম্লগা তুম্লিংলকতুনা মমাগী মতম্বাকতা হাইথরকখি। ইতৈমা তরুবীশু অঙাংহুবু পুহুনা ফম্নুংদা হিপহল্লুরগা ঐগী ইনাকতা লাকতুনা অমুক ফম্লখি।

ইমুং অহুগী ফমুং-কান্নু গী ফি-রোন অহ নোংজু থাগা ওইবনে, মতম কুইনা শুরক চাম্লকতবগী হৌনবা, কোকফাই কাবগী নমথিবা মনম অহ ইমুং অহুদা হেক চঙলকপদগী ঐগী নাতোন অসিদা ফাউরম্লবনি। অহুবু থরা কুইনা ফমহুনা নমশিল্লক্রবহুদদি মনম অদো নাতোন অসিদা ফাউরকখিত্রে। ইতৈমা তরুবীনা ইনাকতা ফম্লবহুদগী ঐগী নিংদোল অসি থুঙ থুঙ চোংলকখি। “ বিড়ি লইগে হায়না থল্লুবশু নহোয়গী হুকানহু হাংলমত্রে। ইবেনশু লৈরমদে — কদাই’ চংখ্রবা থঙদে। ” — ঐনা হংখি।

“ ইমাদো ইন্দোমচা মশা ঙমদে হায়হুনা ঙাসাই অয়ুক চংখি। ঙসি হল্লক্রোই হায়রমই। অহু ধবলো, নঙোন্দা বা’মতং নীংথিনা হংগে তৌবনি। তেংবু উদবশু কুইরে। নহোযগা লোয়নহুনা লাকপশু উদে। নহোয়গা থৎন লাক্লহুনা তৌরম্রা ক’রিনো থঙদে। ” — ইতৈমা তরুবীনা হংলকখি।

“ থঙত্রে ইতৈমা, তোম্বদে — মানদি অকবা মপুক তম্না মীনিনা — ঐথোয়নগা থরা লমচং চুমদবনে — তিম্লনিংত্রবা করিনো থঙত্রে। লম্বী-লমথাঙদা উনরবকাউবদা থঙনদবা মীদোনা মমাই অমকোয়দা হাইদোকতুনা চংপা হৌরে। ঐথোয়মু মাগী মতৌলিদা ইকাইব’মা পোকলে। ঐথোয়নদি ওক্কবা মীনিনা ···। ” — ঐনা হায়খি।

" ভাইখো 'হুদি মীংকুপ'মুক্তং। " — হায়রম্লগা ইতৈমা তরুবী হৌগংতুনা কাংথাগী সনাপুল অত্তদগী চাইসেন অমদা কৱিনো মহী থম্না হৈদোকতুনা তেজ্ঞোং অমদা ঐগী ইমাংদা থম্লখি। " ঐনা শেম্বনি থবলো। ইহান হাম্বদা নত্তবু মহাও তংহনগে — ইতৈমগী খুৎসে চংনবা য়াম্লত্রা হায়না হংগে কৌবনি। " — হায়হনা ঐগী ইনাকতা কম্লখি।

মুগী মনম্না ইমুং অত্ত ৱা ৱা নিনখি। তেজ্ঞোং অহনা চুমজিং চাইসেনদগী কল্লগা ইতৈমা তরুবীনা লানাশিল্লকাখি,— " য়েংঙু সে, মহাও যেংঙু — ইতৈমনা শেম্বসি। "

তেজ্ঞোংকী য়ু অহ খজিক্তং চুপতুনা থক্লগা ঐনা হংখি— " ইতৈমা, নত্ত কদাইদগী অ সঙুম্বসি শেম্বা তম্লকই? "

"আসামদা মরূপ অফবা থম্না তিম্লকবদগী তম্লকপনি। থকলো। নত্ত' থকপা লোযরগা ঐম্বুক থককে। " — ইতৈমনা হাযখি।

তেজ্ঞোং অত্তু ঐগী খুৎতগী 'মুক লৌরগা ইতৈমা তরুবীনা চাইসেনদগী যু অত্তু অমুক কল্লগা খজিক্তং চুপতুনা থক্লগা হায়খি — " তোম্বগা য়াম্না উননিংবনি। মাবু উদবসে য়াম্নম্ন কুইরে। মাগী লুখ্রবা পোং অমা ঐগে ন্দা লৈরি। মাগী মপোং অসি মকম-মরাং খত্তদনা মাত্তখ্রনি হাযনা খল্লুবদগী লৈবা যাদহনা অ সামদগী লাকপনি থবলো। "

" কম্নি পোংনোনে ইতৈমা, অত্তুক লুবা পোং অহুবু? ঐখোয়' খত্তবা য়ারোইত্রা? " — ঐনা হংখি।

" কম্নিগী য়াদনি? নঙোন্দতং ৱা অসি তম্নমগে অমত্তুং পোং অসি মশক উৎলমগে হাম্লনা নত্তবু কৌবনি। " — মানা হায়খি।

" কম্নিনিনা 'হুদি?" — ঐনা হংখি।

" ভাইখো, অত্তুক কীংগংকহু। য়ুসে থকখো। ঐনা শেম্বা অহান্বা য়ু অসি নত্তবু পীথককে অমত্তুং পীথক্লগা পোং অসিগী মশক নঙোন্দা তাল্লমগে হায়হনা কৌবনি। থকউসে য়ুসি। ঐনা থক-খাক্ যুসি নত্ত

ছুক্কত্রা ? ” — মানা হংখি।

“ করিগী ছুক্কচনি ? কদাই ঐ থককে। ” — হায়ত্বুনা তেম্বোং-ভগী মাগী থকথাক্ যুম্ ঐনমুক থকখি।

মহুদগী ঐনা তেম্বোং অদু পীক থম্না চাইসেনদগী কম্লগা মাঙোম্দ-মুক পীখি।

“ অহদি চুপপু নঙ ’ঘোম নাকনদা। ঐ সোম নাকনদা চুপকে। ” — হায়ত্বুনা মানা হায়রক্লবদা ঐখোয়না তেম্বোংহু নাকন নাকন চুপমিন্নত্বুনা যু থক্লখি। তশেংনমক য়াম্না নুংশিখি ইতৈমা তরুবীদো। ঐগী খুং য়েং অদু অদুম হায়না যু থকমিন্নরিঙৈহুদা মাগী মরেংবানদা থমখি। মাম্ব মাগী মখুং অত্বুনা খুগী তোম্বেং অদু লৌথোকত্বুনা মথাদা থম্লগা মখুং অনীত্বুনা ঐগী ভকশম অসিদা কোনশিন্দুনা “ নঙসি ওন্থোক্লা নুংশিখে্দা সত্য ” হায়ত্বুনা ঐগী চিম্দাপ অনীসিদা মথোল হৌবমথৈ চুপ লাউনা চুপখি।

নোং অদু ঝম ঝম লাউনা কম্না চুরম্বদগী করম্না শরকত্তা থংকাং হাংখিবা থঙহৌরে। মিনিট কয়া রাম্বত্বুনা তাবদৌনা নৈরুরবা — কনানা থঙগনি ? লুম্ব লম্ব শাবা হকচাং অদু অহকী মতীক নুংশিনা কোমুগনি হায়বসি খনবা ওম্দে। ঐনা তাব তারকপদা মাগী মচিম্বাল অহুদা কম্না চুপত্বুনা নৈরমই। মীং অসি পাংথোকত্বুনা ঐনা ঙম্না কৌখি — “ ইতৈমা। ”

“ হং ” — মানা খুমখি।

“ করিনো — তোম্বগী অলুবা পোং অমা নঙোম্না নৈ হায়বত্বু ? ” — ঐনা হংখি।

ঐবু অমুক্তা মথাদা চেক্কেংনা কোনশিন্নগা মানা হায়খি,— “ মহু থঙলবদি নঙ অমুক হন্না লাক্লিংলোয় ঐখোয়দা। ”

“ কত্নিনোনে ’হবু ? ” — ঐনা হংখি।

" অহু ওইরবদি হায়রগে। " — মধা ফাথরকখি। " নোংমা অনুম হায়না নোং য়ায়া চুবা সুমিং অমদা তোম্বসি নখোয়বু থীবা লাক্লমই ঐখোয়দা। নৌনা হৌগৎলকপা পাখঙ ওইবগী তঙৌ-তঙৌরবা অমসুং শাজেন শাম্নবগী মরৈ মরৈ তাবা মাগী হকচাং অহু উবদা ঐগী থম্মোইদা খৌরাংবগী ঈথিল অমা পোক্লকখি। মাবু কৌশিন্দুনা ফমুংদা কমহল্লগা রারী শানা শানা নীপা ওইবগী শনিল অচ তোম্বগী মফমদা ঐনা কাওহনখি। করিসু খঙজদবা তোম্বদো ঈগী মহাও তংহল্লুবদগী অয়ুকী, সুংথিনগী, সুমিদাংগী — মী লৈনদবা মতমদা ঐগী ইনাকতা হেক হেক চেল্লকখি। মাবু হিংহল্লিংবগী মরমদগী মানা ঐগী ইফমদা তমজখিবা খুদোল অহুনা লেম্না মাওলয়োইদবা উরবত্তুদা ঐসু থবাই হিংনবগী লম্বী য়েংহুনা আসামদা য়ুম পাল্লুবনি। হৌজিক লৈরিবা ঐগী সুপীমচাসিমক তোম্বনা তমজখিবা খুদোল অহুগী অরেপ্পা শরুমনি। মসিতং লেম্না মাংহল্লিংদবনা ঐ অমুক হল্লকপনি মফম আসদা। ঙসিদগী হৌনা ঐ য়ুসু য়োনবা হৌরবনি — মসিবু মী ওইনা শেমনিংবনা নহোয়না লাকত্তুনা মরক মরকতা ঐঙোন্দগী য়ু লৈরম্রবদি ঐগী সুপী মচাসি হিংলোইদোরে। মপানগী চুকান অসিনা ইমুং আসি চৎপা য়ারকত্রে। "

মাগী রাদো তাবদা ঐগী হকচাং অসি থংইং ইংথখি। তপ্পা তপ্পা হৌগৎতুনা ঐনা হায়খি — " করে ইতৈমা, ঐ হৌজিক চৎলগে। লাকনি ঐ। "

পুক্লিংদা ঐগী কিখিবগী মপাল লৈরমদে। কনানা খঙগনি — করি থোক্লগবা ঐগী ইরাইবকতসু ? বিড়ি অমা ইতৈমা তরুবীদা পীরম্লগা বিড়ি অমা চিংল চিংলহুনা ঐ মখোয়দগী থোরক্লমই। পুক্লিংগী অকিবা মপৈ অহু নোংমা নোংমগী অসুম চাউশিল্লকখি অহুবু ইরাইবক ফবদগী করিগুম্বা দোপা অমতসু নঙথিদে।

মহুগী সুমিংতুগী মতুংদা তোম্বুগা য়াইমগা ভিরম্নহুনা মশীং লাকঙমদনা

চঙলি য়ম্বোয়দা। মুতিগী, অয়াম্বা সন্নাবাইরমদা চৎতুনা মখোয়দা মু থমই। মাগী মুনাকেতদদি অমুক হন্না চঙলুক্রে। ঙসিকাওবদা ঐখোয় অহমসি হোন্‌ন হৌনহনা অহুম চৎলি মখোয়দা মু থকপা। চৎপা হেক খুদিংগী হুপীমচাহুগী কয়িগুম্বা অমা পুক্রবদি পুক্লিং অসি হুত্তাইরকতে। তোম্বগী মাইখোঙগী মুংশিরবা মাশিংহু হুপীমচাহদা য়াম্না নীংথিনা নপলি। ময়ক ময়ক্তা থল্লকই, তোম্বদো কাতনা পুরক্লগা অমুক্তং য়েংহনগে হুপীমচাসিবু, — " থঙম্না য়েংঙু। "

অহুম তোম্বদো ইউবু উনখিরে। উনরবসু থঙনদবা মীদোনা থৈদোকতুনা কৌন কাঙনদনা চৎনরে — মহাক অসি ঙশেংবমক ঐখোয়গী মরুপ হায়বদো নৎত্রবশুম।

## মীংথায়রবা পুন্সী

কোন্সম জয়গোপাল

জাহ্নবী অমসুং যমুনা মতুং মমায়বীনি। মহোয় অনী স্কুল অমত্তদা ওজা ওর্য়মিন্নৈ। জাহ্নবী ময়ুম পাল্রি। মীৎয়েং নায়েং, বাঙাং শাঙাং, কিজেং শাজত্তা মেন্দাত্রিবা বাথলগী মমি অমা তশেং তশেংনা উবা ফংই। অহংগা যমুনানা ময়ুম পান্নবী মো নহানি। মচা চেল্রি। ঈশ্বরনা পীরকপা মহৌশাগী ফজবা অমনা মাগী থম্মোইগী পেন্সবা বাথলগী মমিবু মনহত্তুনা থমখি।

থাংজা হুমিংনি। স্কুলসু তত্তানা ছুটি ওয়খ্রে। মহোয়নী বারী শাহ্না ময়ুম মবুময়োমদা হল্লক্লমই। অপনবা সিনেমা হোলগী মমাঙ য়োয়কপদা জাহ্নবীনা যমুনাবু সিনেমা য়েংখিসি হায়না হৌখি। যমুনানা খুমখি, "য়াম্নদি য়েংনীংই। অহুবু ইপুরোইবনা যুমদা — ঐগী হল্লকপা লম্বীদা ঙাযহ্না লৈরমগনি।"

— "নঙগী অহু অদা থঙদে। ঙসিদি য়েংথোকথসি। ঐ য়াম্না য়েংনীংবা অমা তৌরি।"

যমুনাসু "করে অহুমঙায়" হায়হ্না য়াথোকখ্রে। শে। লোয়হ্না খোয়কপদা অময় অঙাল শীন্নরমখি। লম্বীদা ইলেকট্রিক লাইট থানগৎ-লমখি। মহোয়নী মাগী মাগী লম্বীদা হন্নখি। যমুনানা লম্বীদা থনখি, "ঙসিদি ইপুরোইবগী খোঙ্গী তাবতারে। লৈকায় শারা শনবতারে।"

কোম্মোং হাংদোক্কনা হেক চঙবদা উখি, মপুরোইবা সুত্তিগী কক্ফমদা ইজিচেয়ারদা ফমহ্না লৈরি। দাম্নি হোক কাথৎপদা ভগীরথনা

কৌশিল্লুনা হংখি, " কদাইদা চংলুই ? কনাগা চংলুই ? "

যমুনা মপুরোইবগী মীচৈ কিবনা য়াম্না রা ঙাওঙমদনা ইমুংদা চুমত্রিং চঙখি। মখি মরোল হোংদোক্লুনা ধূপ-পর্ত্তিং থাদোক্লুনা চাকথুমদা চা লোনবা চঙখি। চা কপ অমা পুথোক্লুনা থোরকপদা মপুরোইবগা শকথঙদবা নীপা অমগা রারী শাহুনা লৈরম্বা উখি। নীপাহুগা রারী শান্নবদা মপুরোইবগী থম্মোই মকা লাম্না হরাওবা উখি। যমুনানা টেবিলদা চা হেক থম্বদা ভগীরথনা যমুনাদা পরিচয় পীখি, — " অসিনি হেমন্ত হায়বদো। মরক মরক্তা ঐনা নঙোন্দা রারী তৌবা নীপাদো ঙসিদি মথোঙনা থিহুনা লাক্লুনা থঙনরম্বে। " অদুদগী হেমন্ত যমুনা মথুং লোয়না নমস্কার তৌনখি। যমুনা হেমন্তগী চা কপ অমা শেপ্পগী দমক চাকথুমদা হন্নমুক চঙখি। মরূপ অনী রারীদা হুন্ডাইখি। অমনা অমবু হংনবা লোয়বা নায়খিদে। ভগীরথনা তমখি, — " য়েংঙু হেমন্ত - ঐগী থোঙসে। চহী অমমুক মমাঙদা অনাবসে চোঙথোরকখি। ডাক্তারদা য়েংহল্লুবদা কেন্সারনি হায়রে। থোঙসে ককত্রবদি মহীরা হকচাং পুম্বা শীনখিবা য়ায় হায়খি। অদুদগী ডাক্তারনা থোঙসে থু-কাও ককথংখে। হৌজিকসু পুংকা ফবা ঙমদ্রি। থরাঙদা চৌক্লি। হকচাংদা অরুম অমা ইচেন্তা চেল্লি। অদুদগী কলিকাতাদা চক্লুনা ডাঃ বনার্জীগীদা য়েংহল্লুরে। ডাঃ বনার্জীনা হায়রকখি পোস্টেলদা রিপোর্ট পীরক্কনি। অদুদমুক করি হায়রবা থঙদ্রি। ঐগী হকচাংসে শা-ঙাওম মচেং মচেং ককে হায়গদৌরিব্রা ··· ? ঐনা হীংবগী অর্থ লৈদ্রে হেমন্ত। "

ভগীরথকী রারী তাবদা হেমন্ত মমীতগী মপি তংং তরুং শীন্থখি। তাঙাহুদা যমুনানু চা কপ অদু টেবিলদা থন্নগা য়ুথল মরুমদা লেপ্লুনা মরূপ অনীগী রারী তাখি।

মরূপ অনী ঙাইহাক তুমিন তুমিন লৈনখি। ভগীরথনা হায়খি, — " হেমন্ত, নঙগী থবক গৌহাটীদা ট্রেন্সফার তৌরক্লে তাবদা হুন্ডাইরে।

হৌজিক কদাযদা লৈরি ? ”

— “ হোটেলদা লৈরি। রুম ভারা ফংত্রি’ফাও অতুদা লৈখিবা তারি। ”

— “ করিগী হোটেলদা কাক্করি ? অনিদা চুমথ্রিং লাকপা য়াত্রা ? ঐগী খুমমসিদা কা অমা হাওত্থনা লৈরি। নঙ অসিদা লৈবা য়াগনি। নঙনা ইনাক্তা লৈরবদি তুতিগী রারী শান্নবা ফংগনি — ঐগী অর্বাবা মীকুপ অমত্তগী ওয়রবস্ত কাউথোকপা ওমগনি। ”

ভগীরথকী রাফমদা হেমন্তস্ত য়াখে। হেমন্ত থুনা য়াওনা চৎখিহনা রিক্সানা হোটেলদগী পোৎ-চৈ লৌরুরে। শরকতুদা যমুনাস্ত চাক থোংবা লোযখে। মরূপ অনী ফম্মিন্ননা চাক চামিন্নখিবা যমুনানা যেংওগা পেনখি। অতুদগী যমুনাস্ত চাক চারগা চাকথুম লোইশিন্দুনা হিপকম কাদা চঙলকখি। ভগীরথনা যমুনাদা হেমন্তগী কাগী থোঙ হাংদোকপিউ তায়খি। যমুনা হেমন্তগী কাগী থোঙ হাংদোকপিহনা থাউমৈ চুখৎখি। হেমন্তস্ত মপোৎ-মচৈ থাংশিনখি। হেমন্তনা কম থানা থানা যমুনাদা ওন্নশিন্দুনা হায়খি,— “ ভগীরথকা ঐগা পীক্লিঙৈদগী তিন্নরকপনি। ইস্তুং ইমান্নবনি। ঐথোয়নী অহনা মিং কানা কৌনৈ। অদোস্ত করি হায়না কৌগদবা খঙদ্রে। ”

“ ঐঙোন্দস্ত মিং কানা কৌবদা যেরা লৈত্তে। ” — যমুনানা থুমখি। অতুদগী যমুনা মাগী হিপকম কাদা চঙলকখি। ভগীরথ মমাং যমুনাদা শংত্রিক যেংলগা হংখি, — “ যমুনা নঙ ওসাই কদাইদা চৎলুবা হৌজিক ফাও’ তাকত্রি। ”

যমুনানা তাইকেং মপুরোইবগী মমাং অনীদা খেংবদা অপাউবগী ইরাং অমা উখি। মপুরোইবনা শাউরক্লবদি লাও থোংহনা চৈরকনি। ফৈজ ফজদে খঙলোয়। লৈকায় শাখা শনগনি। অহুনা যমুনা মচিন থীখি মপুরোইবগী মফমদা, — “ স্কুল’ সেক্রেটারীনা ময়ুমদা থবক অমা লৈ

হায়জনা কৌহনা চৎলুৎবনি। ”

—“ নঙগী সেক্রেটারী লমহৌইদো! মহুমদা করি থবক লৈহনা নঙবুদ্ধা ঙাইহাক লৈতনা কৌরিবনো? ”

—“ স্কুলগী ময়মদনি। মহাক্না কৌবদা চৎলুজ্রবদি শাউহনা ঐগী থবক ককথৎখ্রবদি কদায়দগী পৈশানা ঐখোয়গী সংসার চৎকনি? কদায়দগী পৈশানা নঙগী লশা লাইরেংগনি? অহৃতহু নত্তনা মঙনা হুতিগী থক্লিবাচু কট, হুইস্কিতগী পৈশাহকাও' কনানা পীবিগনি? ”

পৈশাগী বা তাবদা ভগীরথকী অশাওবা হন্থখ্রে। মশাদা অনা-বসি'মা চোঙথোরকপদগী মহাকী অহূক ফজবা থবকহুম চংখ্রবনি। পৈশা থরা তাঙবস্বা অহৃম্ন পুনদগী ঈশিং থায়বগুম থায়দোক্লনা লাই-রেংখিবদা কংখ্রবনি। অহৃদগী যমুনা সেক্রেটারীদা হায়জহনা স্কুলগী ওঝা ওয়খিবনি। অহুনম্ন মেনবা ঙমদহনা যমুনাগী মঙকশমগী ম্না-লিকোল পুম্বা য়োনখ্রবনি। অহুগী মথক্তা মাগী কায়বা য়াত্রবা হুইস্কী! নত্রগদি মশা পুম্বা চাকই।

যমুনা মপুরোইবনা তুম্মমদাযদা থক্রবা গ্লাসদা হুইস্কী কৈনা হৈনা থনখি, —“ ঙসিদি ইপুরোইবগী মফমদা চীন থাঁরে। ঈশ্বর, নঙদি উরিনি। নোংমা ইপুরোইবনা ইংথরক্লগা মথোঙ পায়হনা খুরমগনি। ঐগী পাপকী প্রায়শ্চিৎ তৌগনি। ”

ভগীরথ হুইস্কী গ্লাস অমা থক্লনা চনীং তাখি। মশাগী অচীকপা অনাবা মীকুপ অমত্তগী কাউথোকখি। অহৃদগী যমুনাম্ন কাঙথল থাদহনা মপুরোইবগী নাকন্দা হিপথখি। ভগীরথ মীৎকুপ্তা অপনবা পন থুগায়-লিংখি। যমুনানা মথুৎ পায়হনা থামহনা হায়খি, —“ ডাক্তারনা করি হায়রকই কাউরব্রা? ”

হুমিং চুপ্পা শায়বদা রাজরবা অঙাংনা অহীং কমদা তাবগা তুমথখি-বগুম হুমিৎ চুপ্পা শূবা ঙানবদা রাজখ্রবী যমুনাম্ন কম্মুংদা তাবদা তুমখ্রে।

ভগীরথ যমুনাগী পোমশাংনরবী থম্বাল মাল্লবী মমীৎ অনীচ্চ মুমা য়েংলগা থনখি,— " ঐদি হৌজিকফাও' তূম্বা য়াম্রি। "

নোং ভাল্লক্রে। নোংপোক অতিয়াদা কোরৌহনবগী ভাঙ্ডানবা কুচু তশেং তশেংনা উবা ফংখি। যমুনাদি মপান্দা থোরক্লনা ইরুজহনা লোয়রখ্রে। চাকথুমদা চঙহনা চা লোনথংখ্রে। চা কপ অনী ট্রেদা হাপ্লনা পুথোরকখি। মপুরোইবগী ফম্মুং মনাক্তা থারিবা টেবিল মচাহুদা চা কপ অমা থম্মমখি। চা কপ অমা পায়হনা হেমন্তগী থোঙদা কোক কোক ক্লয়ই। হেমন্তনা থোঙ হাংহনা হেক থোরকপদা যমুনাগী ফজবা শক্লমা মাগী অচৌকপা থম্মোইদা মযি অমা চিংখি। হেমন্তনা থনখি,— " যমুনা তশেংবমক স্বর্গগী অপ্সরানি। মর্ত্যদা অভিশাপ কোরবা থরনি লাক্লিমায়ে —। " থঙহৌদনা মীৎ মযি চানখি।

যমুনা য়ুমগী থবক প্রপ প্রপ লোয়শিল্লগা চাক থোংবা চঙখি। মপুরোইবগী চাক কুপশিন্দুনা থম্বিরম্লগা হেমন্তবাবুদা চাক লোইরে— তাকখি। মহোয়নী চাকথুমদা ফমহনা চাক চামিয়খি। অফিসগী রারী, স্কুলগী রারী মতং মতং থরা শায়খি। অহুদগী মহোয়নী মাগী মাগী লম্বীদা থবক চংনখি।

লম্বীদা যমুনা নোংমতং হেমন্তগা রারী শায়খিদে। হেমন্তন্থ ভগীরথ-গীদা লৈবা মুমিং মরিনি ভখ্রে। হেমন্তবু মনাক্তা ফংবদা ভগীরথ মুভাইখি। ভগীরথনা হেমন্তবু মাগী ফফম মনাক্তা কৌশিন্দুনা রারী রাতাই শায়হনা লৈমিন্নবদা মুভাইখি।

নোংমদি হেমন্তনা ভা অচৌবা অমা লৈরকখি। যমুনাম্থ চাকথুমদা চঙখ্রে। হেমন্তবু কৌহনা হায়খি,— " ঐ ভা অচৌবা শেম্বা মুভাইজদে। থম্না শেমদোকপিউ। "

হেমন্ত চাকথুমদা ভা শেমগংখি। যমুনাম্থ চাক থোংখি। হেমন্তনা রব হৌদেকখি। যমুনা হেমন্তগী রাম্বীদা থরায় চঙখিদে। অচবু

হেমন্তদিঙা শেম্বা লোয়রগনু মনাক্তা মুরা অমদা ফমহনা রারি শাখি। ভগীরথন্থ চৈত্ত গুর-গুরহনা চাকথুম তম্না লাকখি। চাকথুমগী খোঙজিন্দা লেপ্লগা " চুরুট চমগে, মৈ পীয়ু " হায়রখি। যমুনানা মৈ লাপ্তোকখি। মপুক্লিংদা থনখি — " মনাক্তা মৈথেং লৈরোঁব্রিবনি। কয়াদা তম্রবনো চাকথুম তায়া মৈ লৌবা লাক্লিবা ! " চুরুট চয়গা ভগীরথ মাগী কক্ষম য়ৌনা চঙখি। হেমন্তদি চাকথুমদা অহুম ক্ষমহনা লৈহৌখি। যমুনা অয়োয়বদা হায়দবা য়াদহনা হায়খি, — " হেমন্তবাবু, চাক থিদোক-চরগে। মক্সপবুস্ত চাক লোয়রে তাকপিরুরো। "

অহীংহুদা ভগীরথনা যমুনাদা হেমন্তগী মরমদা রা থরা হংখি। চুমতা হংবত্তা নত্তনা মাগী আত্মমর্য্যাদাদা শোকপা রাহৈ কয়ামুক ঙাঙখি। যমুনানা গত্তি লৈতহনা থুমখি, — " নঙবু করম্বা ভূতনা শারকপনো ? "

মথংগী সুমিত্তা পূং অমা-মথায়য়োম তাবদা স্কুলগী পিযোন কোহীয়ামনা কমনরুমদা যমুনাদা হায়রখি, — " ইচে, কনানো নীপা অমনা ইচেবু ভিজিটর্স রুমদা ঙাইরি। " যমুনাস্থ কনা ওয়রিগবা, য়ুমগী করম্বা অরাম্বা পাউ লৈরমগদ্রা হায়হনা প্রপ প্রপ চঙখি। খোঙগী য়ুখল মচি হেক কাওথংপদা হেমন্তনা " হেলো যমুনা, নঙবু ঙসাইদগী ঙাইরি-বনি। অরুবা রায়ী অমা লৈ। " — হায়রকখি।

— " অসিদা হায়বা য়ারোয়দ্রা ? "

— " নত্তে যমুনা ; ছুটি লৌথোকও। মপান্দা চংসি। "

যমুনাগী রাথল মতম পুম্বদা মপুয়োইবগী মরমদা তংতাকম খঙদহনা লৈরম্মী। মপুয়োইবগী মরমদা অরুবা রাঙী অমা ওয়রম্বস্থ য়ায় নীংহনা হেড মিষ্ট্রেসদা চত্তুনা মতুংগী প্রিয়দগী ছুটি নীরুরে। জাহ্নবীদা মথংগী ক্লাশ থরা লৌবিউ হায়রম্লগা থোকখে।

লম্বী য়োরকপদা যমুনাগী রা ইতা তাদনা হেমন্তনা রিক্সা অমা কৌখি। যমুনাবু কাথংলু হায়খি। যমুনাস্থ কাথংখি। হেমন্তস্থ

কাখৎলক্লনা রিক্সাবালাদা হায়খি, — "কোর্টরোমদা চৎলু।"

কোর্টকী মনীংদা অচৌকপা লম্বীরোমদা হেমন্তনা মাঙজিংহনা চৎখি। ব্রহ্মপুত্র তুরেলদা হিনা বাংমদা মী লাম্হোক লানশিন তৌবা উবদা হেমন্তনা যমুনাদা হায়খি,— "যমুনা, ওসিদি বাং'দা কোয়রুসি। অসিদগী হেন্না অচৌকপা মফমদা ওসি নঙগী কোয়নীংই।"

— "ঐ শাংনা চৎপা ওম্মরোই। কম্বি রারীনো অসিদা অদুম শাবিরো যমুনা তুরেল মপান্দা নুংপাক অমদা ফমথখি। হেমন্তসু মনাক্তা ফমথখি।

ঈচেলনা ক-ত্রিষৈ— ঈচেলনা ঈহৌরকপদা পল্লা নীংখায়রকপগুম যমুনাবু মনাক্তা অচৌকপদা ফংবদা হেমন্তগী থম্মোইগী বা মপান থোক্লা যমুনাবু তাহন্নিংখি। হেমন্ত খঙই, যমুনাগী অকনবা পুকচেল। অদুবু, মীওইবগী অকনবা পুকচেল মরুওদা কনানসু খঙদবা অশোনবা বাখল অমা মরুম থুপ্পা লৈ হায়বসি হেমন্তনা খাজখি।

হেমন্তনা হংখি যমুনাদা— ভগীরথকী বারী। যমুনা মপুক্লিং মুংশিনা তমখি,— "ঐ — পাক চাউরবা সংসারসিদা হীংবগী মুওাইকম খঙদ্রে। ঐগী পুন্সীগী অর্থ কদায়? ইপুরোইবগী পুন্সীদি লৈদিন্না কুপশিন্নরুবনি। অসিদসু ঐনা হীংলিবসি মাগী মফমদা মুংশিবা মচেৎ অমত্তগীনি। নত্রগদি ঐগী থম্মোইসি লৈকংলা ওয়থ দবনি।" অসি হায়রগা যমুনা কপখি। মমীত্তগী মপি তাপ থীংবা ওমখিদে।

ভাইহাক তুমিন্না লৈরগা হেমন্তনা হায়খি, — "যমুনা, মুপীগী পুন্সীদি লাইক্তা ঈশিংগুম্বনি। মশাগী মরম্লাই-মওং লৈজে, ক্ষীরেপ লৈতে। অদুনা নঙ ভগীরথবু থাদোক্লনা পুন্সীগী আনৌবা শক্তম খনবা ওমদ্রা?"

— "হেমন্তবাবু, ঐবু লাম্না থনবিয়ু। ইপুরোইবগী পুন্সীদা কেন্দ্র তৌদুনা ঐগী পুন্সী লৈই চিংলিবনি।" অসি হায়রগা যমুনা হৌগত্লনা

চংখ্রে। হেমন্তন্থ মক্তুং ইন্দুনা খরা চংলগা থাপতোকখ্রে।

মখোঙনা ময়ুম য়ৌনা লাকপদা থেঙখ্রে। মপুরোইবা মুতিগী কক্ষমদা কমন্থনা লৈরমখি। যমুনানা থম্মোইদা কিখিবনা খোঙথাং কল্লা থাংশিনবা ঙম্মদে। মপুরোইবনা মনাক্তা কৌশিনখি। যমুনা বা অমত্তা ঙাঙবা থোক্তনা কিরম্বনা লেপ্তুনা লৈখি। ভগীরথনা মমীং অনীবু মুম্মা য়েংলগা হংখি, — "হেমন্ত-হুইদি কদায়দা চিংথখ্রে? য়ুমদা লোয়রবা হুইকাও' মপুবু নমথাক তৌদে। মাদি মরূপ শান্নরগা ঙম্মি।"

ভগীরথকী মমীত্তা অশাওবা উখিদে। য়াম্না লূম্না, লেম্না কমন্থনা লৈখি। যমুনা ঙাইহাক মপুরোইবগী মনাক্তা লেপ্লয়গা ইমুংদা চঙখি। হেমন্তন্থ হজিল্লকখি। ভগীরথনা মন ক্তা কৌশিন্দুনা রারী শাখি।

হেমন্ত অমসুং যমুনাগী বা ভগীরথনা হান্নদা থঙখি। পূং অনীরোম তাবগীদ্বাইদা লৈকাইগী নীপামচা মহেন্দ্রবু "যমুনা খরা কৌরুতো, কলিকাতাদগী অরুবা পাউ অমা লাক্ই" হায়দুনা স্কুলদা থা-রুবনি। স্কুলদা যমুনা উত্রবদা জাহ্নবীদা হংঙ্গনি। জাহ্নবীনা হায়রকপনি।

অহীংত্তদা নোংস্থ ঝম ঝম চুখি। অতিয়াগী তরামন্নিনি পানথা থাজস্থ অমুবা নোংনা কুপশিনখিরমই। যমুনা থোঙ চেংনা লোংশিনখি। মপুরোইবগী দমক হুইস্কী গ্রাসদা থবা হৈরগা ঈশিং থরা য়ানশিনগে তৌবদা ভগীরথনা মথুং পায়দুনা থাংলগা হায়খি,— "ঙসিদি ঈশিং হৈগদ্রু। অশেংবা হুইস্কী থকনি। ঐগী থম্মোই কংজে, থৌনাউ কংজে।" অসি হায়রগা ভগীরথ যমুনাগী মথুত্তগী গ্রাস লৌরগা মমীং উইশিন্দুনা গ্র গ্র থকচিনখি। যমুনা তিঙক তিঙক মন ক্তা লেপ্তুনা লৈখি। ভগীরথনা যমুনাগী মথুং পায়দুনা চিংশিল্লগা হায়খি, — "যমুনা, নঙ ঐগী শ্রীমতিনি। থম্মোইগী ফজবীনি। হল্লকী মপেংক্তা ঐনা নঙবু য়াম্না রাকল্লে।"

যমুনা মপুরোইবগী মথাদা মমাই লোত্তুনা কপখি। নোংতাজগা

ভগীরথ মাগী কন্ফমদা চংখে । স্কুলসু ছুটিনি । যমুনা মমগী শিং-চাম্বা হোৎনরম্মী । ভগীরথনা যমুনা অমসুং হেমন্তবু মনাক্তা কৌশিল্লগা হায়খি, — " ঐনী মগু হা মুগাইতে । নংহায়নী কামাখ্যা থুরুম্মা চৎলুচো । মেলাসু থোকই । "

যমুনানা হেমন্তগা লোয়ননা চৎপদা যাদিংদবা মগুং উৎলকখি । অদুদা ভগীরথনা হায়খি, — " চৎলুচো যমুনা । ঐখোয়গী মঙ্গলগী দমক্লি । ইপুরোইবগী য়াথং পুদুনা থুরুম্মুচো । মঙ্গল নীরুচো । "

মঙ্গলগী দমক্লি থল্লুবদা যমুনা য়াখি । উপ্পদগী কি অশেংবা পুথোক্নুনা শেগু না হেমন্তগা তুংথ মাঙথ থোকখি । ভগীরথ কমদুনা উবিএম্থ য়েংদুনা লৈহৌখি ।

সিটিবাস তোংদুনা মহোয়নী কামাখ্যা চীংথোঙ য়ৌরকখি । হেমন্তনা হায়খি, — " যমুনা, থোঙনা কাসি । থাইনা থাইনদি ফল ফংবগীদমক মী থোঙনা তীর্থ চৎনরমই । "

ফল চাউনা ফংনিংবনা যমুনাগী থম্মোই শুমহৎখি । অবাংবা চীংদোল থোঙনা কাখৎপা হৌখি ; যমুনাগী মকমদা চীংগী লম্বী কাখৎপা রাখি । হেমন্তনা মরক মরক্তা মথুৎ শমগন্তুনা পুথৎখি । লাইশঙ য়ৌরমদাইদা উথোঙ অমদা যমুনা পোত্থাখি । হেমন্তসু মনাক্তা কমদুনা পোত্থাখি । লাইশঙ য়ৌরবদা মীনা মদুঙদা ক্রিক ক্রিক ঈরুনা চঙনরমই । যমুনাগী মথুক্তা হৈ-লৈ পায়রমই । যমুনাবু মাঙদা চৎহল্লগা হেমন্তনা তুংদা মীরক্তা লাই থুরুম্ফম য়ৌনা চঙশিনখি । যমুনাগী পাক্কা , ওইনা তুংদগী হেমন্তনা মরেঙবান পায়দুনা মী শাকথোক্নুনা চঙশিনখিরম্মী ।

লাই থুরুমদুনা থোরকপদা যমুনাগী মপা হুম্বাংনা পুমচোৎ চোং-খিরম্মী । মপান্দা ওাইহাক কমদুনা পোত্থাখিরগা মেলা য়েংবা চঙখি । মেলাগী মীনিলদা যমুনা ভাব মেন তাদুনা হেমন্তগী খুজেঙ পায়দুনা চৎলমই । যমুনা অঙাং মচাগুম অচ পোং লইদুনা শংচাম্বা চাখি । অঙাংদিগী শায়নবা পোং-চৈসু পংলৈ লইখি । অদুম্বা ওাইহাক কোত্থমিন্নরগা

হেমন্তনা হায়খি,— " যমুনা, চীংচেপ্তা চত্তুনা তমগী দৃশ্য য়েংঙ্গসি। "

যমুনা মহু চেমবা নীপাগী রাখল পুমকাউ কাউথোকখি। চীংচেপ্তা চৎলগা অথাপ্পদা তমগী দৃশ্য য়েংহুনা পোথাম্লিন্নখি। ব্রহ্মপুত্র' থোং লান্নুনা ট্রেন অমনা চেল্লিবা য়েংহন্দুনা হেমন্তনা হায়খি, — " যমুনা, ঙাইহাক লৈরগা এ, টি, মেল গৌহাটীদগী থারনি। ঐগোয়না অহুদা তোংহুনা ভারতকী কাচিন অমদা চৎখ্রসি। মীরা-মীশা তাবদা মফমদা পুন্সীগী অনৌবা মহাও থীরুসি। "

যমুনা তুমিন্না লৈখি। চহী মত্তাংগী ঈনিলনা যমুনাগী ইন্দ্রিপুম্বা শুমহৎখি। যমুনা মচিন থোকখিদে। মীৎনা মরোল পীখি। হেমন্তনা উখি — যমুনা ঙসিদি খৌরাংলে। হেমন্ত থম্মোইদা হারাওনা থনখি —ঈচেলনা ঈপাক তমজবনি।

অহুদগী টেক্সি অমা তোংহনা গৌহাটী ষ্টেশন যৌরকখি। টেক্সিদগী কুমথবদা লম্বীদা যমুনানা উখি — হন্নুবী অমা মথোঙ যাওব্রবা অহল অমবু গাড়ী মচা অমদা হাপকৎলগা কোউইন ঈন্দুনা পৈশা নিম্নি। যমুনানা বেগতগী পৈশা তরা পুথোকতুনা হন্নুবীতুগী মখুত্তা পীরগা হংখি, — " হন্নুবী, নীপাসে নঙগী করি থোকই ? করিগী মখোংঙ তনী ককখ্রিবনো ? "

হন্নুবীহনা কপ্পা কপ্পা খুমখি, — " ইপুরোইবনি। লেপ্রোসি অনাবনা মথোঙ অনী চাখ্রে। ইচা ইন্তনসু শন্নবা কত্তে হায়হনা ইম্বোকপীরক্লে। মন্নায়সু তাম্বোকপিরক্লে। ঐদি থাদোকপা শুমদহুনা কোয়পু পুহুনা চৎলিবসিনি। পুন্নমক ঈশ্বরগী লীলানি। "

যমুনা অহুদগী হেমন্তদা হাংখি, — " হেমন্তবাবু, নহাক নথন্তা চৎপিরো — নহাক্না চৎলীংবা মফমদা। "

অসি হায়রগা যমুনা মমায় লৈথোক্তনা চৎকে তৌবদা হেমন্তনা খুজেং পায়হুনা থামখি। যমুনানা হায়খি,— " মীনা মীবু নমথাক

তৌবাঙম্মগনু ইশাবু ইশানা নমথাক তৌবা ঙমদবনি ॥"

অঙ্কদগী যমুনা মনাক্তা লেপ্পা টৈক্সি অমা তোংহুনা মমুংমোম্মা প্রেপ প্রেপ লাকখি। থোজান্দা রিক্সা অমা লেপ্তু না লৈবক্তা উখি। মমুমরোমদা য়েংথোক্ষখিবদা কুলি অমা মপূম্বোইবগী পোৎয়োম পায়হুনা মপুরোইবগী তুংদা লেপ্তু না লৈবা উখি। যমুনানা ঙক্না হংখি,— "নঙ কদায়দনো ? "

ভগীরথনা কুরিৎ-থাউদগী এনভেলপ অমা পুথোক্ক না য়েংহনখি। যমুনা হাংদোরক্লপদা খঙখি, — "ডাক্তারগী রিপোর্টনি। "

— " করি মুমিত্তা থুংঙবনো অসিদি ? "

— " ঙরাং থুংঙবনি। "

—" ঐঙোন্দা করিগী তাকতবনো ? "

—' করি হায়না তাক্কনি, তমগনি ? মরোলদি নঙম্ হৌজিক খংঙেদনা ! অহনা ঐনা নঙবু মুক্তি পীখিবনি অযুক্তা। "

যমুনা মপূরোইবগী মথোঙদা তাহুনা কপখি। ভগীরথনা মক্কোকতা নাম্থিবিহুনা হায়খি,— " কপকমু ,' হৌগৎলো। "

# ইপন ডাক্তারগী চুই

ইচবিশ্বাবম বঙ্কিচান্দ

ঐ মতমচুদা পিক্লি। ক্লাস ফাইভ নত্রগা সিক্সকুম্বদা তম্লম্মী। সন্ধা খুদিঙগী ঐ ইপন ডাক্তারখোয়দা ৱারী তাবা চংলম্মী। ইপন ডাক্তারসি মী লাইয়েংবা হৈরমদবা য়ায অচুবু মন, ঈরোই, চুইগুম্বা যুমশাদি য়াম্না থম্নাই য়াউনা লাইয়েংঙি। সাইকল অমনবা অমা থৌরচুনা হথু তাথ চংকনি। ময়ামম্থু খঙবিরিবনি— ডাক্তারবু ওইরবদি নীংগী কেরিয়'রদা শঙউনগী বেগ অমা পুরমগনি হায়বসি।

হন্নুবা হন্নুবীগী সংসারনি। মচা নীপা অমা লৈরম্বম্থু শিখ্রে হায়। হন্নুবীনা হুমিং খুদিঙগী ঐগীদমক কৈথেলদগী কাংস্তবী খোইবাক্না চিংবা লৈবিরকখি। চীন্দা ঙমোক উম্বনা পোমথে ক্লবা ঐগী খজাইড়দা চুম্বনা মন্নুংদা উম্লিবত্নদগী হেন্না থুম্মিম্থু হায় হন্নুবীনা। ঐগী মোত্তদি মন্নুংগীচুনা হেনা থুমথি।

ইমহাননা ঙমোকপু পিজরক্লবদি ঐ চপ চানা খঙখি — ইপননা ঙসাইমথৈ লীরম্বা ৱারীচু লোইরে হায়বসি। ঐনা য়োৎশিল্লগা শমথগানি, — "অচুদগীদি ?"

ইপমনা মাগী লাইয়েংবগী লাইরিক অচু উমশিন্দুনা, আনোকতু লৌথোক্তুনা হায়রক্লনি, — "অচুদগীদি ক্ষানা য়ুবীমুক চাউরহুনা, পানানা কাঙখল ওইখহুনা, শুমনা মোম্পাক ক্ষিদক ওইরহুনা ···।" ঐনা মরক থংকদোক্লিবনি, — "তল্লি — কৈগু ···। ঙম্মোই ঙম্মোই — লোয়নবা লীথো।" ইপননা নোক্তমক নোকনি। ইমহাননা 'সোমদা উতোং-থাউমৈ অমা — মৈরা চাউনা তোচুনা পুথোরক্লনি — "চংলসি সনাতোম্বা।"

ঐনা তুমিন্না ফমদুনা লৈথোক্লবদি ইপননা হায়রক্কদৌরিবনি —
"গেট আউট সনাতোম্বা। গেট আউট হায়বসি থঙত্রা?" উপা
লৈররোই ঐগী। ফল্লম্বদগী ফন চোংথোক্লুনা হন্নুবান্দবু পোকপা ইপুন্তবু
লাউতক্লা শোন্দুনা থঙভি হায়বসি থঙহনগনি। মত্তুংগী মৈৎ-না-লৈ-
চিম্বানা চিংবগী ফজত্থ্রবা এক্সরসাইজ অমা উত্তুনা "ঈ" হায়রম্লগা ঐ
হেক্তা শুমাঙ য়োরক্কনি। ইশি শিনা নোক্লুনা ইমহান্না হায়রক্কিন—
"থিদা! অঙাও'সিদি, চৎলসি।"

অসিনি। অসুম্না মুমিৎ থুদিঙগী পেবেৎ, হন্নুবী মতৈ-মনাউ পান
থাবনা চিংবগী বারী কযা তাখি। ইমহান্না হৈব্রক যেনবদি নো মতা
তোকখিদে।

ইচে চৌবীগী কোকশি, ইমাগী খুবাক্লা চিংবনা ঐসি তোল্লবা প্রজা
অমনি হায়বসি তৎতনা নিংশিংহল্লবস্ন ইপন ডাক্তারথোংগী সমদবু
য়োরবদি ঐ চপ চাবী নীংশৌনি। যাথং তৌথদো পব ন.— "বারী
লীরো।"

— "করি লীজোগে হ্নথ্যাবু —।"

— "লীনিংবা অমা ···।" অসুম্না ইপন ডাক্তারনা বারী কযা
লীবিখি। বারী অতে লৈত্রতুনরা নত্রগা ঐবু মুংশিন্থনরা মাগী তুইডাউ
অবাং তুই অতুগী বারীস্নু লীবিখি :

— " মতমন্থু অনীগুবা লাঙ্গাটগীদ্বাইদনি। ভারতকী বৃটিশ
সিফাইশিংস্নু কম্না শেমশাবা লাক্লখি। গোরা সিফাইশিংনা বাংথুং
বাংথুং বাংলন্থনা - থাংগী টুপী উপ্লুনা, বুট তোংন্থনা নোংমৈ অমমম
য়াল্লহনা লাক্লম্মী। গ্রুক গ্রুক ·· মনীংদা ··· মথাদা ···। অতুদগী
মথক্তা ভুং ভুংতা তৌরকপদা তুইসল অমা-তুইশশ্। লোয়না উপ্রাক্লনা
হিপথখিবা! ইপননা খুৎসিনা হিপথখিবা গোরা সিফাইশিংতুগী মনঙ্গন্দা
কৈনা নানবা —।"

— "অহুদগীদি ?" ঐনা হংখি।

— "অহুদগীদি অমুক — হ্ ইশ্ শ্ ···। লোয়না হৌগংখে — ।"
পরেং শানা চংপা হৌখিগনি। নঙন্দা ঈশিংগী পাত্র — চা-ন' থক্লবা
পোৎ-চৈ— ।"

— "মখোয়হু কারম্নিবো ইপন !"

— "রাইনে। লোইনে রাইনা। পুম্নমক্তু দগী রাখিবদি হুইনাও
মচাহুনি।"

— "কদায়দগী ?"

— "সিকাই অমথক্কা লোয়নরকপা — ।"

— "সিকাইনবু হুই লোয়নরকপ্রনে ? — অচৌবা কমাওরকা
ওযরম্নি ইপন !" ঐগী মোংনি।

— "চুপ্মি, ইচাসিদি ! হুইহুদিনে — অচৌবা, নঙনা হায়ম্লিবা
কমাওরগুম্বতনা লোয়নগদৌবনি। যাম্না ফবা— !" ইপন্গী মীংতা
পীরাং শিন্থবকখি — "কমাওরহুনা যুমদা চঙলক্তুনা হংলকখি —
কৌন হৈ ? ঐনা পরপ পরপ চেঙ্গোকতুনা খুমখি — হম হৈ। কমাওর-
হুনা মতম্বাক্তা প'ম্লবা অমুবা হুইনাও মচাহবু খুদোম্বী থিন্দুনা হংখি —
ইস কুত্তাকো রকখেগা ? ঐনা ওক ওখি — হাঁ, হাঁ।

ঐনা থম্মু হায়না ইঙ্গিং তৌখি। কমাওরহুনা হায়রকখি —নাহিঁ।
মিট্টিকা উপর নহি। য়ে রাজাবালে কুত্তা হৈ। এক কাপড়া লাও।
ঐনা শা-মতুগী ফিজমা থুপ্তুনা থাখি। কমাওরনা মহুগী মথক্তা থমখি।
হুইনাও মচাহু তুম্নবদগী মমীং পাংথোরকখি।

ইমাগা ঐগতনি লৈবা। কমাওরহবু কমহল্লগা ইমাবু কৌখি—
'হো ইমা।'

— 'কৈনো — । হায়মা কনানোহ্নদে ?'

কমাওরহু নোকখি। বা অমত্তা ঙাংখিদে। ইমাবু মুন্না য়েংখি।

হূইনাও মচাহুবু খুদোংবীনা খঙ্গোম্লগে তাকখি। ইমানা হায়খি —
'ফরে, লৌজরগে। অঙ— পৈশা ···। ' কমাওরহুনা মথুং অনীহু কল্লা
হাইরহনা হাযখি — ' ওহো, নহি নহি। '

— ' চা লোনজরকে। '

— ' নো নো, ইটস টু লেট। বহুৎ দের হুয়া। ' য়াদ্রবহুদা
ইমানা চেঙ পাক মযোম অমা পীখি। মানা থাউ অমদা হাপচিনখি।
হূইনাও মচাহুগী মনাক্তা বিস্কিট পেকেট খরা থগ্রমখি। মুংশিনা
নাল্লম্লগা ঐবুস্থ চুপ্পিরম্লগা তপ্পা তপ্পা থোকখি। চাউ শাঙলবা কমাওরহুনা
ইমাবুস্থ ঐবুস্থ মুন্না যেংলম্লগা থোকখি।

হূইনাও মচাহু নোংমা নো মগী চাউরকপগা লোয়ননা ফজরকখি।
ঐনা মুত্তিগী তুরেলদা সাবোন্না লুজবিখি। লংএা মুরবা মতুনা জোম জোম
লাউরহুনা, নোম্না নোম্না চংলহুনা —মীদা মীওমই—শীংলিবস্থ।"

— " কমদৌনা ইপন ? " ঐনা হংখি।

— " নঙনে, চাক য়েঙ্গাং লিশিং অমা মমাঙদা থম্লবস্থ ' চাও '
হায়ব্রিবমখৈ চাবিরোই। অহুগা — শকথঙনদবা অতোপ্পা মীনা শোকপা
চাদে। "

— " লামদহুনা ওইরিবনি। "

— " ইহে ! ইপনখোযদি লাইরবনিনা নোংমা নীনিস্থ চারা
হেল্লমইদো ! — অহুদা মাস্থ চাখিদে। মতমহুদা কনাগুম্বনা মংনা
পামজরবা তল, বিস্কিট পুরক্কুনা থাদবরবস্থ হুন্নফাউবা যেংবিরোই "

হন্নুবা অহুগী মীংতা ঈরা চেনখি। ইপননা হায়হুনা চংখি —
" সনাতোম্বা, হূইদো অচম্বা হূই নত্তে, নীংথৌগী জাংনি। মানা চাব-
দিনে, অতৈগা মান্নদে। উপ্রাক্তনা হিপ্পগা মখোঙ অনীহু শিং
তিংথোক্কুনা থুমাঙ অনীতগী কারক্তা মাগী পুথম অহু থমগদৌরিবনি।
অহুদগী চারো হ যদ্রি'মখৈ চারোইদৌরিবনি। "

" ইপন তূইদু কযাম চাউই ? " ঐনা হংখি।

ইপনগী পিশূম অনীচ ব্রাংনা চিংথংলকখি, — " চাউথ্রপোংনিদু — অমুক শুম ব্রাংগনি। ( ইপঃ। রাংগদৌবদু তমখি ) মানা লেপ্পুনা লৈবদা অতে তূইনা লিংতুনা চৎলি। "

" — করি'মতা থেংদবা ? "

— " থেংদবা ! অদুগা অতে তূইনা মাত্তোন্দা চোংশিন্দুনা থোংবা লাকপা করিমতা তাবিবা জাৎ নত্তে। ম্না চু'বিদনা করি'মতা থোশাদনা সোরোক্তা তুমিন্না চৎকদৌরিবনি। হন্না ফাওবা য়েংদনা। থবক্তু ক মথ্রবা জৎনি। মরোন থোক্তে হাযবত্তুতা মতায। "

ঐনা করি করি থবক' হাযনা হংত্রিত্তৈনা ইপননা শমথরকখি, — " ইমানা 'মুব্রাম, শীং চংসি' হাযত্তুনা শীং অদু মপুন মপুন পুন্দুনা থমগনি, অদুগা মানা মচিন্না অমমমতা হোল্লকদৌরিবনি। "

— " অদুদি যান্না কাইন্নেবো ইপন ! "

অহল অদু মযাই অমা কখি। থুন্নকখি,— "অসিতরাও ? কনাগুম্ই ইমা ইবেননা থেঙনা মন্না হল্লকপদা ঐখোযদা চঙলকদৌরিবনি মুব্রামব থিলহনবা। 'মুব্রাম, ঙমোক পীজগে, থরা থিল্লু।' মানা তুমিন্না লেপ্পুনা লৈদৌরিবনি। মখোয়না ইমাদা হাযদৌরবনি — 'ইনম্মা, থরা থিল্লুচো হাযযুবা।' ইমানা থিল্লুচো হায়ত্রি'মথৈ চত্তে হাযবসি মখোয় থঙত্তি। ইমানা চৎলু হায়রবদা মানা তপ্না তপ্না চৎথিগদৌরিবনি— থিনবিরুগদৌরিবনি। অহুদগী পীরকপা ঙমোক অদু মচিন্না চিক্তুনা পুরক্কদৌরিবনি য়ুম ফাওবা। ইমানা ফরে হায়রগা মানা চাগদৌরিবনি। অদুগনে, মানা থিনবিবা মী থঙদে, মানা শঙবা পোৎ থঙদে — মীনা শোকপা পনবা শুপয়া য়ারোয় — ভেক্তা চোংশিন্দুনা লেগাযগদৌরিবনি। শংথীথ্রবা জাৎনি। ঐখোয়গীসিদা জমিদার অমা লৈরম্মী, নখোয়দি থঙত্তিরোই ? মাবু মুব্রান্না লাকবিথ্রে হায। "

" — করিনী ? "

" — করিগী হাযবনু — মুত্রাম্না নোংমা কৈথেল কুম্নকপী অমবু থিনবা চংপা। লম্বীদা জমিদারন্তনা কৈথেল কুম্নকপীন্তবু থংলুত্রা কৈনো — । অন্তুদগী · · ! ( ইপননা শোর শাংনা হোন্দোরকখি )। অন্তুদগী মুত্রাম্না ফন চোংশিনখিন্তনা হাইবা জংনি। অমুক্তোইবা মফি-মরোল ঈহিং নাইহিং শাথ্‌বা জাংনি।" ইপননা থরা চাউথোকচখি।

জমিদারনি হা'যন্তনা লূনা[illegible]াম্না, পে'ন্তনা লাকচরগা লম্বীদা ওন থোইরমগদবন্তু থন্দুনা ঐ োকখি।

— " খঙদে। জমিদারন্তিন' মবামবু যেংবা ঙমখিদে। থরনি লৈবগা জমিদারন্তু ঐখোযদা লাকখি। মশাক্না মত্রাম' চাং যেংগনি হাযরখি। ঐনা ঐগী কুরিংন্তু শঙহনবা, অন্তগা জমিদারন্তনা মন্তবু লৌনা — অম্নম্না কেপ্নখি। জমিদারনা অহাম্বদা চাংযে' ওইনা চথুং অন্তু তিংথোকপদা মুত্রাম্না কৈশু তৌরকখিদে। অন্তুদগী অমুক তিংথোক্লনা কুরিং অন্তু শোকপমক্তদা — করি অমুক হায'নি — ফন চোংশিনগিন্তুনা ··· ঐনা থাম্নমত্রবদি — মংং অমা তৌরমগনি। জমিদারন্তু ইকায়-খুংশি যাম্নন্না, শেগায়রবা কুরিং অন্তু লোযননা অনৌ শুবা চৈনান্ত থাঙন্তুনা থে'কখি। মুত্রামগী মকুণ শিংসি উরা উরগা জমিদারগী থম্মোইন্তু থোযনা চাকখি।

নো ঙ'নবগা থানা কুম্নকখি। ড'রোগানা ইম দা হংলখি — 'নখোযগী চুই অঙাওবা অমা লৈত্রা ? ' লৈকায়গী মীস্থ থুংলখি। ইমানা খুমখি — ' চুইদি লৈ। ঙাওনদি ঙাওদে। '

—' ঙাওত্রবদি করিগী জমিদারসিবু লাক্ল্রি ? ' ডারোগান্তু মমীং লাওথোরকখি। জমিদারগী মনাই অমনা পাংশিল্লকখি — ' মমাঙদস্থ অমুক তাম্নক্রবনি স্যর। '

জমিদারনা চীং লেম্না শমথরকখি — ' শোয়ত্রবনি সাহেব। অঙাওবনি। লম্বীদা মী হমত্তা চংপা যাত্রবনি। অতৈরস্থ হংবিযু। '

ডারোগানা ময়াম্লোমদা ওস্থোরকপদা মুপী অমনা থুম্লকখি — ‘ অচুম্বনি হুজুর — মী কোয়তান তানৈ। ’ মুপী অচুবু মুব্রাম্মা ইতৎ তৎতনা খিনবিখিবনি। ঐনা ওসাইমথৈ ইমুংদা তুমিন্না তারম্বদগী তুমিন্না মনীংলোমদা থেংক্লকখি। মুব্রামবু ওযোই ওমদবোই তৌহুনা ওবোং অমগী মমুঙদা পম্লহনা চেল্লকখি। থরা চংলগা থাখি — ‘ মুব্রাম, চেল্লসি। ’ ইবানি কন্না লৌবুকরোমদা চেল্লকখি। লৌবুক্তগী ন রক— অমুম তৌহুনা কাইনথংদা ইবানি পোথামিন্নখি। মুব্রামগী থৌশাদবা মতৌঙ্ উবদা ঐনা হউনা কপখ। ‘ মুব্রাম, নঙ খরনি নারকসিদা লোৎলু। মীনা নঙবু কল্লকই। নঙগী মক্লপ মপাংশিংমক্তা নঙবু ডাওরে হায়রিবহু তারকত্রব্রা ? মুব্রামহু মমৈ কন্না হাইহুনা, মরৈ অহু শাংনা তিংথোক্লনা, শোর ফুইনা হোন্দুনা নীঙডাইদনা লেপ্লনা লৈথোকখি। ঐনা পুক্লিং মুঙাইতনা য়ুমদা চংকে হৌগংখি। মুব্রাম্মা ইম্নরকখি।

‘মুব্রাম, নঙ লৈহো — ঐনা নঙগী চাক মুতিগী থিল্লকনি। ’ মুব্রাম্মা মঙক হাইরকখি। মমীংতা মপি চহুম চহুম শিন্থরকখি। লোন্নাইত্রবা মুব্রাম্মা হায়নিংঙুম তৌখি — ‘ আঃ অহুগীদমক নত্তে। ’

মুব্রাম্মা লৈহো হায়বা য়াত্রবহুদা লৈকায়গী ইচে অমগী য়ুমদা লোৎহল্লমখি। ঐনা য়ুমদা য়ৌখিবদা মহৈ মহৈ মুব্রামবু ফাননবা কোয়খি থিবা হৌগৎনরমই। ডারোগাহনা জমিদারহুদা হায়রকখি — ‘ ঐসী সুন্দরী কী সাথ কুঁ্য গোলমাল লগায়া ? ’

ঐনা অঙাং ওইরবম্মু ইমাবুনি হায়বসি থঞ্জহুনা — ভাব তারহুনা খংলাউ লাউখি — ‘ চুপরহো ’। খোঞ্জেল অহুনা মখোয়বু থুঞ্জনবত্তা নত্তনা ঐবুম্মু খংহনখি। ডারোগাহু অতৈ মথা তারমগদ। লৈরবম্মু তুমিন্না লৈথোকখি। ঐঙোন্দদি লাউবা ওমত্রহুনা মাগী কনষ্টেবলশিং-হুদা কন্না লাউখি — ‘ ইস কুত্তাকো পকড়ো, য়া মার ডালনা। ’ মখোয় চংখি।

হুমিংতুংগী জামিদারক্ত মোংমৈ থাখিদে। মতম খুদিংদা মুত্রাংমব খিখি। মথংগী হুমিত্তা মহাক্না ঐখোয়গী মায়োক্না খোম্বা ব্রহ্মসভাহু কারক'কাওবদা নোংমৈত্ত থারকখিদে। ব্রহ্মসভাহুদা অহল অমনা লেপখত্তুনা 'হুইগা শম্না শোক্রবা হায়বসি কুম্ভীপাক কৌবা নোরোক অত্তদা চপ চানা তানিংঙাইনি ; অহুগা প্রায়শ্চিৎ অমত্তুং য়াকোং-থোংগোং শেলত্তনা মহুগী কোক্লিংঙাই লম্বেলনি' হায়থুনা লাউখি। ঐখোয় ঐখোয়বু হুংশিবিবা অহল অমনা মরক্তা থংলকখি — 'অমুক্তা ঙাইবিখো, মখোয়গা শোক্র-পম্নৈ হায়বসি উবিবা লৈত্রা ?' জমিদারনা তিল্লবা অহুগী মরক্তা অমনীবু ইঙ্গিৎ তৌখি। অমনা কুক হোৌগংলকখি— 'ঙ্যাও'; হায়বদি — থঙতি। অমনা অমুক হৌগংলকখি — 'হ-ম্বো, হ-ম্বো'; হায়বদি — মাম্নু থঙতি। মমীংমক্না উহৌরবনি।

নহা অমনা শোল্লপ্না রাকংলকখি — 'যুধিষ্ঠিরনা হুইগা লোয়নানা স্বর্গ কামিম্নখিবহুদি ?'

— 'হে অঙাং, ভাব তাও। মহুদি স্বর্গ কাখিবগী রানি। ঐখোয়গী লৈকায়সিবু স্বর্গরাও — হা ?'

সভা লোয়রগা মখোয়না তানখিবা বারেপ অহু কোংদোক-পিরকখি। ইমাগা ঐগবু প্রায়শ্চিৎ তৌবা নত্রগা থুন থাদোকপা। ইমানা থুন থাদোকনি হায়রকখি। সন্ধ্যারাইরমগী মম্নি মম্নি তৌরকপদা ঙায়রিবা মঙাল অহু ঐগী মীংত্তা থঙহৌদনা থোইনা মমশিল্লকাথ। হুমিদাংদা ইমানা হংলকখি — 'মুত্রামদি কদায়দা লৈরি ?'

— 'ইচে হুংশিতোম্বীখোয়দা।'

— 'অহুগা য়েংঙু, — হয়েংদি ঙম্না চংকদবনি।' ইমানা হায়খি। চাক তোক্লগা ঐনা ফি-রোন শেংচিনবহু উবদা ইমান্না হংলকখি — 'কদায়দনো ?'

— 'মুত্রাম থিরকখিগে।'

— ‘ চেকশিল্লু। ’ ইমানা হায়খি।

খোঙ্গাল মরি মঙা লাম্না ঐনা অস্থুম লাকপদা কপ্পাকতা করিনো অমনা নান্নকখি। হম্না য়েংখোকখিবদা মুব্রাম ওয়রমখি। কপ্পাকতা য়াম্না হারাওনা লেক্লমই। পুক্লিংদা ঐগী মুব্রামবু হুংশিবগী ঙমখৈ থৈখিদে। মনমদা নাম্না নাম্না পুক্লিংদা শোনখি — ‘ মুব্রাম ! নঙ ঐখোয়বুস্থ খিরক্লি ! ··· মন্থপ, নশাগী নগুন্না মৈশা লাংলেদা ! ’ কোংনা কৌখি — চৎসি মুব্রাম।

মুব্রাম্না হারাওনা চারিবস্থু উরগা ইমানা হীক্লা হীক্লা কপখি — ‘ মুব্রাম !. ইমাদি চৎলনি, — নঙস্থু চৎখ্রাকো। ’

মুব্রাম য়ানিং'খদে। খোংগদৌগী মযা কাথোরকপস্থু ইমানা ফাঙ্গিনবিখি।

মখংগী অযুক্তা পুবা যাবা পোৎ-চৈ থব্রা যোমশিন্দুনা ইমাগা ঐগা খোঙ শান্দোরকখি। মুব্র মু উদবদা পুক্লিংসি ইমুং হুঙাইখিদে।

অস্থুম লাকপদা লম্বী ময়ান্দা মুব্রাম্না তুমিন্না কোনাশিন্দুনা কুমখস্থু থেংনখি। চেনশিন্দুনা ঐনা কৌখি — ‘ মুব্রাম ! ’ মানা তুম্নস্থদগী চোংথৎলকখি। সন্ধ্যারাইরমদা ঐখোয় ইন্দো'মচাখোয়গী যুম য়ৌখি। খোঙ্গাল য়ৌরগদি মুব্রাম চঙসি য়াখিদে। হৈনৌপাম্বীমগী মরুমদা মুব্রাম তুমিন্না লৈহৌখি।

হুমিদাংস্থু ঐগী চাক শরুক্তগী মুব্রামদা থব্রা পীজখি। নোংঙাল্লগস্থ মাগী ঙরাংগী কুনফমহুদা অতুম্মক কুন্দুনা লৈরমখি। পুক্লিংদা থনখি— ‘ ওন্থোক পনিদা মুব্রাম ! লৈপাক শোক্তবা ননমস্থ ঙসি ৎ লৈওক্লেদো ! ’

ঐখোয় ইন্দোমচাখোয়গী অতোপ্পা যুম মচা অমদা লৈখি। মুব্রাম নোংমা লাকখি, নোংমা লাকখিদে নোংমা লাকখি, নীনি লাক্তখিদে। ইচে হুংশিতোম্বীখোয়দা হংলুই — লাক্লমদে। ইচেনা জমিদারগী অমসুং থানাগী খুৎতগী কম্নবা খুৎথাং খুৎথাং লোংনক্লবগী

বারী তৌরকখি। হংলকখি — 'মুত্রাম্বু লাক্লুবনে?'

— 'লাক্লে। চৎলগে ইচে।' ঐ তুমিন্না লাকখি। ঐনা য়ুম য়ৌরকপদা ইমানা চাক থোংদতুনা কপ্তুনা লৈরমখি।

— 'কৈদৌরবগে ইমা?'

— 'জমিদারনা ডাকু থাজিন্দুনা লমথাংদা … ঐনা চংখিন্নু — মগু হা মুঙাইতে — হায়রফাওবদা …।' ঐনা খঙহৌদনা লাউখি— 'জমিদার!' খোল অতনা ফক্লাং মরি, লৈরিবা আলমারি, কোন-লিক থুদিংমক্তা গং গং খেংহল্লুখি অমস্থুং নীকহল্লুখি।

— 'তপথো' ইমানা হায়রকখি। 'নঙদি পীক্লি: অশোনবনা অকনববু লমন থুমগদবদি অত্তন্না নত্তে। তপ্পা তপ্পা।'

— 'ইমা নৈশু পোইদোকপা …'

— 'কারস্থ তৌহৈত্রে। মখোয়না থত্তুনা লেপ্পবদা মুত্রাম্না কল্লকপ ন। জমিদারত্থবুস্থ মুত্রাম্না থীনা শোকহনথুবনি। থাংহুনা পুথিবনি।'

ইমানা কন্না কন্না হায়রম্নবদি ঐ পেল্লমগদবনি। ইমানা তপ্পদমক হায়রকখি। ঐ খোয়রাং খোযশাওনখি।

— 'মুত্রামদি কদায ইমা?'

— 'মাঙ্গোন্দা —'

থাউমৈ পুথোক্তুনা ঐনা থোরকপদা মুত্রাম তুমিন্না মচি অমদা কুল্লমখি। কুইনা উরুত্রবা মুত্রামনি। ঐনা চেজেং কোনশিনবিখি। 'মুত্রাম, করিনা শিংগনি নঙগী লমন? ঐগী মুত্রাম!' মুত্রাম্না মমৈতমক হায়রকখি — লোনথোক্তবা মাগী লৈয়েং ফাথুবগুম!

চাক লোযরগা মুত্রামগী চাক পুথোক্তুনা ঐনা মপান থোরকপদা মুত্রাম মথাদা কুমথরমই। চাক য়েঙ্গাংঙু মাঙ্গোন্দা থম্লগা ঐনা কৌখি— 'মুত্রা মরূপ! নঙগী চাকম মথাদা নত্তে। মথ্রক্তা। নঙগ মথা'

থল্লিংবা মীশিংহু মখাদা কুমথংগদৌবনি. নঙনা নত্তে। ঐনা মুত্রাম্বু পমহুনা পুখংশিখি। চাক চাখি। ইমানা চাক হাপ্লিগে তৌবদা মখোঙনা থত্তুনা থমখি। মপুক্লিং থম্বা বারৌথবগুম মানখি।

ইমানা হায়খি— 'মুত্রাহ, ইচাসিদি! নঙ চংথুহুকো। ইমাগা লৈমিন্নরম্ববনি।' ইমানা হায়বদি হায়দোক্লরে, অদুবু মুত্রামগী মুতিগী য়াহিপকম, জু-জু লাউবা শা-মতুগী কি-মতেক অদুবু কদায়দনো থাগদৌবা? য়ীনদি মালেম লৈমসে চাউই পাকই হায়. অদুবু মুত্রামগী দমত্তদি কি-মচেং অমত্তং থাকম লৈখিদে।

অহল ওয়রবা ইপন ডাক্তারগী মীৎলু অনীদা পীগী ঈরাং চেম্বরকখি। শুং শুং লাউনা কপ্লকখি। ঐনা হংখি— 'ইপন, মুত্রাম্বু করম্না খোংবগে? চাউবনিনা য়াম্না হৌরম্লিবো!'

— 'হৌথপোৎনি। হৌ হৌ লাউরহনা— পুম্নিল হেক নীল্লিবনিদা!' ইপনগী পুক্লিং লৈতাদনা উখি।

— 'অদুদগী ডাখো। অদুদগী মুত্রাম মাঙখে। লাকখিদ্রে। ঐখোয়না মুত্রাম্বু কাউবা হৌরক্লে। নোংমা হৌখে। নোংমদগী নীনি। নীনিদগী থা—। অমুম তৌহনা থা মঙা তরুকলোম হৌখে। নোংমা অয়ুক অমদা জমিদারহুনা কৈনোমা কাপথুরে হায়হনা মী অমদগী য়ুম অমদা, য়ুম অমদগী লৈকাই— অম্নমা ঐখোয়গী থুনদা পুম্নিল নিল্লখি। ঐগু তাবদা চিংনবা অমা পোক্তুনা গাডী তোংহনা লাকখি। থুংলবদদি মীয়াম্না মুত্রামগী হাহনা লৈরবা মশাহুবু য়োমশিন্দুনা লৈরমই। ঐনা চঙশিনখিবদা উখি — মুত্রামগী লেকথরবা নাক্রমদগী ঈনা লৌখোঙ শিন্থবগুম চেম্বরমই। মচি মচিদা ঈ-মতুম! চাউরবা মশাহুনা থক থক নীক্রমই। ঐনা কোনথংকে তৌবদা মাগী খয়াত্তা থুপচিল্লবা চেজেং অমা লৈবা উখি। ঈনা নপশিল্লবা চেমায়হু হাংদোক্লখি। চিঠিনি। ডাজাহৃদা ইমাসু থুংলযহুনা কৌরকখি – 'মুত্রাম, ইমাগী মুত্রাম!'

## ইপন ডাক্তারগী হূই

ইমানা হ'ক্লা হীক্লা কপ্লকখি। ঐনা পাখি—

‘ ঐগী থম্বাল. ’ — মিং মাল্লবহুদা ঐনা হংখি — ‘ ইমাবুরা ? ’

ইমামা হায়রকখি — ‘ পাথরকউ। ’

‘ঐগী থম্বাল,

বারোগম্ব। নঙবু অমম্বুং মুপা মচাবু আশীর্বাদ তৌখিবনি।

ঐদি ওক্কবনি। চংলমদায়দা নঙবু তাক্লমদে। ঐবু ঙাকউক্কো।

পুন্সীদা ঐদি কম্রি'মতা অফবা থবক তৌবা হৈনখিদ্রে — ঙমখিদ্রি। ইশাগীম্ব নত্রগা নঙগীম্ব। মরম অদুনা কনাগীম্ব 'নত্তবা — নোংমৈ পায়রে ঙসিদি। য়েংবা হায়বদুনি — তুংদা ইমা লৈবক্কী কাম্লগদৌবা লৈত্রা। ঐনা মোংমতম্ব ননীং খুংহনখিদে। ঐগী ফত্রবা লমচৎ অদু তম্বিখিবা মী লৈ—। নঙোন্দদি হায়ররোই। ঐনা ইকায়খি। নঙনা ফত্তবা লমচৎনি থঙখি — ঐনা খঙখিদে। অসিনি। ঐবু ঙাকউকো।

মতম কয়াগী মমাঙদা সিফাইগী ফিজেৎতা হূইনাউ মচা-অমা পীরম্বদু ঐনি। নঙনদি খঙখিদে। হূইনাউ মচাদু ঐনা নঙোন্দা পীগে হায়দুনতা পুরকপনি। মসিগী মরমদি হংগম্ব। ঐ খুন্থম খঙদে। ঙাকশেন্নবা পীবনি হায়বম্ব ইকায। কম্রিনা, নঙবু ঙাকশেন্নবা মতীক চাবা গুণ লৈ নঙগীদি। ঐগীদি লৈতে — নঙগীনা লৈ। অদুনা ইবানি কাযনবনি। মসিম্ব লৈথ্রসনু। থা'মুক্কী মমাঙদা হূই অদু লাকই ইনাক্তা। ঐনা মাগী পীক্লিক্তৈঙদা লৈখিবা নাক্লমগী দাগ অমদা মাবু খঙবনি। মানদি ঐবু চপ চানা খঙলমই। ঐবু থিবকপদ যাম্না ৱাখিবনি মা ’।

শাংনা ইররোই। মাগী ঙকশমদা কিরিবা ফিজেৎ অংগী মদু'দা লিক পরেং অমা য়াওরিবনি। মদু হযেং ইমৌ লাক্লগা শিবিন্ডু।

হৌজিক বোর্ডরদা লৈ। হন্নকপ'গী ৱা কোম্না খঙহল্লক্কনি। উনবা তারবম্ব নঙগী অচেৎপা লাইনীং পরৈদুগী গুন্না উনরবা হাযবদুনি। মুঙাইনা লৈযু।

নঙগী লাইবক থীরবা

মেজর, অঙো—

পাম্বা লোইরগা হন্না য়েংখিবদদি ইমানা জ্ঞান য়াওদনা লৈমায়গা ভাহূনা লৈরমই। ঐনা লাইকম্নখি। জ্ঞান তারকপদা কৌরকখি — ' মুত্রাম, ইমাগী মুত্রাম ! ' ইমাগী খোঞ্জেল থোকখিদে।

মুত্রামগী মরৌশিং চাউবা, লাওরবা মীৎ অত্থু অরোইবগী ওয়না অমুত্তং পাঙথোরকখি। উইশিনখিবদা পিরাং মত্তুম অমথক চেন্থরকখি। পাঙলকখিত্রে অমুক।

ঐনা তপ্না ফমথখি। মুত্রামগী নাকমদা পীক্লিভৈদা লৈখি হায়রবা দাগ অত্থু থিরকই। ফংখিদে। অত্থুবু মূৎপদি হৌনদে। থনখি — হৌজিক পানখিবা গুলিগী দাগ অত্থুগা অমত্তা ওইশিনথ্রবা ? — "

ইমহান্না উতোং থাউমৈ চম্নকপগা ঐস্থু অত্থুমক হৌগৎলমই — হুমিৎহুমগী — তুমিন্না।

## লাইমন

**নাওরোইবম ধনঞ্জয়**

কাটাথাল তুরেল থা পাংনা হাইথরি। অতৎপা লৈতনা চেম্বরি। কনাগী অভিসারদনো খঙদে। তোর্বান অনৌগী অরা-মরুঙাইগী মপাউখোল পুন্থনা মপুগী যোগন অতৎপা লৈতনা ঙাক্লি। মাগী ঈচেলগা ইরোইনরি তোর্বান অনৌগী পুল্লী।

ইঙা থানি। তুরেলগী ঈশিং খাংতপ্নরি। ববিষাগী অশাবা মৈচাক অহিং চুপ্পা থাঙলুরগা অয়ুক অঙনবদা মীওই পুম্নমক মাগী ঈশিংদা লুপ্তুনা ইংথনরি। চাক্লবা হকচাং ইংলি। হকচাংগা কোম্লনা থম্মোইসু ইংলি।

পতমাখোয়গী হিদেন কুম্ফমনি। পতমা চেংহী লুরি। ইংনা মেংলবা চেংহী মনম হুংশিংনা মাইগৈ মরিদা শন্দোক্লি। চোয়জায়নবা শপ্লাং মাইগৈ শলাই নাইদনা হাইথরি। রারকপা ইন্দে। শপ্লাংগী মরুমদগী য়েংথোরকপা মীৎয়েং পোথাকম লৈতহুনা কাটাথালগী ঈচেলগা লোয়ননা অহুম হাইথরি। অহাংবা অতিয়াদা তিনথরি।

মাঙগী হিদেন কুম্ফমদা পাথং অমম্ব লুজরি। ঈশিংদা থরাঙ য়ৌনা কুমথরে। অমুক্তং মকোক মরু লুপথোক্লগা নুরা নপ্প নপ্পহনা হংলকই, — পতমা! আউ লিংবা লোয়রবরা?

লোয়ত্রি।

করিগী — আবাঢ় মতুং ওইর' ক্কাও — ?

অহুবু এঁনা খঙবরা, বাজীখোয়দা হঙঙ্দনা!

বাজীখোয়দা হংববুদি ঙম্মি, অহুবু নঙোন্দা হংনিংহুনা তৌবনি, — শাওনিংবরনে?

করিগী অহুক ঐঙোন্দা হংনিংলিবা ? — পতমা শাওরপ তৌই। মমাই লৈখোকই।

বিনোদ পতমাগী মতৌ অসি উরে। ৱা মথা চোম্বদরে। হংনিংনা হংলুবা মতৌসে পতমানা হেক খঙদোকখিবগুম ভৌখিবগীনি মহ ক্লা মতোমতা ইকাইজরিবা। অদুবু বিনোদ ৱা অমত্তংদি হায়হৌগে খল্লহুনা হায়রকই, — ফরে, হয়েংমথৈদি হংজররোই। হংলুবা ঐনা লাল্লবনি। অসি হায়রগা মচুম তৈথোক তৈথোকতুনা কারকই। মখোয়নীগী ৱাফমসি কনাম্বু খঙখিদে।' অহাংবা আতয়াদা তিনখি অমম্বুং কাটাখালগী ঈচেলগা ইরোইনখি।

খুঙ্গং অমত্তগী পাথং লৈশাবীনি। লৈকাই অমত্তদা লৈমিন্নবনি, অদুবু ইকাইবা হায়বসিনা পন ওইরে। মুমিং অসিদগী অমনা অমবু উবদা মরূ লুকতুনা চংনরে, কৌনবা ঙম্নদরে।

তশেংবমক পতমাখোয়গী আউ লিংবা লোযদরি। আষাঢ মত্তুংদা কনাম্ব আউ লিংনদে। হল্লকপদা থেঙই। অদুবু লৌফাং তাল্লুরবনিনা লিংশিন্দবা য়াদত্নুনা লিংলিবনি।

পতমা লৌ লিংলি। চুখুন থানা থানা লহানগী ৱাফমশিং অদো নীংশিংলি। ৱাহৈশিং অত্তগী মত্তুংদা মাগী থম্মোই তাজবা ৱা অমা য়াওরি — "বাজীখোয়দা হংববুদি ঙম্মি, অদুবু নঙোন্দা হংনিংহুনা তৌবনি।" ৱা অসি নীংশিং নীংশিংনা মপুক্লিংদা নিঙঙমদবা পোক্লকই, — "ঐ অসি ওম্বোক্লা পঙইদা ! মীনা আষাঢ মত্তুং ওইরবা ফাও করিগী আউ লিংলিবা — অসিতা হংবদা করিগীনো ঐনা অহুক শাউরং মেরংননা খুমখিরবা ?" মশানা মশাদা হংজবা ৱাহংগী পাউখুম মশানা পিজবা ঙমদে।

ছুমিং অহুদগী বিনোদ পতমাবু কথারক হন্না থেংনরে। থেংনবা খুদিংগী ঐঙোন্দা করিগী অহুক হংনিংলিবা হায়রবদো হেক্তমক নীংশিংলকই। কোৗগদবা ইফায়। কৌবা ঙমদে।

মহাক তশেংনমক পতমাদা হংনিংহন্না হংলুবনি। ছুমিং অহুগী চেংহী মনমদো ঙসিহু নন্নকলি। লিরি লিরি হুয়া মালংবনা ঙসিহু মনম অদো পুরকই। অহুবু লাইমন অহুদি থক কোকপা ঙমদে — " ঐঙোন্দা করিগী অহুক হংনিংলিবা ? " অসোমদা পতমাসু চৈনাখোল কংদবা নত্তে। ঈথুপ্লবী ফাল্গুনী গঙ্গানি। থম্মোইগী অরা-পোংলুম পুরি। মতোমতা লৈরকপা মতমদা, অচিকপদা শেমহৌদ্রবা মীকুপতা বিনোদকী বাহৈ অহু হেক্তমক নীংশিংলকই — " নঙোন্দা হংনিংহুনা তৌবনি। শাওনিংবরনে ? "

নোংনা নোংমা হোৗখিহুনা থবান থা হায়রক্লে। আউরোক পম্বা যৌরে। আষাঢ় মতুংদা লিংখিবা পতমাখোয়গী আউহু খাউবা মতম য়ৌরে। পতমা লো খাউরি। ঙসি খাউরিবা লৌকম অসিনা মাগী থম্মোইদা করিগুম্বা অমবু হন্না হন্না নীংশিংহল্লি। লৌগী পাম্দোং খুদিংদা, ফৌগী চরোং খুদিংদা " নঙোন্দা হংনিংহনা তৌবনি, শাউনিংবরনে ? " — ঈশৈ অসিমদি অহুম ঙংদুনা লৈরম্মি। ফৌ চরোং অহু পায়রগা মপুক্লিংদা খুরমজরকই — থম্মোইগী য়ারাদো ফৌওইবী লাইরেম্মদা শীন্নজরকই, — হে ফৌবু ওইবী ফৌওইবী! নোংমা নঙবু চুখুন খাবদা হুনখিবা ফোংদোকখিদবা থম্মোইগী য়াবা অদো নঙনা চরোং চুম্না পানবগুম ঐগী পুল্লীদা মরিক চুমহনবিয়ুকো।

বরিবাগী ঈচেল কল্লবা কাটাখাল য়াঙ্গংলে। লাংবন ইখোম্বা নোংজু লোইখরে। মতা কবা হিদেন কৃষ্ণমদা লৈঙোই শেক্তাই ত্তারে। তুরেন্দা শান্নবগী লুজবগী খুঙাইবা মতম য়ৌরে।

খুঙ্গংগী পাথং লৈশাবী ময়াম তুরেন্দা শান্নরি। ঈশিং চায়বী, লৈঙোই

হোৎপী, সনাবুন তোংবী — মথল মথা শাম্নবগী কুম্মেনি। কনাগুম্বী লৈশাবীশিংনা চেংহী-উতি লুরি। ময়ামগী মরক্তা বিনোদয় য়াওরি। পত্তমাম্ম য়াওরি। তৌবগীদি ময়ামগী মরক্তা য়াওদে। তোপ তোপ্পা চেংহী লুরি। চোয়জায়নবা শল্লাং মরেংবান্দা হাইথরি।

বিনোদয় ওক্তা খুদৈ য়েংলহনা ময়ামগী মরক্তা লুজরি। মরক মরক্তা ঈশিং চায়বীয় শায়রি। বিনোদবু উবদা পত্তমানা খল্লি ওসিদি তায়োম্নবা পাউথুম অমত্তা থুম্নরোয়। ওাংবু ওাংলক্লবদি "করিগী অহূক হংনিংলিবা" হায়না থুম্নরোয়। "অতৈ কনা'মদা হংবিরুরম্ম, ঐতোম্নতা হংবিয়ু" হায়না থুম্নগে, হায়হনা শেম শাহনা লৈরে।

চোয়জায়নবা শল্লাংগী মরুমদা কয়ারক হল্লা মনাকোং থাক্তনা তাজরে, অহূবু হংলকপদি মরৈখিদ্রে।

ইরুজবা লোয়রহনা বিনোদ মচুম তৈথোকহনা কাথংলকই। খুদৈগী মরুমদা পত্তমাবু হল্লা হল্লা য়েংজৈ। বাহং কয়া হংনিংই, অহূবু হংবগী পাঙলদি লৈখিদরে। মহাক্তা হংনিংলিবা ওাংনিংলিবা বা-শিংদো কাটাখালগী ঈচেলতনা থগুই। মাগী ঈচেলদি লোথপ লোকোয়নদে মাইগৈ অমত্তনি। থা পাংনা হাইথরি—মপুগী থৌগন কায়দরি—অতংপা লৈতনা চেম্বরি।

